# কংলৈ কংলা

## খুন্থোক খুনশেম পুয়া

( কংলা মাইকম ১০৮ )

এম: তোম্চা সিংহ

থোংবা :— হেমোপ্রভা অমসুং নোনিবলা ইম্ফাল ।

অহানবা খুংনম :— ১,০০০ কোপী

মতম :— জুলাই, ১৯৯৬

মমল :— লুপা ৫০,

ছাপা নম্ফম :— আই: আর: প্রিন্টীং বার্কস, পাওনা বজার ইম্ফাল

লাইরিক ফংফম :— এম: চাওবচা সিংহ,
কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকাই।
ইম্ফাল— ৭৯৫০০১

হক পুম্বা অইবগীনি

# কংলৈ কংলা খুন্থোক খুনশেম পুয়া।

## রাখৌদোক ।

কংলৈ কংলা খুন্থোক খুনশেম পুয়া অসিদি পুয়া অসিগা শাগোন্নবা কংলা পাকন লাইয়ুম অসি মতম অমদা, মমা কোম্মুংদা মণিপুরেশ্বর মহারাজ শ্রীচুরাচান্দ্রসিংহজীগী মমা হাক্তক্তা পখংদা অচৌবা অমদি মোইরাংনিংথৌ ওইরম্বা ঐহাকপু পোকপা মুংশিংবা শ্রীমোইরাংথেম ইবুংতোচাওবা সিংহন লৌজিন্নরম্বা থম্বীরম্বা লাইরিক্নি।

মৈতৈ লৈবাক্তা লৈবা মাখং অহে কয়ান, কাংলা মথুং অমস্তুং মপান্দা লৈবা লাইকম খুড়ম ওইনা য়েকপা কংলা পাকন লাইয়ুম কয়া অমা পুথোকপা থেংনৈ। অমগা অমগা থেংনৈ, মারুদে; করম্বনা ফচুম্বনো লেপ্পদা রানা থোকই। লাইকম খুড়ম খুদিংমক্কী হৌফম ওইরকখন, অমদি মমিং মিংহুন, তমখিবগী বারি লাইরিক লৈফম থোকপনি। কংলা পাকন লাইয়ুমগা মরি লৈনবা, পুয়া লাইরিক লৈফম থোকপনি, মতুং ফিরিবা ফংঙমদে, ফংনবা হোংনবা রাহুনা ওইবদ রাই। পাবুংনা থম্বীরম্বা অসি নত্তনা অতে অমা ফংঙমদে।

নোংমা মণিপুর ইউনিভর্সিতিদা মরুপ অমগা লোয়ননা চংলুই; তারিক ১৫ । ৭ । ৮৭ ইংনি । ঐহাক্না ইজবা লাইরিক খরগী শেন চোক লৈরো তাকপীরক্নুনা চংপনি । ঐগী মরুপ অতুনা ইউনিভর্সিতিগী ম্যূজিয়মদা চংলুসি হায়দুনা চংলুই । হেক চংকম তুমক্নুদা কংলাগী লাইকম খুভম উরুনা য়েকপা, চাওরবা কংলা পাকন লাইয়ুম অমা ফিন্দুনা লৈরমই । ঐহাক্না খংবা য়াংপদি ওইসনু ; য়েংনবদা , লাইয়ুম অতুগী মমুংদা য়ানিংদবা শকক খরা য়াওদবদি নত্তে । মইংকোন ওইরবা ইউনিভর্সিতিদা থম্বা উংপা খুদিংমক , মতম অমদা , অথোয়িবি ওইফম থোকই হায়বসি ঐহাক্না অতুক খল্লবনি । লাইয়ুম অতু উরবদা লাইকম খুভম উংপা কংলাগী লাইয়ুমগা কোন্নবা লাইরিক অসি ফোংনিংবগী ইহুন , পুক্নিংদা মমি তাবা হৌখি । মফম কয়াদা চন্নুনা , মতম চংনা , অথং অহৈ কয়াদা হংজরুবদা লাইরিক থীবনা পামইবা লাইরিক অমতা ফংগমখিদে । খুত্তা লৈবা অসি ফোংলগে, অচুম অরান খিবিক অথং অহৈশিংনা তাকপীরকপা চুমথোকপীরকপা ওইসনু , লৈবাক চাওই অথং অহৈ শোয়দনা লৈরমগনি খল্লা , য়াখলগী অরেপ্পা অমগা লোয়ননা থোমজিনবা ইথোকপা হৌজখি ।

লাইরিক অসি ফোংনবা হোৎনরকপদা তোয়না নিংহয়দবা থোক্নবা নত্তে । মৈতৈ পুয়া খরা নত্তুনা অয়াম্বদি, মীরোন কয়া লাম্না , খুংথাং কয়া য়ৈনা শিন্দোকপা ওাক ওইবনা , অশিনবা পুয়াগী মমিং - মথা মাল্লরবনু , মলুংগী মচাক য়াহৈ য়াতা থেংনবা অয়াংপা চেক্লিনবা খুং চংবা কয়া অমা য়াওদবা নত্তে; করম্বনা অচুম্বনো য়াখলনা পাম্বদা য়ানা থোকওমই । ছাপা তৌদুনা লৈবাক মাংদা পুথোক্নুনা হেক ফোংগদবনু , অকীবা নিংহনবা পোকই । পুয়াগী মশাগী ওইবা , লিশাংশিংনা চংথরকপা য়াখলগী ইচেলনা তাংবোম নাইরকপা , য়াহৈ

হাতা খেৎমরকপা থেংনবনা পুক্নিংদা নুংঙাইত্তবা পেন্দব', খোইশাওনবা পোকহল্লি। অদুম ওইনমক, অমরোম্বা খুৎচংবনা, করিগুম্বদ', মমল, য়াম্বা থোগৎনিংঙাই ওইবা মচাক অমা ওইগনি, শোইদনা করিগুম্বা শোক তান্নিক থাবীয়ম্নবদি শিন্দোকপগী; মসি ঐহাক্না অদুক খল্লবনি, শোল্লবনি; মৈতৈ লৈবাক্কী ওইবা মমাংঙৈগী চৎনবীনা হাংবদি, করি অমুক হায়গনি, পৃথিবীদা অনি শুদে; চৎনবীগী মতুংইন্না মৈতৈ পুয়া ইবা অমদি শিন্দোকপগী মতম শোক তান্নিক থানদে; মতম থাবদি লাইরূনা অইংগী মমিং-মথা ফাওবা হায়ল্লদে। ইরিবা খিবিক নিংথৌদা কংলগা, লৈবাক্কী ওইনা কোংবঙাক ওইনা তৌই; মসিনা লাইরিক্কী মতিক ময়াই, মগুণ হাপকংলি; মীওইবগী থাক্তগী য়াম্না হেন্না হাংনা লৈত্রবা লাইগা হাকথেংনবা ইরমবনি হায়না লৌনৈ মৈ:ত পুয়া অয়াম্বা। অদুবু করিগুম্বা শিন্দোকপগী শোক তান্নিক থারম্নবদি লোনগী, হাখল্লোনগী, চৎনলোনগী, হাহৈ হাতাগী ওইবা মতম মতমগী ওইনা চাংখৎপা - চাংথরকপগী মতিক ময়াই ওইরা তাংকক থংনবা হোৎনবদ. থংনবগী অয়াইব পাম্বৈ অমা শোয়দনা ওইগনি শিন্দোকপা খুৎ চংবনা। শিন্দোকপা মতমদা পুয়া মশাগী ওইবা ওরিজিনেল্লিটি কায়দনা ডাক্লা, শিন্দোকপা — অমদি শিন্দোকপা মতমদা লৈবাক্কী ওইবা মতম মতমগী চৎনলোন, হাহৈ, হাত'নাচিংবা হাপচিন্দুনা শোক তান্নিক থানা শিন্দোকপনি, ইথোকপনি খংহন্না শিন্দোকপা — অসুম্না অনি অনি থোক্লম্নবদি মাগী মথক্তা ত.ক্ষা খিল্লমগদবনি। অহোংবা নাইবদি তংন-থা-নবা য়'ম্রবা ত:ইবংপানগী চৎন-লিচৎনি।

কংলাগী লাইকম খুভম উংপা লাইয়ুম অসি, য়াংঙ্গবদা অনি থোক্লা, অমদি অনিদগী হেন্না থোক্লা মেকপনা ময়েক শেংনা মতমগী ওইনা তাকপ', অতৈ পুয়া কয়াগা চান্নবা মতম মতমগী থৌদোক্লা চান্নবা লাইয়ুম ওইগনি।

লৈশেমচৌগী লাইয়ুম, অমদি মতুংতাবা চকশিংগী, মতম মতমগী ওইবা লাইয়ুম (মেপ) তোঙতান তোঙতন্না লৈশোয়েকথোকপনা মৈতৈগী ৱারী লাইরিক পুয়া পুৱারিনচিংবা পাবদা, হীরম খুদিংগী ওইনা কান্নবা ওইগনি। লৈশোয়েকথোকপনা মৈতৈগী ৱারী লাইরিক পুয়া পুৱারিনচিংবা পাবদা, হীরম খুদিংগী ওইনা কান্নবা ওইগনি। কংলাগী নোংপোক মথৈ মতমদা, কংলা মনুংদা লৈরম্বা চেল্লম্বা তুরেন অচৌবগী (ইম্ফাল তুরেলগী) থোংলম, কংলাগী নোংপোক মথৈ মতমদা, কংলা মনুংদা লৈরম্বা চেল্লম্বা তুরেন অচৌবগী (ইম্ফাল তুরেলগী) থোংলম, লাইয়ুম অমদা পুন্না য়েকশিনবা য়াদবদি নত্তে, অদুবু মতম মাইকৈদা থৈখিবা হৌজিক চেল্লিবা তুরেলগী ইরম, লাইয়ুম অমদা পুন্না য়েকশিনবা য়াদবদি নত্তে, অদুবু মতম মতমগী (চক চক্কী) ওইনা উত্নুনা য়েকপনা তশেং তশেংবা ফাম্না হেনগনি। কংলা উত্রামাংদা শাহুনা থমখিবা কংলাশা (নোংশাবাগী শক্তম) কংলাগী অকোয়বদা লৈরিবা থাঙ্গপাং, লুফো নংগোইবী অসিনচিংবা কয়া লৈরি, লৈশেম্বা মতুংদা মতম খেংন-খেংননা লৈওম্নকপা। লৈশেমচৌদগী লৈরকপা খাখোং, লাইখোং মবোংখোং শক্তা-কপদা হৌজিক লুনা থোকনি। চক চক খুদিং হাপকংলকপা, মুংখিবা, অহোংবা নাইরকপা মশানা তাথনি, মহৌশা লাইরেম্বীগী অহোংবা নাইবা খোংচং মতুংইন্না; ইরোইননা ঐখোয়স্থ তুং ইনবা তাবনি। খা হারমদা লৈবা লাইনিংথৌ সনামহিগী কোম্নুং মফুং অমদি মপান্দা লৈবা লৈশেম্বাগা থা-নবা য়াঙবা লাইকম খুভম মশক তাকপদা লায়না তরাইনা থোক্লোই। কংলাগী বাফমত নত্তুনা মৈত্রবাক অপুম্বগী ওইবা তিনকম লাইকম পুম্ন-মক উমংলাইগী খুভম য়াওনা, মফম চানা শেংনা উং তুনা-খোং, পুত্ত পূম্নমক ৱারী লাইরিকা পুৱারিগা চাননা চক চককী ওইনা, মতম মতমগী ওইনা, য়েকপা ২ৈতৈ লৈবাক অপুম্বগী ওইবা লাইয়ুম পুথোকপা তঙাইফদে। চেপ্লা নায়দনা চেনবা, মতমগী ইচেলগী ইরেন্দা, অথং অহৈশিংগী কনা খংহন্দনা মথং মথং ওইনা তিনখিবনা, পাফল লাইয়ুমদা মনি তারবা তিনকম, লাইকম, খুভম ফিজিকেল্লি থিন থিন্দুনা চুম্না তাকপীওম্বা, অথং অহৈ

থুংলোক্নবা 'শ,' 'ষ,' 'স' মকম্ব য়াফম চানা হাপচিল্লে ।

পুম্বা অসি কদায়দগী করম্না ফংলকপগে হায়বা য়াফম, লাইরিক নশাদা ইবা য়াহৌদোক্না ওয়োক্না, ময়েক শেংনা তাকই । মৈতৈ ময়েক্কী বাঙ্গালী ময়েক্কা শিন্দোকপা মতম অদু বাঙ্গালা, সংস্কৃতকী কল্লবা ইথিল ইরৈনা লৈবাক অসিদা চেনশিল্লকখৈগী মতুংদা থাইদগী কনবা ইরেল্লুংদা অহল নহা পুম্নমক অমতা ওইনা লুপশিনখিবা মতম্নি । সংস্কৃত, বাঙ্গালা শ্লোক অমতং লোনবদা চানক্যগী শ্লোক মতেক অমতং থিবদা থাই পুম্নমক্না ইকাই-খুম্নবা অরাংবা থাকী ওইনা লাইরিক হৈবা, জ্ঞান লৈবা, অমা ওইনা অওাং অহন থাক্লনা লৌনরম্বা মতম্নি । লৌরেম্বা খোংনাং থাবা, কনক থেঙ্গাগী মখিং মমাংদা মতুংদা মথংশিংনা 'শ্রী শ্রী শ্রী' অমসুং 'সিদ্ধান্ত' 'জ্যো তিসার' হিংখোন হাপই । লাইরিক অসি ইবদা কন্নিমত্তা হোংদনা - কায়দনা হাপই, থুং চংনিংদবনা । লৈশেমতৈংদগী হৌজিক ফাওবদা তংতনা লাকখিবা অহোংবনা, অহোংবদুদগী চংথরকপা, লৈহোবা মচি ওইবা য়াথম্লোয়না মীওইবগী চাওখৎপগী মচাক পোরম ফাংলম ওইবদি মহৌশাদগী হোংলক্লবনি । অতুগা লাই ওইপ্রবা ইপা ইপুনা পামজনা শ্রীভিন্নরম্বা, মতমতুগী চংনরম ওইবা পুম্নমক শকয়েং মিংশেল্লা মমি তাবমক ওইমা থমজবনা, মখোয়গী অপাম্বতু ওাকচবা ঐগীসু পামজবনি ।

লৈশিক্কে । লৈরবা থরাসিস্থ পানা খোকপা মতম নত্রে থনবনরা করিননো, থুপচিন্দুনা য়ৈশিন্দুনা লেপ্পে । হৌজিক অথং অহৈশিংগী ওইরা লুপ - ফুরুপ শেম্বা মতম ওইরে : সরকারদগী লৌবা য়াবা মতেং লৌদুনা, পায়থংপা য়াবামথৈ পাম্বথংহৌংনা মৈতৈ লৈবাক্কী ওইনা লৈজরক্লবা আর্ট, কলচর অমসুং টেডিসন ঙাকপা, ঙাকনা চংনবা হোং-নহৌবা তঙ্গাইফদ্রবনি । ভাব তাহনবা, মনুংথিংনা মুন্না থংহন্নবতনা থংইবা অতুগী কান্নবা পুরকপা ঙমগানি । পুক্লিং - রাখঙনা, থম্মোই য়ৌনা তারক্লুনা য়ানিংহনবা পোকংন্দ্রবদা চৈরাক্লা, কীহনবনা, য়াহনবা য়ারোই ; মাত্থ-না ভাকোইনদুম অফবা মাইকৈদগী থোয়না হেন্নাদুম লাপথোকহনফিগনি নমদুনা য়াহনবন ; অতুগা মমৈ পোলো-য়দা কক্ষাংলবা তাইবংদা ককঙাওনা, মাগী কালুপ ফুরুপ লৈখা তাবা মথা পোনবা, মশানা তাবনি । রাখল তিংহনা, মুংশিনবা লিংজেন মাঙবা অমদি ইংনা থুয়া তুশিংনা হিংমিন্নবগী অমতা ঙাম্নবা অথোয়বা উপায়নি ; কালুপ নায়গল্লবা তাইবংপানসিদা। মশানা মশা মথক্তুবু থাগচ্চবা, মানা তৌবা, -হায়বনা, মচুম্মে থনবনা মাং ওইনহবদা, রাখল তিন্নবা, মুংশিনবা, লিংজেন মান্নবা মাইকৈদগী লাপথোকখিবা, মতোম মতোমতা নায়তোম তাবা, মশামতোমতা মাংজবদা নত্তুনা থুই পুম্নমক মাংখিন্নবা, মীয়াম্না থানরবা রাফম্নি ।

পুযা অসিমক, খুং থজিক চংলবা পুয়ানি হায়দবা ঙংলোই । 'মহাদেব পুঙ,' 'দুর্গা পুঙ,' 'গুরু' নচিংবা পুয়াসিদা য়াওরমইবা রাহৈশিং অসিমক মৈতৈগী ওইবা কেশেমঙৈ মতমগী ওইবা রাহৈ মান্দে। অতুমকপু শেমদোক্লিংদবনা লৈরম্বা, ইরম্বা অতুমক কায়দনা অতুমক হাপচিন্নরে । পুয়া 'শিগী মশাদা 'শ', 'য', 'ব' শুকয়াওমক য়াওদে, 'শ,' 'য'গী মহুত্তা 'স' 'ব'গী মফমদা 'প' ঙাক ওইনা ই। অহুবু পাবদা থজিক

# পুয়া মশাগি ওইবা

## য়াহৌদোক।

( অহানবা শরুক )

অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবাগী ংস্থাল্লৈঙাং লৈবানা তমজবা খুয়াগেন - থাদা ইয়া নাপী চিক, লৱাই শমদোই পায়, ওক্রাং চরৈ - য়েং, কোংয়াং চৈনা মালেম লৈথক্তা তাবগুম, ইপা কে.গুম্বখোক্কা, খুবাং চাংজো তরানা চেপ্পা লোম্না হন্না হন্না খুরুমজৈ। হুরি হয়াহে, য়াইপীলেন সিদপা।

শ্রীশ্রীশ্রী জৌরেম্বা খোংনাংথাপা পণ্ডিত, শ্রীশ্রীশ্রী কনক থেঙ্গ্বা পণ্ডিত সিধান্ত (সিদ্ধান্ত) জ্যোটিসার গুরু অনিবু হন্না হন্না খুরুম লৈপাইজনপু গুরু অনিনা শুরম্বা খুংলাই থম্বীরম্বা কলৈ কংলা খুম্থাক খুনশেম্বা পুয়া লাইরিক, মৈতৈ ময়েক্না আগরপাক উকুদ ই - হুনা থম্বীরম্বা পুযাবু বাঙ্গালা ময়েক্তা শিন্দোকচরে। ওঁ শ্রী আথা মেঙ্গুর সুবেদার, ওঁ শ্রী নোংমাইথেম্বা পণ্ডিত অহল মতমগী ওইরক্রপা, কুমজা হুংশাংনা পুজিরম্বা ইরথো অনিংক্না মৈতৈ ময়েক্তা ইবা পুয়াপু পাবৈতুনা চহি কুমজা অহুম চুপ্প বঙ্গালা ময়েক্তা শিন্দোকচবা নোংদম পানপীংনা লৈথক লৈখারোন, কাইপিরোন, সংলেন ফম্পাল কুমগাপ, শেংথপা শালাই পুয়ানচিংবা মিংহুনপা পুয়াপু দরং আসাম কামরূপ তেজপুর জিলা গ্রাম ডাঃ অমলপতি দমনি বস্তিগা শকাব্দ ১৭৪২ শোক্নী বৈশাখ

থা, পুর্ণিমা ছুমিং মুংদাংদগী হৌনা কলম পায়রুনা বাঙ্গালা ময়েক্তা শিন্দোকচবা হৌরুনা শকাব্দ ১৮৪৫ আমাবস্যা ছুমিংকী অহিং মতম নুংথক হেক থানবা মতমদা কলম তাবা লোইজরুনা, পুয়াবু পুরুম লৈ কংত্রা, ইবুধৌ অনিনা থৌথা নেংদম শিন্দোক শিন্দম্বীদুনা পুয়াপু পীনবীদুনা তাংওম্বা মহাক্কী মখাক ওইবা পুষা অসি শকাব্দ ১৮৪৬ কালেন ৫ নি পানবদা মণিপুরদা পুথোক্লকই ইবুধৌ ইপুবোক অনিগী কৃপাদগী।

## ব্রাহ্মৌদোক।

( অনিশুবা শরুক )

১° হরি হয়া হে হুঁলৌ য়াইপালেন সিদপা য়াব্রা কোংথা শাগী নমু পোংথোক মথংলেম্না থেংতম্পপু নোংত-ম্পীপা মখোং থম্প্যাল লৈকানা তমজম্পু পুরুম লৈপাইজনপু ওঁ কুরু থোংনাংথাপা সিদ্ধান্ত ও° কুরু গনোক থেংগ্রা জ্যোতিষার পণ্ডিত অনিগী মখোং থুয়ালেনপু শোক্লা পুরুম লৈপাইজনপু কংলৈ কংলা থুম্হোক থুনশেম মা-উ লাইকম ১০৮ চামা নিপানবু মথংলেম্না লৈশেম্বা মা-উ য়াইপি-মেক মথংলেম্না ই-জরগে।

হে গুরু তেংপানপা শেম্পা মপু য়াইপিলেন সিদপা হরি হে নরায়ণ রাম কৃষ্ণ নরায়ণ হরি হরি রাম রাম রাম কৃষ্ণ রাম রাম।। হরি হয়াহে থোইযুম লাইনিংথৌ সিদপা ও° কুরুগী লাইকম হৈক্রুমখোং লোরেমপুঙদা কুরু অনিনা লাইনিং ফম্পাল লাংঙৈউদা পণ্ডিত লাঙ্গোল লুথোই, পণ্ডিত রাঙ্গোই খেমা, পণ্ডিত নম্পোল

খোংহি মাইপা, পণ্ডিত মাকলং য়ুম্পা তোম্পা, পণ্ডিত শামুরৌ চিগোং, পণ্ডিত কমে ফদিশা, পণ্ডিত বাংগুপাজী— তরেংনা লাকুনা কুরু অনিপু পুরুম লৈপাইদনা হংজে। হন্নক মইন্ত শন্তিদাসনা পুয়া লৈপাখিদিক খোমকংতনা মৈ কৌপা লাইদা কংখিপা মতম অসিদা মযম্বী মৈ বরমা (ব্রহ্মা) দেববু আবাহন তৌরকলপদা খুদক অদুদা নোংলৈ মুংশিং অকনবা অধা লাকুনা মকম মরাং খংহৌদনা মুংশিং নোংলৈ অহুনা পুয়া পুম্পনা লৈপা কুণ্ড মন্নাদা লৈশনচকুনা পুকোক পুয়া, সংলেন পুপা পুয়া, লৈথক লৈখারোন, ভমদাই কাইপিরোন (ভবিষং পুয়া) মৈমুংদগী নোংথো পাংনা পুখংখিদুনা কুরুকী লাইনিংপুঙ পাংনা নোংলৈ অহুনা পুখি। পুয়া অদুনা তাকঙম্পীপা পাওতাক পাওজেনবু গুরু অনি লৈরি হাঙ্গপতগী মরম অমতমু য়েংসন থাজনজহৌত্রে; মরম অহুমগী পাওতাক থৌরম অমতবু খংঙমজহৌদ্রে, করম তৌনা পুয়াগী পাওতাক অদুপু খংঙনকপা খল্পদা পণ্ডিত লুখোইনা তাকঙম্পী; হন্নক পুয়না পাংখিপা মাইকৈ অসিনদি পুয়াদি কুরুকী খুত্তা লৈরমগনি; নখোয় ঐখোয় চত্তুনা কুরুকী মকমদা পুরুম লৈপাইজরুসি হাঙ্গঙম্পাদনা কুরু অনি পাওহংপা ফগাও শাহুনা নিজরি। মাহুনা কুরু সিদ্ধান্তা খেংনাথাপা বা ভাংদে তাংজলুকা বাখল্লি। কুরু জ্যোতিসার থেংগ্রানা "কুরু তাজ লুকসু খনশরি অদুবু নচাশিং অসিবু তাইপংলক্তা মমিং ইরাচেন নিংরা পাংঙমদনা করমপু থম্পীগদগে বাখল নোংদম থৌজাল্লপা মিংম্না ওরং ইরা চেনজদপা তাইবংলক্তা লম্পী থৌরম থুদিংদা মমিংলক ফম্না পাংজদুনা উজ খংজপা মরমপু নোংদমপীপনা চুবগত্রা।" মাহুনা খোংনাথাপা সিদ্ধান্তনা "মাহুদা কুরু। অঙাংশিং অসি থৌঙমদে, পাওতাক লেম্না মাংগদবা মখোই খরাইনা সংলেন পুপপু ইপোং ইরন মশক খংঙমদনা কনপা ভমদপা, পুয়াপু মৈ থাদি

হান্নগী খোঙজেল য়াৱা খোকচম্দনা লৈচম্পম্পা অসিনা ইরৈপাক্কী ইপোৎ ইরৎ অসি অমুক হন্না থংনপা থনম্পগী ইপুক অসি পাম্না, নুংশি ওইরম্মে। অদুগু কুরুনা নচাশিংগী মথুং থুংলাই পীখ্নীপা ওইরম্লগনা, ইচানা ভয়েং গুবনিনা পুম্নমক অমত্তা মথাইপনা ইচা কনাদা পীরমগদগে থনপদা, কুরু, পীরমগদপা নচা মথক থংবদরে। মরম অদুনা পুন্না অসিদি নখোইদা পীরম্বোই মতিক চাপা পণ্ডিত ওইপনা মতম চানা কংছুমা থবপা ওইদুনা লৈতেই-চমতাইজপগু ওইরসু। থংদনা অথংপা শাপা ঠৈতবা অহৈ শাপা মরকতা অথংপা মা-তনা থৌরমজপা ওইনপা মচিন ময়াংনা লেংদপা পাম্পী ওইনা ছৌদুনা বংশা মেংপি মরানয়াইকী সিদপা উপাল মখোংদা চহি কুমচা নুংশাংনা পানরমজদনা লৈপাক্কী অরা অনা থোকাই থৌকোকবপা থামং পাযেল মথাদা মাংদবপা থনমগে। পুন্না অসিগী পাওতাক পাওজেল পুম্পা নখোই থরাই থংনপা কুরু থোংগ্রপু পাইনসি। পুন্নাসিদি নখোয় থাইনা কংলবু।" কুরু না অসি তাকহন্নরুপদা পণ্ডিত তৎবংনা পূর্ক্কিং হরাও নুংঙাইনা পুন্নাবু কুরু থোংগ্রানা পাইদুনা পুক্কিং চংনা তাজরে।

---

কণ্ঠৈন কৃমা খুঙ্গোক খুনশেম পুম্বা ॥

# লৈশেম্বা ।

হুঁংলৌ য়াইরোলেন সিদবগী থম্বাইচৌং লৈকানা তরজনিংগাই ওইরবা থুনালেকখাদা ইমা নাপী চিকম লবাই শমদোন পায়, ঙরাং চরৈ-ঘেৎ কোংয়াং চৈনা মালেম লৈথক্তা তাবগুম ইশা কোজিল্লুবোক, খুরাম চাংজৌ তরানা চেপ্পা লোংনা, পুরুম লৈপাইজনা; লাইকম হৈক্রুথোং, লোরেম পুঙদা, লাইদিং কম্বাল লাংডৈদা, ল্যাঙ্গোম্লুখোই, বাঙ্গোই খেমা, নম্বোল থোংহি মাইবা, মাকসং যুম্লাম্পা তোম্বা, শামুকী চিকোং কবেং কদিশ য়াঙ্গু পাজী তরেংমকী মকমদা, লৌরেম্বা খোংনাংথাবানা শিন্নতুম্বা কনোক খোঙ্গাজা পাতুনা মিরিখিবা পুম্নাগী পাওতাক পাওজেলবু ইথোকচগে তাখিবীন অয়োন-অরান গাকপীনি ।

অমম্বনা মমইগৈ, অঙানবনা ঙান্নিগৈ মহক্কী মহাক ওইবা, পুম্নমক্কী মশক ওইবা, লৈশেম-নম্ভুশেম মথাংদগী লৈগুমলকপা, মপু মহাক নত্তনা, তরং অতিংকোক নংদা অগৈ কনা লৈঙখদে। লোংকোক কোয়মপুলেন হুঁংলৌ-য়াইপিলেন শিদবা, বাখল চাংজৌ লাঙমদ, তরং অতিংকোক ইপাক্তা, কোয়না কোয়না তাওনা শিনবা থংনা লৈঙমই। নোংদমগী বাখল মতমগী পাঙ্গল, অহোঙবা নইন, পুমদম চনবা মুমিঙ, থবামিচাক, মৈ, ঈশিং, মুংশিংনচিংবা শেমকপা ওইরকপগী ইরোইনন লয়থক, লয়রায়, অয়বা লেশ্বা ক্ষোয়গ্রে।

তাইবং লৈকোয়পুঙ, তাইবংপানবা পুম্নমক, মপু মথৈ ফাবা, শেম শারগে থনথবে, হুঁংলৌ য়াইপিলেন সিদবনা। মহাকী মহাক ওইবা, হুঁংলৌ য়াইপিলেন সিদবগী শমু হুকচাংগী থংহৌদনা চোংথোকখ্রে — তাইবং

( ২ )

শুমহংনবী ওইবী লাইরেম্বী, কৌগে নিংগ্রবদা তৌওমদবা লৈত্রবা লাইরেম্বা। অনিবু য়েংনা, হুংলো য়াইপিলেন সিদবনা নোংদমখি, "নখোয় অনি লৈকোয়রক ; মখল কয়াগী লাংওম শেমলু ; লাংওন লিয়োন শান্নক ; খোঙম পানওন্না লৈশেন্নরা খোরাংঙু ও।"

হৈশিং থোয়াংবী, রাক্তপাদবী, তাইবংপানপবু শুমহংনপী লাইরেম্বী লোয়ননা মাহাক্কী মাহাক ওইবা লাই-রেম্বা, মশক অনিন হুংলো য়াইপিলেন সিদবগী ময়াথং লুরেন কোকথক থোংনা পুক্তনা, লৈপাক খুদিং কোয়না চন্নবা, থরাইপানবা কনা লৈতবা, খো দাগ্রিবা লম কোইনা কোইজাইনক্তনা থিঙমলকপদা, কফু ইনাং তাবং, থোংনাং তংদবা, য়াকয়াল্লাং ওইওম্বা, মফম অমা থেংনরে। মফম অক্তুদা কোয়না চন্নবা, লাওন লিয়োন শান্নবা য়াবা মফম থিঙমলকপদা, লম অক্তুগী মফংদা অকংবা অতোংবা লম মচেং থরা থেংনরে। লাই অনিনা কোয়না কোয়না চন্নবা য়েংলকপদা থোইদো তাবা মফমদু "অকোইপুঙ" কৌনা খমথি।

মফম অক্তুদা কোয়না য়েংলগা লাইরেম্বা লাইরেম্বী অনিনা হায়, "নোংদম মপুনা ঐখোয়বু থিঙমলু লৈঙ-মলু হায়না নোংদমক্তনা থাবীরকপদি মফম অসিদা ওইরবোইরে; অকংবা লমদম অসিদা লৈদুনা লাংওন লিয়োন শান্নমবা তৌওমসি।" অসুম্না থরুরক্তনা খুল্লোক খুন্দাবদা থবাইদগী খুদোংচাগনি লেপ্পথিবা মফমবু "খুল্লোক মাই-পুঙ" ( খুল্লোক পুঙ ) কৌনা মিংথনখি।

হুংলো য়াইবীলেন সিদবগী ময়াথংবু, লাইরেম্বা লাইরেম্বী অনিনা কোকলেন থোংনা, তাইবং লাংওন লিয়োন শান্নকয় কোইথি থীরকপদা. থাইদগী হেন্না মফম চারে থন্নখিবং, থবাইদগী তোঙবা অকংব. লম অক্তুবু "কংলৈপুঙ

ময়োন ” কোলোইখি ।

লাইরেম্বা লাইরেম্বী অনিনা ইহান হাম্না য়ুম শাজুনা য়ুমলিংবা, হৌবা মতম্তু “ খজাই খুকম ” মিংথোনখি । মতম থরা লৈকা শিল্লম থৌরাংবী লাইরেম্বী ইবেম্মানা হায়, “ ঐখোয়গী য়েনিরবা অহিংবা চোগদোরিবা থৌরম থৌওমগনি থাজত্রে, লৈশেম খুনশেম্বা মতমসু যনা মশাংলক্লে; ঐখোয় অফি নত্তনা কনা ” বা লৈবা উবসু লৈত্রে; ঐদি নিঙতম্ব্রেতকো।” লাইরেম্বানা হায়, “ উম মাতু, অচুম্বমক্নি; মহাকা ঐহাকা ঐখোয় অনিত লৈবসিনদি, থৌওম্বরোই; হৌজিক ইবানি করি তৌসি হায়বগে ।” লাইরেম্বীনা হায়, “ মফুদি থোক্নব পাংথোক্নি য়াওস্রবনিনা, উনবী মরা তপ্না খম্বীত্তুনা থৌরাংবীরকপা, তুং-ইন্না চৈনবা তুং-ইন্না থৌওম্বা থোকনজগে; তৌকম থোকপা থৌরম মপুং ফানা পাংথোক্লবা তৌবীরো ।” তৌগে লেপথবা, তৌরমদবা লৈত্রবা; মহাক্কী মহাক ওইবা লাইরেম্বানা মথা তানা থবককী থৌরম থনবা হৌখি । মতমতুদা ইখং খংহৌদনা, ফুশিংলম মাইকৈদগী লাইপাখং নিপালে থোকলক্লুনা, কাকৈপুও ময়োম্না তানা চংলক্লুনা মহাক্কী মহাক ওইবা লাইরেম্বগা খুত্থোক য়াইপুত্তদা উমরে । মহাক্কী মাহাক ওইবনা কনা, মা য়াওদনা মথোমদা মকম অত্তুদা লৈরম্বা উবদা মখোয় নিপাল, থনফম খংদরমথে ওকলমই । কনা লৈবা উত্তমত্তনা মকমত্তুদা লৈরম্লুইবা, মপু নহাক্কা কনানো, করি তৌরমইবনো খন্দুনা হংবদা মহাক্কী মাহাক ওইবা লাইরেম্বান্না হায়, “ মকমসিদা খুত্থোক্লুনা লাই য়ামগী খুত্থোকফম, শাম্নব শেমত্তুনা, ফুংও ই য়াইফ পনা দম্বীগে লৈরমইবনি; অত্তুগা নখোয় নিপান্না মকমসিদা লাকপনা করি হায়বগে ?” মখোয় নিপান্না তাংজ মরাই লুক্না খুরম লৈগ্রত্তুনা হায়জরকই, “মহাক্কী মহাক ওইবা মপুও

ঐখোয় নিপান, লৈকম লৈভতুনা কোয়জাইনরক্লবনি; তাকপীবা নয়াথং তাক্কবদা, পুক্লিং ’ বাবা পুখা কোকচরে ঐখোয়বু শেম্বীবা মপু ওইবীতুনা, নকালাং নশাইকোন্দা, তাকপীবা নয়াথং মতুংইন্না থম্বীবু লোংকখীয়ু।” মখোয় নিপানগী বা তাবদা মহাকী মাহাক ওইবনা মখোয়বু কৌশিন্দুনা বারি বাতাই শান্নখতুংদা মখোয় নিপানগী কোল্লোয় মমিং থোক্লে। ১/ উকোংলেন, ২/ কোংতিংলেন, ৩/ থোংঙাইবা, ৪/ অঙাইবা, ৫/ য়ুহা, ৬/ য়ুচেং, ৭/ থরাই, ৮/ চেংঙা।

থোকইবা থৌদোক উবদা, থৌভম থোৌরাংবী লাইরেম্বীগী মপীজাগী ( মপীজা পুখোক্লিবগী ) বাখল থনবা তৌরক্লে। মতম অতুমক্তদা মকম মরাং ইথং খংহৌদনা সনথোং মাইকৈরোমদগী, শরেং শানা লাইরেম্বী নিপাল লাক্কুনা কাংলৈপুক্ত ময়োন পাংলক্লে, থোৌভম থোৌরাংবী লাইরেম্বীগী মাঙা চংলক্লে, মখোয় নিপাল উবদা লাইরে-ম্বীনা হংই, “ নখোয় নিপানবু কনানো, নমিংনা করি কৌবগে,. কদায়দা চংকে লাকপনো, মকম লৈবদী লাকপনো ? নখোয় ময়াম উবদা, হায়ভমদনা ঙুংঙাইবা, ফাওইদ পুক্লিংদা।” কোক্লেন নোক্লা, খুমকই লাই-রেম্বী নিপান্না. “মকমসিদগী লাকপনি হায়বা চপ চানা পাওখুম্বা ওয়জদে, লৈকম ফুংনকম লৈজদবনা, কোয়না কোয়জাইনা চক্কুনা, লমথংকম শান্নকম থিজরিবনি; অতুগা মী-শোং কনা উত্রবা মক্কমসিদা, নথক্ত লৈরমইবা ইবেন্দা, নহাক অসিমা কনানো, করম্বা মরমগী লৈরমইবনো ?”

থোৌভম থোৌরাংবীনা হয়, “ নখোয় খাইনা কোয়না কোয়জাইনতুনা, লৈকম শান্নকম থিনরকপদা, নখোয়গী শান্নকম, নোংদমতুনা, ঙুংঙাই য়াইফনা লৈতাখুন্দানবা, মতাচাবা মকম শেমগে, হায়না কোয়থি থিরকপদগী

মকম অসিদা লৈরমইবনি ; ঐহাককা লোয়ননা , মকমসিদা লৈমিন্নসি , নখোয়গী ফুংতাইনবা লম্বী পুম্বা , লোয়না ঐহাক্না শেমগনি । ” লাইরেম্বী নিপান্না য়াম্না হরাওনা য়াত্না কাংলৈপুক্ত ময়োম্বা লৈমিন্নরে ।

লাইরেম্বী নিপানগী কোলোয় মিংথোন্নে । ১) পুকশি-থোম্বী , ২) অঙাইবী , ৩) থোংঙাইবী , ৪) থিংবরোই-থোম্বী , ৫) থারৈবা , ৬) কোংচিংলৈমা , ৭) চেংলৈমা , ৮) য়ুচেংলৈমা কোলোয়রে । লাইনুরা , লাইপাখং মখোয় তরাতরুক্পা য়ারি-য়াতাই শামিন্নদুনা , ফুংঙাই য়াইবি , উনবী পুক্লিং , মরাতপ্পা , কংলৈপুক্ত ময়োম্বা , নোংমা খুনথোক খুনশেমদুনা , লাংওন য়ুম্পাল্লোন হৌদোক্লুনা মতম ফুংশাংনা লৈমিন্নরে ।

লাইরেম্বী লাইরেম্বা মখোয় তরাতরুক্পা কোরৌ নোংমা চুপ্পা খন্নরকই , “ মকমসিদা লৈরমইবা নহাক্কী মহাক ওইবা লুচিংবা অসিবু কোলোয় মগিংনা করি কৌবা ; কদায়দগী লাক্লুনা মকমসিদা লৈরমইবা , করিমত্তা খাঙমদ্রে মাহাক্কী হেক্না কনা অমা লৈবসু উদে ; মতম চুপ্পদা ঐখোয়গী ফনবা , ফুংঙাইনবা হোংনবীদুনা লৈ ; ঐখোয় পুম্বগী কোলোয় মিংসু থোনবীরে ; ঐখোয়না খন্নদুনা মহাক্কী কোল্লোই-মিং থোন্দুনা ঐখোয়গী নিংনকম , চংজকম , হায়রকম , হংনকম ওইনা পী-পা শক্না থম্মলসি ; মহাক্না মকম অসিদা লৈরমইবসে , য়াথলনা লাম্বা ফংদবম্নৈ থকপা ওইগে , ভুমখৈ হংদবা , চাংজো নাইত্রবা নোংথো অতিঙ্ঙাগী পাঙ্খক , শক্তমগুনগে , শিংথাকপ খংগে , মতিক মগুমসু অসিনি হায়নিংঙাই পম্বংফম পন্দাকম খাঙমদ্রে ; অদুনা অঙকপা মশক্কি খংনবা “ হুং অতিঙ্ঙা য়াইবিলেন সিদবা ” মিংহুন তমলসি , ঐখোয় থাইনা পুনেম্লসি । ” লাইরেম্বী নিপালনা হায় , “ খন্নরিবা পুম্বসে চুম্মনি ; অদুগা লোয়নবী লাইরেম্বী অসিসু হৌরকফম , মমিং মথা , শংগে হোংনবদা খংঙমদে , ঙসি ফাওবদা ;

কংলৈ কংলা খুনথোক খুনশেম লুয়া

( ৭ )

লাইরেম্বী ইবেম্মাগীনা — "হুঁং লৈসিলেন লৈপুনবী ইমোইনু অহোং অচাওবী, অকোং তংজা অরাই কংবী মা ননকৈ, নুপা ননকৈ, থোংনেং খোংথাংনরিবী, রায়েন রাঙম থৌয়াংবী, হুয়েন লাংজেং সাফবী, " কৌরোই মিংহুন তম্লে; ফম্বাল মিংহুন্না — " ওঁ পোকপী ওঁ পোকপী তুকাতুপ্ তাকুপ্ হাওকুপ্ হাওকুপ্; " তাইওবা মেকুবা মিংহুন্না " তারৈ হং সং ক্লীং তৈর হং সং রা, " — হায়না ত ইওমদুনা মৈ পুবা স্বর, হুংশিং খোকপা, হুংশিং পুঙ্; ঈশিং পুবা ঈশিংপুঙ্ হায়না মকম অহুম শেমদুনা লৈবাক্কী মমিংবু " কংলৈ পুঙ্ মযোপ " কৌয়ে; মেন স্বর পুবনা " পপ্ পপ্ হু হুঁপ্ হংও " কৌনা থেমনৌনা কৌথোক - মিংহুন তম্লে। লাইরেম্বা লাইরেম্বী তরাতক্কা পুথ্রম, নোংথোন, অসাই, অসম ওইদুনা চোং, সেকপিন, পে থান্দুনা, ফম্বাল মেন শেম-শাদুনা লৈপাক্কী লৈমা - নিংথৌ হাপতুনা, খুল্লিং রায়েনবা হৌরে ফম্বাল মেন স্বর মরমদি মৈ, ঈশিং, হুংশিং অদুনা পুয়ে।

হুঁং অতিঙঙা য়ুংইপিলেন সিদপন, কংলৈ পুঙ্ মযোনগী নিংথৌ ওইরবদা, কংলৈপুঙ্ মযোন লৈবাকপু শেমগৎ শাগৎলগে হায়রবা রাখল মমি তমখ্রে। রাখল থন্না খন্না উনবী রাখল অনি লোংদনা, ওক্লাং থঙ্গিক লৈদুনা নহাকী মহাক ওইরনা, য়েং থংবা লেবান তম্না, খরনা কাময়দা, মহাক্কী মহাক ওইবা মশক অমা চোংথোক্লক্লে, মাংদা লেপ্লে তাংজ লু লুক্না, লৈতন্নি ময়াথং ভায়দুনা। তৌগে হায়রবা তৌওমদবা লৈত্রবা, অমাং অতালৈত্রবা, থাজবু হেন্না ফজনা ভানবা, মাইথোংনা মহাক্কী ওইবা, শক্তমগী কোম্লোয় মিংহুন তম্লে; পাঙ্গলবগী য়াইবিলেন মেরুবনা " গ্লীঁ শ্লুঁ ক্লীঁ গ্লীঁ গ্লীঁ গ্লীঁ " হায়না তম্লে। হুঁং অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবনা

( ৮ )

অমুক মহাক্তী খোইদৌ পানা য়েংথত্নুনা বাখল তৌরিডৈদা, মাংদা, মালেমথক্তা, কোংয়াং চৈগু তাবগুম ; হুঁং অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবগী মখোং থম্বাল, কুরুম লৈপায়বগী, নাওং তমজনকম ওইনা, স্না চিংত্নুম তাবগুম, হুম্নিং লথা থোকপগুম মালেমথক্তা তাত্নুনা তাইবং মীগী শকুম লৌনা চোংখোক্লুনা লৈবে। শকুম অসিগী য়াইবীলেন ক্ষেরুবনা "খুপতি হুঃ রঃ সঃ; মিংলেন্না "স্না কোঙ্গুম্থোকপা" কৌনা কোয়োম মিংখোক্লে। হুঁং অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবনা মশক অনিবু পুখোক্লুনা লৈখিবা মকমবু "সিদবা মউ লিংনকপ (সিদবা উপাল হৌফম)" কৌয়ে

হুঁং অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবনা শ্বর কান্বদা য়েংথংবা লেংবাম্বগী থোরকপা মশক অহুনা লেপ্পুনা লৈবা মকমবু "থাপুত্ত" কৌরে। হুঁং অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবনা খোইদৌ তম্বা য়েংবদা থোরকপা কোংয়াং চৈগু তাবগুম মালেম লৈমাই থক্তা তাত্নুনা হুঁং য়াইবীলেন সিদবগী মখোং থম্বাল লৈপাইত্নুনা লৈখিবা মকমবু "হুম্নিংপুত্ত" হায়না খোল্লে।

হুঁং অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবনা, য়েং থংবা লেবাম্বগী পোরকপা মপারী অহনবু কৌত্নুনা হায়, "পারি চবৈ হন! অসিবা! নহাক্না ননাও কোম্বে তনৌবা, স্না কোঙ্গুম্থোকপাবু ইচাগী লোয়িন ত্নুংইজা, লোয়িনত্নুনা শিন্তাক শিন্দম্বীত্নুনা, নচিন ননাও অনিনা লৈবাক অসিদা লাইগী ওইবা খুবম শেমউও, তাইবং মউ লিংকউও, খুম্বা লৈত্তাবা য়ানবা শেমউও।। রা অত্নু তাবদা, মপাইবুঙৌগী ময়াথং কোকলেন থক থোংনা, অসিবানা মশানৌ কোম্বে তনৌবা, সনা কোঙ্গুম্থোকপবু খুৎজেং পালোয়ননা, কংলৈপুত্ত ময়োম্বগী, মমাই লোংপোক পানা

( ১০ )

ইচানা নিংজবা লম্বী , ওসি নোংদমগে চক মরি চুপ্পা লৈওম্নবা , ইচানা লেপ্তুনা ইপাবু কৌবা খুত্তম অসি , মচানা মপাবু কৌতুনা উম্নখি খংনবা মফমগী কোল্লোই মিংহুন " কৌত্রু অচিবা " কৌরসনু ; মিংলেন য়াইবীগোন মেরুবনা " উঁংচিঁং রিঁং অয়াং থেগ্রেচীং " হায়না লৈওমহুনা , মউ চারি লিংনবা মফম , মতম অমদা , ওইনরসল্লু।"

য়ারম খরসি হায়রম্লগা মপারী কোক্নে তনৌববু য়েংতুনা হায় " স্না কোঙক্তুখোকপা ! ইচাদি খবক্তী সিম্লমদি খোওম - তৌওমজগা , অতোওবনা ইচাগী ওইওমজনিংবা মশকপু ফোংদোক্লম্লিদা ; নয়াম্বনা অস্তুক য়ানা লৈবাক অসি পানওম্নবা হোংনরগা , নবুক চাদে নথরাই তাদে খনওমহুনা , খংগাইহুনা মাংহন্নবা থোরংবা , নহাক্তী নপুক চাদে নথরাই তাদে খনওমহুনা , খংগাইহুনা মাংহন্নবা থোরাংবা , নহাক্তী নপুক য়াখল অসি ওক্নোক্লা পুক্লিং শিকওমইদা , নয়াম্বানা তৌবা থবক থোরমদা করিগী অতুক খেংংলো - খুংলৌনবা তৌওমইদা , নহাক্তী নপুকচেন অসি চক মরিমক্তা খংনহৌরসল্লু ; খংহৌনবা নমিং কোলোয় ইপানা ওসিদগী " কোংলৌতোন লৌথিবা " থোক্লম্লগে ; ইশা ইচা ফম্বাল্লাংলিবা মফমসিনা , নহাক্তা ঐহাক্তা উম্নহুনা , তিল্লুক ওইহুনা , কোল্লোই থোনখিবা মফম্নি ; ইচাগী লাংওন শাম্নবা , অহানবা হৌবা মফম্নি খংনহৌনবা " লাংওন কুরমচীং " থোক্লম্লগে , মেরুবা য়াইবীগোন্না , উঁং রিঁং " হায়না মিংহুন তম্লগে ; মফম অসি নংগী য়াথোক য়াক্তা লময়েংফম ওইনা তম্বীরম্লগে ; নয়াম্বানা শেক্তজবা খুত্তমবু হনগায় থিনগায়হুনা মাংনবা থোরাংশিবা নশক , নরমচৎ অত্তু শংনবা , চক অমদা লাংওন তুবি য়াথোকপা হায়না থোকওমহুনা লৈবাক অপুম্বদা শিনবা থংনা লৈওমজবা নশক ওইজরে : নহাক্তী নমিংনা য়েংবদা তাম্লালোম্লা উবা লমথৈ মফম তম্লা , নহাক্তী নশক লাংওন থম্লহুনা , কংলৈ লৈবাক অসিগী অরোইবা লমগী লমথৈ

কংলৈ কংলা খুত্থোক খুনশেম পুয়া

(১১)

ওয়খৈ ফাওংদা ; ময়াম্বগী ১ফমদা লৌ - য়েংলি থংমহৈনবা , লৈবাক অসিগী মফম খুদিংদা লৈওম্বা ওলা পাখেন উ খুদিংদা য়েংপা , উরি খুংয়েং - উয়েংকা , ❀ য়েংনা লংতুনা য়েংপা খুয়েংকা , লৈবাক অতৈদা হৌবা ওলা পামেল্পা য়েংপা উরিগী খুয়েংকা মাংদবা ওইস্রু । কংলৈপুঙ ময়োম্পা অমদি লৈবাক অসিদা য়েংলোম লয়না য়েংপা , মীরম পুঙদা লৈবাক অতৈদা য়েংপনা ওইরোম লয়না য়েংপগী মখক লৌংনা , অমাইবা অমাইবীনা ,য়েংনা লয়বা পরৈবু ওইনা ফল্লবনি ; ওইনা লয়বা পরৈবু য়েংনা হল্লবনি ; হায়বা বাহৈনা , ওয়দাই লৈজাই তে - নলম্ব ” হায়না নোংদম্নগা , মপারি চরৈহন , অসিবা লাইগী মকমদা কংলৈ খুবম পুম্নমক শেম্নবা শিন্নরম্নগা , খুভম শেম্বদা খংলৌ পল্লোদনবা মপারি কোল্লে ওনৌবা , কোংলৌতোন লৌথিববু কংলৈপুঙ ময়োম্পা পুবকখি ।

হুঁং অতিওঙা য়াইবীলেন সিদবগী ময়াথংবু , অসিবা লাইনা কোক্লেম্বক্তা হাপ্পা , কোয়না কোয়না চংতুনা কাংলৈপুঙ ময়োম্পা শেম্বা য়াবা খুভম শেম্বা তৌরক্লে ।

শম্মেং পাংনা কুমতুনা “ থাংহি ওাংতোংচীং ” শেম্লে। য়াইবীলেন ওয়দাই মেরুবা মিংহুন্না “ হুঁং হিংস স হিং মিংথোক্লে ; নুং শিংপুঙগা শয়েএ । মথা হারমদা “ শুগ্ন ফম্বাল থোঙ ” য়াইবীলেন ওয়দাই নেরুবনা “ হুঁং যেং ফাও কাংলৈ পুঙ মাই ” মিংহুক্লে ; মেন ফম্বাল শুরুংথোঙগা শয়েএ । নোংচুপ হারম পাংনা চংতুনা “ চৌংলেন

❀ পাখংবা য়াথোকপা ১ফম , খুভম কয়াদ্রা য়েত্না লৈরা উরিদি পাখংবনে ; থংও ॥

ওপ্রুম " মেরুবা মিংলেননা "হুঁং নো' হোংং ফা মহিচীং হুঁং হামুপা খমনিংপা হুও, হুঁং স্না কোন মীতুরং পাহিং " কৌনা কংলৈ পুম্বগী ওমদাই চুকফা য়াইবী হাপতনা শেয়ে ঈশিং পুওগী মরম ওইনা শেমখি। "মেন্দে হভম চীংশাং ফম্বাম্লোং " শেমই । নোংপোক নিংথৌ পুও " কংলা মমুং মৈরম চিরা থংবগা শম্বনা শেমই । "হিথাংচীং " ( হীস্নাংথাং চীঙ্গোল ), ঈপুও ফম্বালগা ফাওনা ফম্বানথোও শেয়ে। "কামোক ফম্বালচীং " শেয়ে ; খবা পুওগা শম্বনা থয়ে । "হৈপোক লাংথ ফম্বাল থোও চীঙ্গোল " ( লাংথবানচীং ) গা "হয়েং পুওগা তুনা খুমহুনা শেয়ে । কংলৈপুও ময়েন স্নাকোম্বুংগা মরম তুনা লোইবি ফম্বালথোও চীংসা ১০৮ বু শেম শাবা লোয়-রঙনা অমুক হন্না অসিবা লাইনা কোয়না মফম খুদিং চংতনা, স্না মিংয়েং তারগা, মফম কয়ামুক্কা তুংদা খংজ ফাজহৌনবা খিজিন্নবা, স্না পেয়ে, লুপা পেরে, কোবি পেরে, শেন, য়োং, পিথ্রাই, মুংনচিংবা তুংদা কান্ন-গদবা লম্বী খনবীতুনা শেম্নক্রে । মতুংদা ঈশিংগী ইচেন মরু, মতিক মওান নাইবা, তিনকোক লাইকোকচনবা রায়েন নোংদম য়েংনবা লাইফম মরু ১০৮ জীরল লখা অমগা মফম মফম খুদিংদা থমতুনা কংলৈপুও ময়োম্বা লৈরা "ঈশিং পুওগা শম্বনা মরম থমতুনা লৈবাক অসিগী মুংওাই য়াইফনবা মরম পুম্বা খিজন্দুনা শেম্নগা কং-লৈপুও ময়োম্বা হল্লক্কুনা, হুঁং অতিওঙা য়াইবীলেন সিদবগী মফম তান্না চংতুনা "কংলৈ খুভম য়াথোও থোংদাকয় স্না ফম্বালথোও শেম্বা লোয়জরে মফম খুদিং অমুক্কং খোওদাবীতুনা স্না মিংয়েং ত,ওবীনবা মচা নরা, হাখল থেনবা নচানা নীজরি " হায়না হঙ্গংলে ।

কংলৈ ক্ষংলা খুম্বোক খুনশেম পুরা ।

( ১৩ )

মচাগী মরা তাবদা, হুঁং অতিওঙা সিদবনা, চীংঙু লাইয়াম পুহনা, কংলৈগী মকম খুদিং, তুশোং-মরু ইরেন মকম খুদিং চৎতুনা য়েঙগয়ে। মচানা শেম্নস্বা খুভমশিং অহু উবদা হায়রকই, "পারি চৈ অহনবা। ইচাদি রাংল চাওইদা, মাংগী তুংগী থোক্নদবা, লম্বী পুম্বা থিজন্না, খুদম অপুম্বা শেম-শাহনা, থম্নেদনা, ইচানা কংলৈপুঙ মাইয়োন, লৈবাক অসিগী মনুংদা, শেম্লিবা খুভম অসি, মতম মতম অহুগী রাজৈদোক ররম য়েংহনা কোলোই থিংহন ওম্বা ওইহনা, চক মরিমক্তা, অমাং অতা লৈতনা লৈওম্বা মশক ওইসনু; শিনবা থনা লৈপ্লিবা লৈবাক পুম্বগী, মফম অসিনা মরু লেনফু লৈতাই-ওমদাইফম ওইনা মকম অসিদা পুরুম লৈপাই তেনা থেম্নসনু; অতৈ মকমদা, লৈবাক অতৈ অথেদ, মশক মওং, মখল-মথেল নাইনা থম্বা খুভমশিংদগী হেন্না কংলৈপুঙ মাইয়োন ওইরিবা লৈবাক অসিদা, মকম খুদিং চিংশিন্দুমা শেম-শাহনা থমইবসি ইপানা খুঙাইবা ওথৈ লোয়ে।" রাজা অসি, হুঁং অতিওঙা য়াইবীলেন সিদবানা হায়রবতুংদা মচিন মনাও অনি কৌশিল্লগা হায়রকই, "হৌজিক নচিন ননাও অনিদা, ইপানা পাংদাক শম্না হাংগে, থক-থা মরোন তারামরি অমাদ তাইবংপান অসিদা লৈঙ-মহনা পানগুল্লিবা, অচৎ চঙা, লেংঙি পাল্লিবা পুম্নক অসিবু মফম কদায়দগী করমতৌনা লাকওম হৌওমলক-ইবনো; মরম অসি থংনবা থিজিল্লগা ইপাদা পাংদম্নো, পাংদম পাওতাক অসি ইপাদা থংহনবা হানবা ইচাদা কংলৈপুঙ মায়োন অসি শিংরম্নগে; মরম থংনবা নচিন ননাও থৌরাওঙুরো।" রা অসি তাবদা অশিবা লাইনা হায়, "ইশানৌ কোঞ্জংথোকপা কোংলৌতেংন লৌথিবা, অতিওঙা সিদবগী মরাথং কোকলেন লম্নাইথক্তা হাপ-তুনা থংদবা থংনবা তৌওম্নুসি।" কোংলৌতোন লৌথিবানা হায়, "য়াম্বুংনা মরম পুম্বা ফনবা অতুম তৌওম্নীবু,

মনাও পাঙ্গল শোনবদি কোয়না হৈনা হৌগন্দুনা পাওজেন পাওতাক অতু থিওম, থৌওম ইত্তিক চাজত্রি।" বাহ্ তারদা অসিবানা হায়, "অতুদি ইশানৌ কৈহৌরো; ময়াথংবু পুদুনা ইয়াম্বা অতুক চংলুখিগে।" বা অসি তাররম্নগা কংলৈপুও : যোজনী মাই নোংচুপ হারম পাংনা থোরক্লুনা পুও অমগী মনাক্তা লেপ্তুনা রাখল তৌরকই, "তাইবং লৈখোং পুম্বা কোয়না থংনা চংকদবসি, মফম কদাইয়দগী হৌরগা, মফম কদাইদা, ওমদাই পন-দোম লোমসিবা।" হায়না ওহাক রাখল তৌরগা (মতোমতা হায়জরকই) "উব! মকমসিদগী হৌনফম, লোয়নফম ওইহনা খোংশাম্লগে।" হৌনফম লোয়নফম খংনবা পুও অতুদগী লৈপাক লৈতুম অমা যক্লগা চেৎনা পুন্দুনা, তাইবং লৈখোং কোয়বা হৌরক্লে : তরুক্লক শুরদুনা তরেৎ শুবা লৈতুম পুদুনা অমুক হন্না কোয়বদা পীল তাগগা অসিবাগা উন্নখি। অসিবানা হায়রকই, "মফম অসিদা লাকইবা নহাক কনানো? ঐহাক্না তরুক্লক হন্না কোয়বদা - চংশদা নোংমতা উহদে; চন্দক অরোয়বা ওইনা কোয়বা লোয়শিন্নগে, হৌফমদা হন্নিন্নগে থৌরাং-বা মতমদতা নহাকপু ঐহাক্না উবা ফংই, মফম অসিদা করি তৌরমলিবা?" পীসাতাওনা খুম্মই, "লোংজি পাল্লিবা, অচৎ চংতা পুম্বসি শেংবা ঐরোন্দা পাঙ্গল তৌরিবা অমদি ঐহাকপু শেম্লকইবসিগী মরি-মথোং খংজগত্রা হায়বগী মতম কুমশিং মশাং খংদনা, পুরুম লৈপাই লাইনিং শরেংতমজরকখীবনি, অতুবু হৌজিকফাওবা খংজবা ওয়বজিল।" মরম অসি খংহনবীনবা পীসাতাওনা নোল্লুকপা বাহৈনা পুরুম লৈপাইনরকই। অসিবানা হায়, "মরম অতু অঙকপা হায়ফম শংদবা মশক অমনি, মফম খুদিং শিনবা থংনা কৈওম্বা, মশক পুম্নক মহাক্না ওইবা, ম্নাইবিলেন সিদবা, নোংদম্বা পুম্বগী মপু ওইবা মশক্তা অরেপ্পা নাইত্রবা, মহাক্তী মাহাক ওইবা, লেংদবা মশক্তা

শুমহৎনবগী মশক ওইবা, অঙানবা খিবিক্কী মরক্তা স্না-চুমথাং খনবা, অমম্বা অমুবা কুয়োম্না য়োম্নগা তৌক্ত শং-থাংনবা মঙাম্না, মশাগী মচু মঙান ফুদোদনা খিয়েম্ন্দা খিয়াংওম্না, লৈওম্বা উবদা মশক খংদবা, পোকপা শিবা নাইদবা, য়াইবীলেন সিদংা, মাহাক্কী মহাক ওইবা মশক পুথোকপা, মাহাক নাহাক্কী লেংলি পাল্লিবা অমদি তাইবংপানবা পুম্নমকশি থোকওম্লিবনি, মাহাক হায়বা অদুদি নং ঐনা নিংজবা মওং মশক অদু ওইদুনা, মাহাক্কা মহাক্কী মশক মচু মঙান তাকওম উহনবী; তরেৎলক হম্না লৈকোয়রকপদা মরম অসিবু হংওম্বা, ঙাংনবা, নোং-কোরৌ অমতা তাকওম্নক্তে; হৌজিক মরম অসি হৌদোক্লকপা অসিদা ঐ অসিবু কনানো, কৈদৌবা লাক্লিবগে, কদৌরিবনো ঐ মকম খংজে; মকম অসিদা নং-ঐ মতম খরা লৈমিন্নদুনা মরম অসি শন্দোক্না খংজন খিজন্নবা পুরক লৈপাই তমওম্নসি।" হায়নরিবা ৱাকমসিদা নত্তুনা, মথল মথা অয়াম্বা মরী লৈনবা লম্বী কয়া ঙাংনরম্নই।

মতম অসিদা কোম্নক্ত থোকপা কোংলৌতোন লৌথিবদি, ময়াম্ন ইবুঙঙো অসিবানা কংলৈ খুন্তম ফংখিগ-দবা অদুবু তত্তুনা নিংশিংলুবদা মবুক্তা তাখিবা, মুংঙাইতবা ওইদুনা, চাগনি থকনি খংদনা, হংওক মুংজাননা মিৎস্না তরং লাইজ ইরাচেম্না, কংলৈপুঙ ময়োম্নদা ওম্না-থোয়না থাংদুনা লৈরমই। তৌরিবা মতৌ অদু উর-দুনা লৈসিরেন লৈপুনবীনা হংই, "পারি কোন্দে তনৌবা! করি মতৌ লাংওয়ো তৌওম্লিবদো, করি নন্নিং খুং-দবা, হায়য়ু ইমাদা।" মমাগী কেলোয় ময়াথং তাবদা, মমাদা হঙংই, "নচানা খঙওমদবা লম্বী অমা খংজবা ওমদবা মরমদগী নচাগী পুক্নিং অৱা-লৈথম তানবনি।" মমানা মথা তারকই, করি মরমদা খঙওমদবগে, ইমাদা

( ১৬ )

অতুক-হায়য়ু, ইশা তাকে, ইমানা খঙ্জোইদবা উরোইদবা করি লৈতবনি, ইমাদা হায়য়, পারি কোন্দে তনৌবা !" মমাগী ময়াথং তাবদা, মিৎলু ইরা চেন, কপ্পা কপ্পা, তাইবংপানবনচিংবা অতিংকোক, অতিংয়াই, অতিংখম লেংলিপাল্লিবা পুম্বাগী হৌরকফম লম্বী থিবা ওইনা মমাগী মফমদা পাওহৎলকই; মাতু তাবদা মম্মা ইবেম্মামা তাক-পিরকই, "পারী কোন্দে তনৌবা ! মরম অচুম্বীদমক মফম অসিদা ইমানা লাক্লুনা, লাংওন লীক্না শাক্লরিবনি; হুঁং অতিওঙা য়াইবীলেন সিদবনা কংলৈ রায়েন শংদা স্না ফম্বাল লাংবা মতমদা রাহৈ অসি পাওদমজো—পুম্ন-মক অসি নহাক মাহাক হায়বা মশক, লেংদবা, অমতা ওইবা মশক, মাহ ক নহাক হায়বা অসিদগী থোকওম্বা ডাক্তি ।" রাকম অসি মচাদা তাকপিরম্বগা অতিওঙা য়াইবীলেন সিদবগী স্নানাক্তা থোগন লাংবা লৈসিলেন লৈপু-নবী চংখ্রে । মমা মচা উন্নতুনা অচৎ চত্তা, লেংলি পাল্লিবগী হৌরকফম তাইবং মউ তারখিবা মফমব "কংলৈ-পুঙ মাইয়োন অওই ওইদ চাংদফম" কৌনা খুভম থমখি ।

কংলৈ ফম্বাল রায়েন শংলেম্বা হুঁং অতিওঙা য়াইবীলেন সিদবগা, লৈসিলেন লৈপুনবীগা স্না তাংবন থক্তা ফাম্বাল লাং লাই পাথং, লাইরেম্বী থিবিক্তা থোগল লাংদনা লৈবা মতমদা কোজন্তুথোকপনা চংলক্লুনা স্নাফম্বাল্লাংলিবা অতিওঙা সিদবা অমদি লৈসিলেন লৈপুনবীবু তরেংলক য়েৎওইননা কোয়রগা লৈমাইথক্তা কোং-য়ান চৈত্ত তাবগুম পুনেংজৈ । হুঁং অতিওঙা য়াইবীলেন সিদবনা পাওহংলকই, "পারি কোন্দে তনৌবা ! ইপাগী ফম্বাল্লাংদা ইচানা লাকপদি করি হায়নিংবা লৈবগে ইপাদা হায়য়ুদনা ।" কোজন্তুথোকপা কোংলোতেন লৌথিবনা

হঙ্গচে, "হু'ং অতিওওা য়াইবঁলেন সিদবা, তাকওম্বীবা নয়াথংবু ইকোক লৌরাইলেন্দ। হাপ্পা থিজ হংজদ্রা খংওমজবা পাওখুম থিবিক নকালেন্দা নাগ্রৈয়েজগে চংজরকপনি ।" "কদাই লেংলিপাল্লিবা; অচৎ-চত্ত পুম্নমক্কী মপী-মপা মউ মশক অদু, রায়েন শংদা ফম্বাল্লাংভিবা ফম্বাল থোগস তৌরিবা লাই পুম্নমকস্থ তানবা, নপাও নিংথিজবা কোলোইবু তংলোলাও, লম্বী মরম অদু তানিংবনা মুংথিন পোপ্পাহুনবদা, লাইজ ইখৌ লাংবনা তমজমফম্ ওইওম্না ইপানা ঙাইহুনা লৈঙম্নকইবনি ।"

কোংলৌতোন লৌথিবনা মালেমথক্তা খুউ লৈতানা খুবাং চাংক্কৌ তরা লোম্নমা পাওদমজরকই, "হরি হয়াহে, খোইয়ুম লাইনিংথৌ, হু'ংলৌ অতিওওা য়াইবঁলেন সিদবা, য়াবা কোংখাংসাগী নমুপোংথোক মথংলেংনা অপা-থেংতম্বীবা, য়োইরেন তোম্পোকপা, লাবন তৌম্না তৌজিক লাইবু, ইমু মচেৎ খোম্না, থ'বি শেঙ্গেইলেন নবদা, য়াহিপ্পা, মথোং থম্বাল লৈঙাং লৈকানা তমজববু পুরুম লৈপায়জনা নিংশিং-হঙ্গচ্চরক্কে :- হরি হয়াহে! য়াইবী সিদবা, লম্বী অসি, রায়েন ফম্বাল্লাংওম্বা, ফম্বাল থোগন তৌরিবা লাইয়াম পুম্নমকস্থ তাওমরীহৌরো, মরম অসি অমুক হন্না থিওম তাওম্বা, খংওমজবদা অতাংবা পাওদাক পাওরৌ ওইওমগ্রবনি, লেংলিপাল্লিবা লাই থৌরাম্মীচাক, মুমিৎ, থা অচৎ চত্তা তাইবংপানবা পুম্নক অসিগী মশক পুম্নমকপু ওইরিবা, মাহাক্কী ঐহাক ওইরিবা, ঐহাক্কী মাহাক ওইবা, তাকওম্বা মশক তরেপ্পা; হায়ওমদবা নং ঐনা পামজবা, নিংজবা মশক মওং অদু মহাক্কা ওইরিবা মিংলুম্না 'সেনবা' ঐহাক য়াহাক মাহাক অহুম্নক্কা অমতা ওইবা য়াইবঁলেন মেরুবনা, স্না

অহিংবা মচুনা অঙোবা ওইবা, মমুংদা স্না অহিংবা লৈহাও মচুনা তমজবা, শুমহৎনবগী মশক্না জীবনী তুনকম ওইবা, 'মাহক্রা' 'ঐহাক্রী' রাখল ওইরিবা, রাখল অদুগী মশক্না স্না অহিংবা ওইবা, লৈহাও মচুনা মশেক মঙাল ওইবা, মমুং মপান তুনা ঙানবা, মকম পুম্নমক্না থা-নবা লৈতনা শিনবা থংনা লৈরিবা, য়াহাক' হায়বা "হুংলো য়াইবীলেন সিদবা মপুনা "ঐহাক' হায়বা হুং অতিঙঙা সিদব "মাহাক হায়বা' মমুং-মপান তুনা লৈঙনী, "ওঁ পোকপী লৈসিরেন লৈপুনবীগা অনিমকপু পুখোক্লনা লেংভি পাল্লিবা পুম্নমকসিবু খোক-ঙম-শেমঙম পোবঙমইবা, য়াইবীলেন সিদবগী মশক 'মাহাক' হায়বা থিয়াং থোক্না লমথোবা, সিদবা মপুগী ময়াথ দগী হুং অতিঙঙা য়াইবীলেন নহাক্না অচৎ-চত্ত, লেংলি পাল্লিবা পুম্নমক অসিগী মউ উরাংনা নহাক্লি, উরাংগী মউ-মক্ক লেনফুনা হুংলো য়াইবীলেন সিদবা, য়াহাক হায়বা মশক্না ওইরি, ঐহাক, য়াহাক, মাহাক মশক অহুম্না অমতা ওইরগা ভাম্বোইবা, অঙোবা মমুংদা মুরৈ শংথাংনবা মঙাম্না স্না অহিংবা মচুনা তংজবা, অনৌবা নোংগী মরক্না চুমথাং থনবা মৎংনা, লৈবাক লৈবাক খুদিং ভাল্লিবা, 'স্না অহিংবা' কৌরা মিংলেন মশক্কগী খোকঙম পোকঙমখিবা মশক ভাক্কনি, পুম্নমক্কী মপা মমা হৌরককম মউ উরাং মক্ক লেনফু 'ঐহাক য়াহাক, মাহাক, হুং অতিঙঙা সিদবা, হুং য়াইবীলেন সিদবা, ওঁ পোকপী লৈসিরেন লৈপুনবী" অহুম্নক্না অমতা ওইবা মশক্কগী পোকঙম খোকঙমখিবা, মশক অহুম্নক্কগী খোকখিবা, শেমখিবা পোকখিবা ভাক্কনি।"

মচাগী রা তাবদা হুং অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবনা হায়, "পরি নহাক্তি, ভাইবংপানবা. লেংলি পাল্লিবা

কংলৈ কংলা খুম্থোক খুনশেম পুয়া ।

( ১৯ )

অচৎ - চত্ত পুন্নমক্কী মপা, ২উ উরাং লেনক্ থংবা হানবা অদু ইচানা ওইত্রে, মসি পুম্নসি হয়েং চক্ ম্রি ফাওবা চুপ্পা থংনহৌনবা, ইচাগী কোলোয় মিংচুন, ওসিদগী হৌনা, "পাথংবা লৈঙ্গুংলেঙ্গা অরিবা, উঁ ও ঠুঁ ঙঁ; য়াইবীলেন মেরুবা ত্রীঁ হ্রীঁ তোংলৈরা মীঁ হীঁ তোং নানিক চৈ চৈ" হায়না থোঙ্গগে । কংলৈপুক্ত মাইয়োন, লৈবাক অসিগী নিংথৌ খুভম নহারা ফংদুনা, লৈবাক লৈবাক খুদিংগী নিংথৌ তাংবনফম, চোং শেক-পিন থান্ন, অসে অদাই অসন্না থৌগন লাংনা, তাইবংপানবগী রায়েল থৌদা নোংদম্বা, শেম্বা শাবীনবা ওইদুনা চক মরীমক্তা পানগুমজবা ওইরে; ইপাদি নশাইগোম্বা নরুম থূপ্পা লৈরগে, ইচানা ইপাবু নিংশিংলকপা মতম মতমদা উ-নবা ওইগুমসি হায়দুনা তাক্লগা অসাই, অসম, নিংথৌ পোংলোই সম্পোং পুম্বা শিন্নদুনা মচাবু মালেম লৈমাই থক্তগী, ফৈংদুনা কৈবাকথক্তা পদুগা তাংবন থক্তা কমইহুগা মচাগী মতৌ মওং য়েংগদবগী কংলৈপুক্ত কং-লৈপক্তদা থূপ্পুনা লৈত্তমখি । হু্ঁং অতিত্তত্তা য়াইবীলেন সিদবানা থূপ্পকম ওইনবা মকম্ "অতিত্তত্তা য়াইবী ম্নিদপুক্ত" কৌয়ে । ওঁ পোকপী লৈসিরেন লৈপুনবীসু থূপক্তহুগে বাখল্লদুনা মাহাক্তগী মচাকুম্বী, থৌরম থৌরাংহৈবী, রায়েন কারা রাফাওবী, হুয়েনলাংজেং শাকবী, তাইবংপানবা পুম্ববু শুমহৎনবগী তুংনফম ওইবী কোলোয় মিংচুন "স্না পোংনাং লৈমা" কৌদুনা পুথোক্লে। খুদক অদুদা ইহেম্মা অসিবু, নোংপোক হারম পানফবা, অত্তাইবা লাইগী মখমদা মতুংগী লম্বী ওইগদবা তাক্লনা শিন্নরগা পুহনখি । লৈসিরেন্না মশক অমা পুথোক্লগা থূপখিবা মফম অদু "লাংলেন লাংওন পুক্ত" (লাংলেন লাওওন তরেংকী থূপ্পা থোক্লকম পুক্ত) হায়না কৌলোয়খি ।

কংলৈ কংলা খুম্বোক খুনশেম পুয়া ।

(২০)

কংলৈপুঙ মযোম্বা পাখংবা লৈমুং লোঞ্জা অরিবনা নিংথৌ ওইনা পাম্লবদা, লৈবাক শেমলৈ খুংম্বোক লৈউদগী য়াওরক্লবা উকেংংলেন, অঙাইবা, খোংঙাইবা, কোংতিলেন, থরাই, চেঙতা, য়ুহা খুচোং লাইরেম্বা নিপালিবু, মাইকৈ নিপান ডাকপা, লমপুবা নিংথৌ হাপ্তুনা, পুপ্রম্বা, নোংখোন, অসাই, অসমনচিংবা ওইহল্দুনা, লৈবাক ইংনবা, মরাঙপ্লবা, মু ঙাই - য়াইফনবা পাখংবা নিংথৌনা মাইকৈ নিপান্দা লাইরেম্বা নিপাল থম্লে । লৈমুং লোঞ্জা অরিবা পাখংবা নিংথৌনা, চীংয়া তময়া কোয়না চংতুনা মথল মথেলগী লাংওন শাহুদুনা, লম অফ - ফত্তা কোয়-য়েং য়েংলমই । নোংপোক খোং তারকপদা, অঙাইবা নোংপোক নিংথৌনা, ইবেম্মা, স্না খোংনাং লৈমাবু, পাখংবা নিংথৌগী মকমদা, খুৎশিন্নরা, লুকমাই থক্তা লৈরোং থেন, লৈরাং কংগঙুম কংলে । মফম অদুদগী কংলৈপুঙ মযোম্বা লাকুনা, স্না খোংনাং লৈমাবু লৈমরেন হাপ্তুনা, নিংথৌ পানবা ওয়বা থৌরাংলে । ইবেম্মা স্না খোংনাং লৈমাবু খুৎশিন্নবা মফম্ "মহালাইকোন" মিংছুনখি । মফম খুদিং কোয়ওয়কপদা মথল মথা অয়াম্বা ফু-খোং শেমতুনা কংলৈ শরং খোংলম মরি তম্না শেমগংলে; চক মরি চুপ্পা লেংদনবা মফম খুদিংদা মাহাকী মহাক ওইবা, লাংওন মশকপু পুথোক্তুনা লাইকোন খুদিং খুভম তম তমদুনা শেমগত্তুনা চক মরিবু, পঙ্গোম থোয়া পানওবা থৌরাঙবু শিন্দুনা থমই হায়রবীদমক লৈমুং লোঞ্জা অরিবা পাখংবাগী মমিং "চা-খা-লোঞ্জা পাখংবা, ওঁ ড্ঁ হুঁ ক্লীঁ শ্রীঁ খপা লোঞ্জা চি-হাইবা" কৌখি ।

ছুংলাই সিদবা অসিবাসু, লৈশেম মুংশেমগী মউ, মপান, লেনফু উরাং, মথল মথেল নাইনা পিসাতাওগী

কংলৈ কংলা খুঙ্গোক খুনশেম পুয়া ।

( ২১ )

মফমদা থংইল্লমগা কংলৈপুঙ ময়োন্দা হুঙ্গলগে হায়না ব্রাখল তৌনা লাক্লুনা, হৌনফম পুঙদা থংলরে। হৌনফম-পুঙদা ঙাইহাক লৈত্তুনা অসিবানা হায়রকই, "ইমা নহাক্কী নফম অসিদগী ঐনা তাইবংপানবা অসিবু কোয়না, চংশা মতমদা, মফম অসিদগী হোত্নুনা চংলি, লোয়বস্তু ঐমা নংগী মফম অসিদা লোয়জরবনি; ঙসিগীগা থানা তরেৎলক শুরে; অহৌবগা অরোইবগা অনি, ঙমদাইফম্, নচানা নফনলাংদা ওইঙমজরি; নচানা অতিঙঙা সিদ-বাগী ময়াথং পুদুনা চচ্চরুবা মরম অসে, অতিঙঙা সিদবানা নিংবা লম্বীতু থংবা ওইঙম্বা পীঙম্বীয়ু। হু অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবাগী নিংবা লম্বীবু থংনবা, তাইবংপানবা কোয়বা হোৌবা পন্দোম লোয়বা ওইবা, ইমা নহাক্কী নফমসিদা কংলৈ লৈবাক্কা অব্রাঙমখৈ তারক্লবা, লৈবাক লৈবাক পুম্বনা অব্রা পোম্পা ছুন্নরবা মতমদা, ইমা নহাক্কী নফমদা লৈতাই ঙমদাইজত্নুনা অব্রা লৈখম তানবা পুম্বা কোনঙমজবা ওইনবা ইমা নহাক্লা পীবীবা ওইঙম্বীয়ু, নচান্তু হু অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবগী মকায়ৌনা চংক্লগে।" মফম অতুবু "ঙমদাই লৈতাই পুঙ (তাইনা-থেয়া-পুঙ)" কৌরে; মেরুবনা " তরৈ হং সং তরৈ সং রাঁ কৌরে ।

কংলৈপুঙ ময়োন্দা চংলক্লগা, চপ লেপ্তুনা হায়রকই; "ঙসি ঐনা কংলৈদা চংজরকপা অসিবু হুং অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবগী য়াব্রা খোঙ্গেন অমতা তাঙমদবসিবু অতিঙঙা সিদবাবু লৈঙমদত্রা?" অস্নুম হায়না হায়না কোয়না কোয়না য়েংলকপদা মশানৌ কেন্দে তনৌবানা স্নাখোনাং লৈমাগা লোয়ননা তাংবম্বক্কা ফম্বাল্লাংবা উরে; মাছু উবদা, অতিঙঙা সিদবাগী তাংবম্বক্কা, অমদি মাহাকমক্কী মমাংদা, মঙমচাদনা ফম্মী খল্লুবা ব্রাখলনা তাথিবা

কংলৈ ফংলা খুম্বোক খুনশেম পুয়া ।

( ২২ )

পোক্লুনা, মিং তারেং পাংশোয় নায়বা মিংয়েংনা মিংকুপ্তনা য়েংতুনা লৈরে । ময়াম্বুংগী অথাবা মিংয়েং উবদা পাংখংবা নিংথৌনা, কঁরতুনা, তাংবন্থক্তগী চেনগে থৌরাংরে । পাখংবা নিংথৌগী মতৌ উবদা, লাইরেম্বী নিপাম্না খুং শম্বুনা কোয়শিন্দুনা পাখংববু থৎলগা, পাখংবা য়েংনা হায়রবই, "নিংথৌনা তাংবন থাদোক্তলা চৎপা হোৎনদে, কঁবীগম্বু ঐথোয় খ্বাইনা নিংথৌ তুবুম নামা ফাওবা তংহল্লোই, পাম্বা থোংগুন তংহল্লোই ।" অসি হাদি হায়রম্লগা খুৎকা খুৎকা খুংশম্বুনা মথোয়গী ময়াইদা পাখংবা থম্লা কোয়শিন্দুনা থল্লগা, লিরোন ঈশৈ অরিবা শক্লুনা পাখংবা নিংথৌ, লৈম্বুং লোঙ্গা অরিববু ভাক্লুনা থমখ্রে ।

লিরোন ঈশৈ :-

"কে কেক কেক মো মো,
য়াঙ্গোই শম্বা স্যাও স্যাও,
তোকপাগা কম্বগা কৈগা এনগা, চায়রবা,
এনথোং ফক্তে চাশিল্লো, লাই' এল্লি চাফদে,
রাইনৌসে রাইনৌসে চরা লাংমৈ রাইনৌসে,
কে কেক কেক মো মো,
য়াঙ্গোই শম্বা স্যাও স্যাও ॥"

কংলৈ কংলা খুম্বোক খুনশেম পুয়া ।

(২৩)

লিয়োন ঈশৈগী বারোনতাবদা, অসিবানা হায়, "ওসি ঐনা থোরাংবা অসি নখোয় নিপালনা উহনা', কোঞ্জম্নুংথোকপা ইনাওবু কনখ্রে; মফম অসিদদি নখোয় নিপালনা মকঞ্জরো, ঐনা চংবা য়াদবনিনা; অহুওইহুনম্ব ওসি মথক মখা ওম্বোকলগা অমুক নৌনা খুভম অপুম্বা শেমহনা খুন্দা লৈতাহল্লম্লগে; অসি হায়না, শাওহুনা লৈবাক্তী সেক্লিং পাংনা চোংথোরক্লে । অসিবা লাইনা লেপ্তুনা য়েংবদা মনাওগী থোঙইদবগুম তৌবা মত্তৌ মওং উবদা শাওখিবা মফম্বু "ওসিপুও" কৌখি । মফম অসিগা ওমদাইপুওগা অনিতুনা লাকয়েন ওমদাইফম ওইখি ।

শাওমখিবনা হেনমনখিত্নুনা, হুঁ অসিবা লাইনা, শেক্লিং থাংহিং ওাংঙোইচিংদা মখোং ওইনা নেং, কংলৈ তাংখমপুওদা মখোং য়েংনা নেংতনা কংলৈপুও মাইয়োন লৈপাকপু মথক মখা ওম্বোক্লগে, হায়না মাহাক্কগী ওইব, তৌবা ওম্বা, মতিক লাংওন মথল মখা পুথোক্নুনা তৌরকপা থোরাং অদু, লৈঙ্গুং লোঙ্গা অরিবা পাথংবান্না উরু হুনা, ময়াম্বুংগী মফমদা হায়জগে খন্দুনা কংলৈপুওগী সেক্লিং হুংকেদা থোক্নুনা মখোং নামা থাঙ্গত্নুনা, মমিং নামা উইশিন্দুনা, ময়াম্বুংগী মফমলাংবু য়েংনা লৈসি মৈথোম্না হায়জরকই, "পিসাংও লাইমক্কা তংজকম ওইবা নহাক্না লৈপাকসিবু শেম্বীবা নত্তরা, অমুক করমতৌনা মাংহনগে থোরাংবীরিবনো, অশাও থোইমন য়াংবা পুম্বা তেবীদনা তেনবীরগা, শেম্বীরবা লৈপাকপু মাংহনবীবা তৌবীগম্ব; ননাওনা লানবা অপুম্বা ওাকপীত্নুনা, নখাও ইতিকচাদববু, ইওম থোদা নোংদম্বা ওইবীত্নুনা নয়াথং কোলোয়, নিংখিবদো কোক্লেন লুবাইলেম্বা হাপচহুনা, মতম পুম্বদা ওমজবা ওইজগে; নখোং লৈওাং থম্বাল লৈকাবু তমজনিংঙাই ওইবা, নখোং খুমারেন্দা, বাকমা

সৈদম শৈকোক খঞ্জদবা ননাওনা, চাজকম্লিনিংনা চংজরি, হায়জফম্নি খন্না হান্নজরি; মিংতরেং মণ্ডম পাংলোই নাইদবা মিংয়েংনা অমুক্তদি য়েংখিখো, নখোং খুয়াংরেনগী থৌদা লোংদম্ন, ফীগাও শানা নিজরি, নাম্বা সৈদম পাল্লিবা ননাওনা।"

মনাওগী লৈপি লৈখোন, হায়জ মাহে তাবদা অসিবা লাইনা মনাওবু চুংশিনহনা কনবীনগে খমলে: অহুবু মালেম লৈমাই ওয়া য়েংলকপদা,—মনাও পাখংবা, কোংলোতোম লৌখিবানা ময়াম্বংগী তৌওমকবা শকম পুখোক্কুনা লৈখা অহু, মখিং পাংলোই নায়দমা য়েংজবা ওমদবনা, মমিৎ নামা উইশিন্না, মমিৎ নামানা পাংথুনা, মখোং নামা থাঙংনা খুনিংলৈগা কাংনা লৈওম্বা মনাওগী মতো উবদা, অসিবা লাইনা, হান্নদগী হেন্না অমুক শাওখ্রে। মাকেম হাকেম লানগ্রেম্নবা ওইনা উবা শক্তম, মরাহৈদি লিপুন লিকানবা ওইবা, মবুক মাখল থৌরম্না করেম হায়গ্রেমনবা, মাওই - থৌওইদবা পুম্না মশক-শক্তম ওইবা, ফংগী মামাং শাওংনা ময়াম্বাবু পুক্তম লৈপাই তেংথানাওই ওইওমই হায়নুনা "খুরাই কাংবা শোংবু চিরাই - তাংবা" মিংচুন তমখি। মকম অহুবু "কোনরাইকন" মিংচুন্নে। শাওবনা কোক্তোন কাশিবনা, খুনমক মাংহনগে খন্দুনা, অকনবা মতিক - ময়াই শক্তম লৌচুনা, মাংহনগে থৌরাংচুনা নেৎপদা, কংলৈপাক মখা পাংনা চেপলক্লে ।

হায়জফম চংজফম লৈরকত্রবদা পাখংবানা ছুঁ অতিওত: মাইবীরেন সিদবাবু, উনবী পুকিং লোংদনা, চুংশা

খিবগা লোয়ননা নিংশিংজরকই ; হায়জরকই , " হুঁং অতিওঙা য়াইবীলেন সিদবা ও , কংলৈপাক অসি অমুক্তি কয়বীখো , য়থক মথ্য ওনখিবা তাপ্রে । " মচাগী ওইবা অবাবা খোল্লাও তাবদা , অতিওঙা য়াইবীলেন সিদবানা য়েংলকপদা , তৌওময়ুবা মশক শক্তম চোংথোক্লুনা লৈপাক য়থক মথা ওলহনগদবগী থৌরাংবা , খরা ওইনা খাংপাংনা চেপ্পা হৌরকপা , মতৌ উবদা , হি : ! করিনো , করিমতৌনো মাংবা তারেনা হায়দুনা , খুদক অদুদা , মচা-ইবুঙো কোংলৌতেন লৌথিবাগী মরাংদা লেংথোক্লকুনা , অতিওঙা সিদবাগী খুৎশু থাংলেম্না হাই-হাইদুনা , তৌওময়ুবা পাঞ্জলগী ওইবা মশক শক্তম পুমুমকপু অমতা ওইনা খোংজিন্দুনা মতুপ মকক তরেং খোংনা ককথংলে । মতুপ তরেং চোংজাইননা মালেম লৈমাই থক্তা তাদুনা লৈপ্রে ; মকোক কোকলেম্না লোইতাম থাজগা তিন্নুক ফম্বাল লাংমিয়দুনা লৈপ্রে । মতিক ময়াই লৈরবা , তৌওময়ুবা মশক্কা মাংখ্রবদা , হুঁ অতিওঙা য়াইবীলেন সিদবানা রাখল তৌরকই ; " তৌওমজিবা থৌদো , ময়ম অসি করিনো ; কনানা থৌরাংজিবনো ! পারি অহন অসিবানা শেমজবা লৈপাকপু মাংহনগে থৌরাংজিবসে , কনানো , করিগনো ! " অদুম্না রাখল তৌনা তৌনা য়েংলকপদা রাখলগী মিংয়োং মাংদা খোকখিবা থেংদোক , ময়াম্বা অসিবানা মনাওবু শাওবনচিংবা পুমমক রাখলগী লাইয়ুমদা মমেক মশোন শেংনা তাখে । হুঁ অতিওঙা য়াইবীলেন সিদবনা খন্না খন্না মতোমতা শোল্লরকই , " ওম্বোকইদা , কুমখিবনা মাক্লম থাখিদা , কংলৈদা তৌওমদা পাজলদা কনা মপা লৈত্রবা ইচা পারিহনবু মাংনবা তৌখ্রবনিকো ! ঐ অসি , লাইমা অচান মিরাই নাইকরেদা ! য়োংলৈ মেলৈ নাইবা [illegible] ! [illegible]কপা থৌওম থৌরম থোকওম চংওমখিদা ; মরে , থোকখিবনা থোকখ্রে . হৌখিবনা হৌখ্রে , হৌ[illegible] মৌনা , ইচায়

( ২৬ )

কৌথোকপা তাই, পুম্নমক্তগী অথোইবা ফম্বাল লম্বী ইচাগী শেম্বা তাই অম্নুম্বা লৈবাক অসিদা নোংদমহৈনা বংলৈপুও মায়োম্বা থংগংত্রবদি, চক মরিমক্কী কালম লাংগেন শিন্নবা, মশক, অমুক থোকওয়রোই, তুংলমচত্তা অচানমিরাই নাইবা, মীয়োক মীচান খায়বা লৈঙমক্তৌরগনি। মফম অসিদা থেম-নৌনা কৌবনদি, থোকওম্ম্বানি নিংদে; অচিকপা মফমদা চক্নুনা থেম-নৌহৌনা কৌদুনা, মালেমলৈদা ইচানা থোকওহ্নবা তৌব-তাই।"

অহুম্বা খন্দুনা, কনা হংহন-তাহন্দনা, মফমক্তু থাদোক্তুনা থোবওম্মগা, খা হারম পানা, থোকওম-চংওমখি। বংলৈ লৈপাক কল্লবগী অমুক হন্না থোবওংই হায়দুনা; অমদি মযম অদুদা থোবওম্বদগী, মতুং থৌরম পুম্বা অমুক হন্না থোকওমই হায়দুনা; অমদি মফম অদুদা থোবওম্বদগী, মতুং থৌরম পুম্বা অমুক হন্না শিন্দুনা মরম পুম্বা থোকওমখি হায়দুনা মযম অদুবু "থোকপুও" (লাই-কোম্মুং নোংদম্বা, লাংবাচাক্তা ওইগদবা কালম তাকপা) কৌখি। পাখংবাবু কনগদবগী, মফম মতম খুদিংদা শংদুনা লৈবগী মিংহুনলেনবু "সং" কৌনা থমখি।

হু অতিওঙা য়াইবীলেন সিদবানা মচা অসিবাবু কৌথোক কৌওমগদবগী, থোকওম চংওমখিবত্নু, কনা খহৌ-উহৌবা লৈখিদে। অতিওঙা য়াইবীলেন সিদবাবু উরক্তুহদা, লৈম্নুং লোঙ্গা অরিবা পাখংবানা তাংজ মরাই লুক্তা, মাইকৈ বদোম থোকওম চংওমখিবনো, রাখল তৌনা রাখলনা লয়না য়েংলকপদা খংলকলে উরকলে — মরাম্বুং অসিবাগা তিল্লুক মায়োম্নফম, অচিকপা লম থিওমখিবত্নু। পাখংবা নিংথৌনা মাহাকম্নু মপাইবুওঙা, য়াইবীলেন সিদবাগী থৌগন ওইনা, হৈনা তুং-ইনহৌগে, ময়াম্বুদা পুক্নম লৈপাইহৌগে থন্না মপাবুনা লেংখিবা মাইকৈ

থিরক্লে । খাম্বী লম্মৈনা কোয়না ভংনা চাকশিল্লক্রবদা, য়াংদৌ লম্বী খংদনা মাংখ্রবদা; কোয়না কোয়না চেন, লেপ্না ডক থাংগংনা, বোয়না কোয়না য়েং, অমুক মাইকৈ থংবা চেন, য়ারৌ শজি শওভাইনা, য়াংদৌ লম্বী থিবগুম, কোলৌতোন লৌথিবনা মপাবুং ইবুঙভোনা লেংথিবা মাইকৈ - লম্বী থিরকথি । খোংকাপ নারৈ কন্না থাং, অরোন-বা অশম - লম্বীদা, মুংশাথিনা লাক্না, য়াংলৌ লমখাংদা সমু মাং-ওইননা পাখংবানা মপাবুংবু থংখরে । অতিওঙা য়াইবীলেন সিদবাগী, থম্বাল লৈকানা মাইথিনিংঙাই ওইরবা, মথোং খুমা থম্বাল শোক্লা পায়শিঙ্গহনা, চিরোন লোন হাইনবা রাহৈ রাতানা, লৈসি লৈথোঙ্গহনা পুক্রম লৈপাইজথি ।

মচাগী মতৌ মওং উবদা অতিওঙা য়াইবীলেন সিদবানা হায়, "কোন্দে ভনৌবা পাখংবা! নহাক্কি দুমক ইশান্না নয়াম্বাবু, থেম - নৌনা কৌথোক কৌঙমলুগে চংলিবনি; পায়মা মরিংজেন খাঙবা নয়াম্বানি, পারি নংনা ঐহাক্কা লোয়ননা চংমিন্নরবদি, নয়াম্বা থৌরকউ হায়বা য়াঙ্গরোই; হান্না ঐগা অহুক উন্নথিগে; থেম্না নৌনা নঙাম্বাগী অপাওববু কাওমথিগে; মতম তাঙ্গা চানা নহাক্না নয়াম্বাবু পুক্রম লৈপাইজৌ, হায়জ কংজনিংবা ওইহন্নজৌ। নহাক্না লোয়ননা ঐনা চংলবদি, থোকওম্লম্রু য়ায়রোই; ইচাওাকী মফমদা অচান - মুংশি মিরাই সিংলঙ্গল মাইবা ওইনা উন্নহৌরগনি, ভ্যুদা থোকওমহৌরগনি; নহাক্না নরমচং নঙাংসে, ইপানা অসুম য়েংবদা, নহাক্না কান্নবা, ওইজবা মরমদদি, হায়জবা, নোঙ্গ - এপচ - তাংজ হৈওম্বা ওইনা, মরম পুম্বদা ইপানা উন্নি; মফমসিদা নংগা ঐগা উন্নহনা, মতৌ অহুম্না রা ভাংনথি হায়বা মরম অসি, চক মারিবক্লা থংনহৌনবা মফম

অসিদা নমিং "চিরোং - চি - হাঈবা" কৌনা ইপাবু ঙাইনা লৈরম্মে; লমদম অসিসু "শাম্নুরৌ" হায়না খংনহৌবা ওইরম্মে ।"

হাকম অসি থম্নগা হুঁং অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবানা হাংরৈ থা-পাংনা কুমথরকলে । ককই, ঈনাং তাবা, অয়িংবা অকুংপা মফম অমদা কমচুনা তাঙ্গ লু-লুক্লা রাথল তৌই, "ঐগী ইচা, অসিবাসে, ঐহাক মাহাক্কী মশক ওইবা, চক মরিমক্তা ফালম শিন্নবা, হুঁংলো য়াইবীলেন সিদবাগী অতাংবা লাংওন শক্তমগী মরু খোংলম পুম্বা হাপ্তুনা থোকওয়ব্রবা মাহাক্তি; করম তৌবা, করি রাহৈ হায়রুনা মাহাক্লা য়ানবা, মাহাক্লা থোক-ওয়বা কৌসিবা ।" অসুয়া থম্ন-থম্ন পুক্লিং রানা, রাথল তৌরকই । তাংওম্বা মশক্লা ওইবা মচাবু কৌথোক্লবা মরম কয়াবু মওন মওন রাথল তৌনা লৈ হায়রুনা মফম অচুবু "তাংপাং" হায়না নাওরোইনখি ।

হুঁং অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবানা মচাইবুংঙেও়া অসিবাবু কৌথোক্লবা, নাতৈ - চাবা, করি রাহৈ হায়না কৌশিগে থন্দুনা, অরাবা রাথলগী ইরেম্না তাওনা, "তাংপাংতা" লৈবা অচু লৈসিরেন লৈপুম্বী, ইমোইশু অহোং অচাওবী, পোংলম পোংথাংনবীনা উরমই । হুঁং অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবাগী হৈনা তুং-ইন্না, থোগল তৌনা মচাইবুঙেও়া অসিবাবু কৌথোকপদা অওম্বা শরুক্লা তেংপাংগুগে থন্না হাওরৈ মথাপাংনা লাক্নুনা থুংখিবা মফমবু "নিংথোপোকপী পুঙ" হায়না মিংচুনখি ।

লৈসিরেন লৈপুনবীনা লাকপসি, অতিওঙা লৈসিরেন সিদবানা উরকুনা, উরদনবা নোংখোংপালবদগী খাংলেন থক ওইদু-বা লৈচিন শাংথ-নেমথন', মাইকৈ শিনবা থংনা থাইন্দুনা কুপশিনহল্লগা, নাহেনা লোং-লোঙ্গমা চংখি, মফম অদুমু "থা য়াই" হায়না কৌনখি । মফম থংনবা পানেন অগা খারম্মী "থৈবাং" কৌখি । লৈপুনবীনা কোইখি-খিজিল্লকপনা, কনম্নখিবনা, থাংফম লোংকম লৈরকত্রবদা, পানেন অমগী মখোংদা নোং-কোরৌ-অদু চুপ্পা লোং-তুনা লৈরকই হায়বগী, মফম থংল্লবা পানেন উ-অতুগী মমিং "নোংনাংকোরি" কৌখি । অতিওঙা সিদবাবু নোং কোরৌ অমা চুপ্পা খিবদা থংজবদা মাইকে মরি শুদাই মরি তুনা লয়না লয়না কোয়না-কোয়না থিবা থৈংব-দগী উত্থকত্রংদ' লৈসিরেন লৈপুনবীন "করিনো, লোংওমইদ, কদাই য়োঙ্গবনো" হায়না তাজ-লুকা, মালেম লৈখা পানা য়েংঙ্গকপদা, লাং-মং ওইনা লমহুম থগাইগী মমুংদা অতিওঙা সিদবামা লৈওইদু উরকলে, মফম অদুবু "উনপুড" মিংথোনখি । অতিওঙা মাইবীলেন সিদবাগা লৈসিরেন লৈপুনবীগা অনিমক্তা তিল্লুক মাইওকন-বা, উ-নবা মফম্ম হায়রুনা "উ-নপুড" বু "তুংথাকপী" হায়নরু মিংথোনখি । মফমদুদা শামু অতৌবগী শ-রুম লৌদুনা অতিওঙা সিদবানা লৈরমই ; ইবেম্মা লৈসিরেন লৈপুনবীনা শামু অতৌব অহু অতিওঙা সিদবানি থংদুনা পাইমা থম্মোইনুংগী থাখলনা, লৈসি-লৈখোনবা বাহৈন, লাঙ্গোই সৌবি ওইনা মঙ্গোই শামু অতৌবগী মখোং থুহুং তম্মা চং শিন্দুনা তিল্লুক বাহৈনা পুনখ্রে । লিরোন পাওরৌদি - অতিওঙা সিদবানা মালেম লৈমাই থক্কা থক থুদক কুন্দুনা লোংতুনা লৈরম্ব অহুদা মখোংলকা পেক্কা চতুনা তিল্লুক হায়জ বাহৈনা নাওখৎজখি । ই-বেম্মা খেম্মা চন্নুনা তামুম তৌন, লৈশিলৈখোন্দুনা হায়জরবমক্তদা, অতিওঙা সিদবানি মপুক্কিনা পয়মা থো-

ইজং থোইদাখিদে ; অতিঙঙা সিদবানা খুমাং অনি হায়বদি মখুৎ অনিনা ই-ব্রাংমদা থম্লগা , খুদুং অনিনা হায়র-দি শথোং লাইজ তু-ব্রাংমদা থমদুনা খুলৈগা হনসানা লৈরম্মহু , অতিঙঙা সিদবানা শাওনা লৈবনি হায়রম্ম থং-দবনা লৈসিয়েন লৈপুনবীনা কেনা - মৌনা তিল্লক থোগম্নবা থৌরাংখি । ইরেম্মগী থৌরাং অদু উবদা অতিঙঙা সিদবানা , শাওসি শাওঙমদা , কদাইনো তৌরিবা অসিবু হায়না থম্না থম্না অনিমক তিল্লক মাইয়োক্কম্রে । অতী-ঙঙা সিদবানা খুং অনিনা কেনা-মৌনা ওইনবা নাওং মওং মতাগুম শৌদ্ধনা নম্না মকম্ম্ "কেহু খুভম" কৌন থংনখি । মকম অদুদা ইরেম্মানা মাহাক্কগী থবাই পানবাশিংনা চাজহৌনবা থন্দুনা , মথেল-লুকোই শেম্নবা করিগুম্বা শোংশক অমা পুথোক্লনা থাঙমখি ; পোংশক অদু অতিঙঙা সিদবাগা ইরেম্মা লৈসিরেম্ম লৈপনবীগা অনিনা কেনা - মৌনখিবদগী থোরকপনি হায়দুনা মমিং "কেহু" তম্নেন হায়না কৌখি । অতিঙঙা সিদবাগী খুংনা শৌদ্ধনা নম্না মকম অদুদগী , মালেম অতানবগী মঙান কনা , নিংথিনা লৈবা মতমদা , নোংথোথক্লা য়েংবদা , থরানমিচাক সিদবাগী মশক উজবা কংঙে , লকোইগী মশক ওইনা ; মকম অদুবু "অচান চান্দ অনিগী পুঙ" হায়না থংনৈএ ।

মকম অসিদগী চৎন - চৎনা , মপারি অসিবাগী মরমদা ব্রাথল তৌনা - তৌনা লাকপনা ; মচা কায়মবগী অরা মৈচাক্না থম্মোই লকাদুংদা , মপারিগী মুংশি মৈনা চাকশিল্লকল্না , থাইনা হুম্না , থবাক মৈবাচিং , থৌনাও খৌগংনা , মৈবু থৌনা শম্ন নাহুই , ইপোমচাওনা , কায়না মৈচাক্না , থম্মোই শিম্না থংনা , চাকথেক্লা , ঙৌনা ওনথোইনা থাংদুনা লৈঙম্লক্লে হায়বগী মকম অদু "ভাংলৌ" হায়না কৌরে । মৈচাক অদু থাংবা ওম্বম্লদুনা , পোম্নী

চেক্লাগী শকুম লৌনা শাইওন্দুনা অতিঙঙা সিদবানা নোংদোন থক্তা কোয়না পাইহনা মচা অসিববু কোয়থি থিরচেক্লাগী শকুম লৌনা শাইওন্দুনা অতিঙঙা সিদবানা নোংদোন থক্তা কোয়না পাইহনা মচা অসিববু কোয়থি থির-কই। অতিঙঙা সিদবানা চেক্লা শাইওন্দুনা পাইখিবহু উংদা লৈসিরেন লুপুনবীনা চেক্লা থরং শাইওন্না কোয়না তুং ইন্নরকই। লৈসিরেন লৈপুনবীনা চেক্লা থরং ওন্দুনা তুংইন্নরকপহু উরহুনা, অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবানা মালেমলৈদা পাইথরক্তুনা লোইবি চীংদোন্দা হৌবা তলা পামেন অমগী অপূব উনালক্তা লোংতুনা লৈরমই। অতিঙঙা সিদবাগী তৌওম্লিবা মতৌহু উরহুনা, লৈসিরেন লৈপুনবীসু লোইবি চীংদোন্দু তম্না পাইথরক্তুনা মথোংনা হোংনা, মচিন্না তুনা অতিঙঙা সিদবাবু থিরকই ইংেম্মাগী তৌওমদবা মতৌ অহুদা লোংপা য়ারক্তহনা, অতিঙঙা য়াইবিরেন সিদবা থোয়ক্লে; ইবেম্মা থেম্বা চম্ম লৈসিরেন লৈপুনবীগা লোয়ননা লাক্লে। অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবাগা লৈসিরেন লৈপুনবীগা উন্নহনা তিল্লক্রবা লোইবী চীংদোন থক্তা লৈরাং অঙৌবা অমা শাংলি; লৈ অহু হেক্কুনা নাদ চিনবা য়াদেয়ে; মালেম থক্তা তওন্দগনিয়ে। মফম অহু "থিনা-তাম্না-থনচীং" কৌয়ে "তে-না চাম্লাচীং" হায়নসু কৌয়ে। নিংবা থুংনবা মফম্নি। মফমহুদগী লাক্কুনা অনিংক্তা অমগা অমগা তান্নহুন', হৌনহুনা, তিল্লক চগোয় শাহুনা, বাক্নথি, নোয়নথি হায়হুনা মফম অহুবু "মহৌচীং" মিংহুন তমথি। মফম অহুদা লৈওমহুনা নোংথৌ পাংনা য়েংহুনা মচা অসিবাবু অতিঙঙা সিদবানা বৌরকই, "ইপাগা তিল্লক্রসি লাও পারিহন"; কৌরকপহু তাবদা অসিবানা মপুক্তা তাথিনা থোকখ্রে; কৌরকইবহু তাংওম খাংওমখ্রে; মপুক্তা থল্লি, "অতিঙঙা সিদবানা মুংশিজবা মচা পাখংবাগী শেদম ফালম শিন্দুনা পাঞ্জহৌরমশম্ম;" অসুম্না থন্দুনা নিংঙাইদনা লৈথোকই। মচা অসিবানা থোকওম থমওমখিত্রবা অহুদা অতিঙঙা সিদবাগী পুক্লিং, অরা মশক ওইনা

লৈশ্রে ; করি হায়না হায়ঙম কৌঙম্নগা ইচানা খোকলকবা হায়না বাখল তৌনা তাংজলুরুক্লনা খোংখি লয়বা তরা লৈখি । অতিঙঙা সিদবাগী মতৌ উবদা, পোংলম পোংখাংনবী, খেম্বা চনু, বাঙম্বা লৈসিরেন লৈপুনবীনা মচা অসিবানা লৈঙম্বা নোংখো মাইকৈ পাংনা য়েংনা মিংলেন অহুম্না লৈসি লৈথোন্দুনা “পারি ইবুঙেঙা স্নাহল, নপাইবুঙেঙানা ইচাগী ফম্লেনলুচিং ফম্বানলাংবু নোংদম্বীরগে লাকঙমলি ; পারি নংবু অমুক্তদি থোরক্‌না নপাইবুঙেঙাগী নোংদম ফম্লেন লুচিংববু লৌনবা তৌসি ; পারি লৌশিং থৌয়াংবা, ইচাবু মপোকমিহুন নোংদমখিবা নমিত্তগী কোংরো নোংমতবু ইমাগী ফৈরাথক্তা পমহুনা, শমু মাইঙকনদনা তিলাং-খোইজং খোইদানা ইমানা তিল্লক খোম্লাং ইনখিক্লিবা ইচানি, কোয়ৌ ঙসি হুমিত্তা ইমাগী তম্পাক ফৈরাথক্তা থম্নগ, তিলক বাবু তায়হুনা, ইচাগী খৌবুম থম্বু ইমানা খোম্লাং ইল্লমগে ; পারি চেংলৌ শকহেনবা, হুমিংনা খুদা ওইঙম্বা, থা-না থাকন ওইঙম্বা, নফন ফম্বাল লাংঙম্বা, পারি ইবুঙেঙা স্নাহল! অমুক্তদি কুম্নকউ, ইমাগী তম্পাক ফৈরাথক্তা পমঙমগে, ইমানা স্নাগী ফৈরাক থাঙমলি, ফৈরাক খোংবৈ খুদিংদা ইচাগী খোংফম খোংনেৎ ওইহুনা, কুম্নকউবা, পারি চরৈ অহনবা! ইমাগী নাক্তা অমুক্তদি কুমলকখো, তিল্লাং খোইজং খোইদানা, ইচাগী চেংলৌ নিংখিবা, লোইতাম থাজনা তমজববু, ইমানা পেন্না য়েংহৌগে “মিস্না মিংলু ইরা চেন, মমা ইরেম্মা লৈসিরেন লৈপুনবীনা, মপারিবু হন্না হন্না কৌঙমখি । মমাগী বা মমানা কৌবা তাবদা খুমভম-থোকঙমদনা লৈরম্বা অসিবানা খাম্নক্লরকই,” অরাইকংদবী পোংলম পোংখাংনবী পলেম ও! তাইবং মউ লিংত্রিথৈদবু, লৌনম-নমথ রবা বা, অতিঙঙা য়াইবিলেন সিদবানা, ঙাংঙম-হায়ঙম্বা হৌঙমবা অসিদা, নচানা-থোকঙমহুনা, অতিঙঙা সিদবাগা উববী

কংলৈ কংলা খুম্বোক খুনশেম পুরা ।

( ৩৩ )

করিবু কাম্নগবনো , ইমা , উচুংবী মতম চ'অমাল্লে ; অতিওঙা সিদবাগী পুক্নিংনা নিংইবা , পামজবা খিখিক খুংমবা , ইশানৌ , কোঙ্গল্লু থোকপা , কোংলৌতোন লৌথিবানা তাইবং - কালম শিন্দুনা , তুরৈ ঈরৈ খাংদলা , পান-ওমজবা ওইহল্লসনু ।" মচাগী বা তাবদা অতিওঙা য়াইবীলেন সিদবানা তাকওমই, "পারি চরৈ অহনবা, স্নাহল অসিবা ! জৌনম , নথাক বাদি , হেঁওম - ওাংওম্বা তৌওমখিত্রিনা ইপাদি ; নচিন ননাও অনিগী মকমদা হায়খিবা মরম কায়দনা , উংওমলিনা , ইপাদি ; অতুবু ইচানা পাওদমে ঐনা কায়ওমই হায়না ; ইপানা থনবদা ইচাগী য়াবাহু খণ্ডওম্বা ওমত্রে । করম্বা মরম , করি থৌরমদা কাইওম্বা ওইত্রবা , বানা থোক্লে ইপাদি নিংশিং খংওম্বদা ।" অনিবানা হাংলকই , "য়াইবীলেন সিদবা ! নয়াখংবু কোকলেন খোংনা পুতুনা , লেংলিপাল্লিবা অচৎ চৎতা পুয়মক্লা তাজ - খংজনবা তাইবংলৈকোয়পুও শিনবা থুংনা , নচাবু কোয়না চৎহল্লগা ঐহাক্না চৎগ্রিঙৈ মওমদা , ইশানৌ কোংলৌতোনবু কৌশিন্দুনা , কংলৈ খুভম পীওম্বা , ইশানৌগী হৈনা তুংইন্দুনা কোয়না লাল্লুম্বা , পামওম্বা ওম্নবা ফালম লম্বী শিনবীবা , অসুম্না নমথাক জৌনম তৌবীবা হৌনত্রা ; তাকপিনিংবা তাকওম্বীদ , মচানা য়া-ওমো ঢ়দবা করম্বা থৌরম মরম লৈবনো ; কংলৈ লৈবাক অসিগী নিংথৌ তা বন ফম্বদি — ননাওনা ফম্বা ওইওমসনু তাকওম্বীরগা মরোইরে ; ঐনা লৌয়েংল্লক্ল মতাওম , কোয়না চৎখিনবা ফালম লম্বী ঐতোম্বা তাকপীরগা ইশানৌদা খুভম ( নিংথৌ খুভম ) পীওম্বীবা , নচা ঐবু তাকওম্বীদবা , করম্বা খুপওম্লিবনো নচাদ ।" অতিওঙা য়াইবীলেম্না হায়রকই , "ইচানা , হায়রিবা মরমতু , স্নাহন মত্তোন্দদি চুম্বদি চুমই হায়ববু , ইপানা ননাওগী মকমদা কংলৈ খুভম পীবদি—লেংলি পাল্লিবা অচৎ-চত্তা পুম্বগী হৌরকফম মক্ল - মখোং পাওদম্বু ননাওনা ইপাদা পাও-

চোংথরক্রে । মচাগী অশাওবা খোল্লাও খোনকম তাবদা, “ হিঃ করিনো তৌওমগ্রিবসিদে ; মাংবা তারেনা ” রাখল ভৌনা মচানা মালেম লৈদা হেক তাবগা অতিওঙা মাইবীলেন সিদবানা চোংশিন্দুদা মচাবু কোন্দুনা তিন্নক ওইরম্মে । “ পারি স্নাইরু ইচাদি নমাবু তাখি তাওইনবোইনা ” হায়না অতিওঙা সিদব'না হায়না হায়না, অসিরা লাইগী হকচাংগা হ অতিওঙা মাইবীলেন সিদবাগী স্না হকচাংগা হেক খেংনবদা, শাওরম্বা পুম্বা লেমরে, উনপি পুক্নিং অরা পোৎতাহনখ্রে, মিংস্না ইরা চেন-মালেমথক্তা ওয়খোইনা থাং, পুক্নিং বাত্তেকই মত্তোমতা, “ হি ! করি মত্তোলাংওম্মো, ঐনা খল্লম-তৌরমইবসিদি, কনানা করম্না ঐবু তিন্নবীগনি ; মকম কৈদা লৈওমগনি : ঐগী চংকম লৈকম, রাখলনা লাম্বা থবা ফংলরোই, মরোন অহুমসিদা ; ইমাগী মতিক মওান মাংহনগে খৌরাংঙ্বা, খৌগল্লবা নহাকপু হঙ্গোইরোইদবা কনা লৈগনি ; ওম্মোক্না নোংদম ফত্তেদা, ঐগী মপোক লাংওনসে ; ইমাদি অরান কারন অমতবু শিল্লমত্রে ; মরাল লৈজরবী ইমাদা, বাহৈ কারন চন, মরান পীওম-শিনওম্বনা, অরাবা ইপাকথক্তা, লানওমত্রবা ইথক ইরেন্দা, পুক্নিং রাখল কত্তবগী ইরৈনা চেন্দুনা, লৈখাত্তানা লুপ্তনা, পন্নোম লোম্না লৈখাতানা মাংজরেদকো ঐগী ইপোক অসি ! ওম্মোক্না তোনখ্রেদা অসিদা ঐহাক অসে ! “ অরাবা রাখ-লনা থ্মহংখিত্নুনা, নিওঙদবনা শিনবা থংনা কুপখিবনা, মশাপুম্বা তনকি তনিক্না লৈওম্বা উংদ, অতিওঙা মাইবীলেন সিদবানা য়েংওমদনা, স্নংশিনা, মচাবু কোনখংতুনা মালেম থক্তগী মচা অসিবাগী মুংশিবা চেংলৌ য়েংনা হায়রকই, “ পারি চরৈ অহনবা, লেংলি পাল্লিবা, অচং চত্ত পুন্নমক্তা মউ মশক খংওম্বা নহান্না থল্লিবা রাখলদো অচম্বা ভাক্তি : মরম অতুগী দমক বরি নরান লৈগনি, পারি স্নাহল ; ইমা হায়বসিগী মতিক মঙ্গ

ভান্না লুম্বা চাউবদি, ওমথৈ লৈতবমথৈ, চাউই হায়না তাইবং ফালম্ শিনবদা, মতুংদা তান্না-খংনহৌনবা, চানা অরা-বাখল খন্দুনা, নমাগী মতিক মগুণ ফোংদোকপদি ইচাগী মতিক মগুণ হেনগংপনি বাখল চাউই চাকপনি । পারি ইবুঙো স্নাহন ! চক মরিগী লাংওন ফালম শিনগদবা নহাক্লি ; লাইকম লখা মাপন্না নঙোং খুয়ারেন তম্না চেন্নগদবা ইচানি ; অচুম অরানগী কালম লাংওন শিনগদবনি ইচানি । ইচানা অরা লম্বীদা অরাবা গাখল খল্লুরবনিনা, মরম অসি কোকওম্নবা মরমদি, লাংবাচক্লা কোকওমউ । তাইবং খুন্দা খুল্লিংলবা মতমদা তাইবং যুমথোং খুদিংদা যুমনিংথৌ ওইয়ু ইচানা । যুমথোং খুদিংদা ফমলেন লুচিং ফমদুনা, ফম্বাল ফম্লেন খুদিংগী কোলোয় থিংহুন নাইনবু যুমথোংনিংথৌ ওইদুনা, পোংলম পোংখাংনবী নমা নচা, শমু মাইয়োক্লদুনা, লক্লা ফম্বাল অমমমদা ফমদুনা, তাইবং পোংখাংনবগী মুংঙাই যাইফ পালওম্বা ফালম্বু, নমা নচানা শিনওম্বু । নিংথৌ-মাইবা চিরাই কাংবা, লৈবাক মাইবা হৈশিংবা, অহন-মনাক থৌখন্নবা, লমকেং লমহাইবনা, হায়জ-নোঙ্গ-পুকম হৈপাইনরকপদা, নমাবু কারন য়াহৈ-নাওথেম নাওকন্না লৈপাইরবা অমাইবানা, — নমাবু ইচানা মাংহনগে, হৈওমহল্লরোই ইচানা থৌরাংগুবা অদুগী নবান অদু, মখোয়না নহুৎ-নয়েং শিন্দুনা পুওমশ্রসনু ফংওমশ্রসনু । ইচানা থোকওম্নবা, নমা-নপা ওইবা ঐথোয়না থেম্না নৌনা কৌবদা থোকওমদে, কালম কারন য়াহৈনা কৌবদা অশাওবগা লোয়ননা নোং-থোংবগুম লাওদুনা থোকওমখি হায়বদু চক মরিমক্লা খংজহৌনবা, ইচাগী থিংহুন "লাইনিংথৌ খাবা" থোনওমসে । ইচানা নোংথৌদগী চোংশ্রক্পুদা, তাবা মফম্বু "খাবা নিংথৌ পুঙ" হায়না খংনহৌরসন্নু । ইপা-ইচা তিল্লুক ওইজনা, অচুম্বা য়ানা য়াংলৌ লম্বী ওইদুনা তিল্লুক বা ওইনদুনা ইচাগী

অবাবা বাথল কোক্লম্বিবা মফম অসিবা "অবা - লৈথম - কোক্ল - পুক্ত" কৌনা খংনহৌরসন্নু । অসুম্না তাক্লম্লগা মচাগী মখুৎ খুজেং পাংহুনা, মফম অদুদগী পামেন তলা অমাগী মখোং তান্না লৈসিরেন লৈপুনবীগা লোয়ননা চংলমই । লাইনিংথৌ খাবা মিংহুন তম্লবা, মচাইবুঙেঙা অসিবাগী মতিক মথৌনা হাপ্লগে, খবক থৌরম পুম্নমক্কা হৈত্তবা খংদবা উদবা লৈত্রবা, মতম মফম পুম্বদা লৈঙম্বা, তৌঙম হৈঙস। পুম্বাবু পীঙম্লগে খনম্লে, হু অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবানা ম্না পুক্নিংদা । অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবানা মচা য়েংনা হায়রকই, "পারি চরৈহন ! ইচাগী ফম্লেন, লুচিং ফালম্ব ঙসি কোরৌ মুমিত্তা ইপানা তম্লম্লগে; পামেন তলা মখোং অসিদা ঙহাক পুঙ্গোই ফম্বা ল্লাংঙমসি ।" পামেন শিদবা উ মখোংদা ফম্বাল লাংলম্বনা তলা পামেন অদুবু "হৈবোং" কৌনা মিংহুনখি । হুং অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবা, লৈসিরেন লৈপুনবী, অসিবা লাইনিংথৌ খাবা, অহনুমক্কা ফুঙ্গা মুতুম শানা ম্না ফম্বাল লাংবা মফম্ব চুক মখোং অহম হায়না খংনখি ।

চুক মখোং অহমগী ফীবম তাকপা ।

❧ হু অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবা

লৈসিরেম্বী ❧

❧ অসিবা লাইনিংথৌ খারা

চক মরিমক্কা লাংঙন ফালম শিন্নবা, অতাংবা মতিক ময়াই পুম্বা হংপুনা পুথোকথিবা মচানি হায়না বাথল তৌনা লৈঙমথিবা মফম তাংপাংকী খা থংবদা হৌবা তলা পামেন হৈবোং পাম্বা মখোংদা, লৈসিরেন লৈপুনবী

পোলম পোসবী থেম্বা চম্পুনা ময়াই - মাংহৈননা শকয়েং মিংসেন খানবগুম , অতিওঙা য়াইবীলেন সিদবা অমদি অসিবা লাইনিংথৌ খংবা অনিগী মরক - মাংদা থাখন খানবগুম , মা ফম্বাল্লাংন , মিংসা পুম্বাবু মঙাল লয়না তারবদা , ওঁ অতিওঙা য়াইবীলেন সিদবানা মচাক্সি পাঁওম্বা থৌরাং লম্বী তাকওম্বা থৌরাং শিল্লে । লাইনিংথৌ খাবা মচাইবুঙেজ্ঞা য়েংনা , অতিওঙা য়াইবীলেন সিদবানা হায়রকই , " পারি স্নাইল অসিবা ! নহাক্কি মঙাং , লুবাং , খুমন অঙুমক্কা তিল্লবা , নোংমদোন মরোল তরেং লৈখারোন মরোল তরুক পুম্বা ইচাগী নফম্বাংদা ইপানা শিঙ্গরবনি , ওসিদগী নহাক্কা খাবা শা তোংওমঙুনা , রায়েন থৌদা , নোংদম পুম্বা , নহাক্কা ওসিদগী , থৌওম্বা ওইওম্বা নতিক নয়াই পুম্বা শিঙ্গরবা অসিনি ; থোইয়ুম লাই , তাইবং মী , অচৎ-চক্তা লেংলি পাল্লিবা পুক্সকী মপু নহাক্কা ওইরবনি । মপানা মমানা মচাগী মকমদা অরান অহুই , কারন - তুরন রাঙাংনা লংজখিবা মরম পুম্বাবু , ইচানা কোকওম্বীবা ওইরসঙ্গু । ইচাগী রায়েন শংলেন নিপান্স পুথোকউ ; মাইকৈ নিপালগী মপু, পারি নংনা পুথোকউ । য়োকপীবা ঙাকপীবা শেম্বীগদবা নহাক্কি ; ইপাগী নিংজবা থিবিক খুংহুনবসু পারি নংনা ওইওম্মু । অমাইবা কোক্লেন লুচিংবদা তাইবং লম্বী তাকওম্বীবা ওইওম্মু । তাইবং পোংলম ফাসম শিনবা নহাক্কি । ইপানা পাথংবা মিংহুন ওম্বা ননাওদি তাইবং পোংখানবনি ; তাংবথ থক্তা রায়েন থৌদা নোংদম পুম্বা নহাক্কা তাকওম্বীবা ওইওঙউ । ননাওনা থাক কুমজা খুদিংগী অনৌ অপেন , অথুম অহাওনচিংবা মাইয়োকথেম্না নকসমাংদা চৎচতুনা ( কচচতুনা ) লৈবাক্কী রায়েম থৌদা নোংদম্বু পুকহং পাওহংজরগা , তাকওমখিবা নয়াথং নোংদম পোংলম ইন্নব রায়েল থৌদা তমজবা ওইশনু । মতিক মওম - চাদনা , পুকহং পাওহং তৌদনা , ময়াম্বা-থৌ-

গন খুল্লিং নাইদনা, মনিংমখা তম্না, নমংক্রনা লৈবাক রায়েন থৌদা নোংদম ওইগম্বগু থোকওম্লবদি, পুন্সি নুং-শাংদব, লৈবাক মরা তপ্পবা, মউ খুবম চেত্তবা ওইসনু। তাকওম্বা নোংদম থৌরম তুং-ইন্না চৎচবা নিংথৌদি পুন্সি মুংশাংনা পানবা, মউ খুবম মুংসাংনা, লৈবাক মরা তপ্পবু পাঞ্জবা, মহৈ য়ঞ্জবদো ফংসনু। নিংথৌ নিং-থৌরোন খুদিংগী মাইয়োক লোইহা চাদনা, নোংদম রায়েল ফালম শিন্দুনা লৈবা ওইওম্ম। হয়িচক, হয়াচক, থুম্নচক, লংবচক চক মরিগী লাওন লাকপদা থোকওম্লবা মিংচুন-মিথৈ অমদি রাহৌদোক ওইওম্লবা, পোৎকং, হৈকং চাবগী ফালম মরম পুম্নমক তাকওম্বিদুনা, নমা লৈসিরেন লৈপুনগীন তাইবংলেন্দা লৈমরেন সিদবী হায়না থোকওম্বদুনা, ফম্বাল্লংনা, মপারি চোংলৌ য়েংওন্না, মপারি হৈনা তুংইনা, খোঙ্গুল লিওম্বগু ওইশনু।” হু অতিওঙা য়াইবীলেন সিদবাগী য়াথং পুম্বা তাকওম পন্দোম লোম্লবদা অশিবানা হায়জে, “তাকপীবা নয়াথং ফীগাওশানা য়াজরি, লুবাইলেন্দা হাপ্পনা, মরম পুম্বা কায়দনা চংচগনি, থৌওম্লবা হোৎনজগনি; অহুম্নদি ওই-বদা, ইমাগা শমু মাইয়োক ফম্বালনবা তাকপীবা মরম অসিতদি ডাকপানবা, নখোং খাদা লিজরি, ইচি ইপাও থেক্কবু, নখোং খুয়ারেন পায়দুনা।” অতিওঙা সিদবানা হায়, “পারি স্নাহন; ইচাদি লৌশিং চাওইদা, ইচাগী পাওরৌ রাহৈ তাংদা নুঙাইদা, তাইবং পোংখাংনবগু নহাক ঐহাক মশক মকা ফোংনা খংহনবীগে থৌরাং-বা, পারি ননিং থুংডরো, ইচাগী ফম্বাল মাংশোক্কা ইপানা মাংওইনা মতম পুম্বদা নমাগা মাইয়োক্নরা লৈওম্নগে: ঐহাক্কী নহাক ওইবা নহাক্কী ঐহাক ওইবা, ঐহাক নহাক্কী মাহাক ওইবা নমানা, মরক থম্না লৈওম্বা মশক অদুদি অমুক ফম্বাল থোংবা য়াওম্লরোই; অতুম ওইনমকপু তাইবং য়ুম্থোং খুদিংমক্কী, রায়েন নোংদম

কংলৈ কংলা খুন্থোক খুনশেম পুয়া ।

(৪০)

নিংথৌ ওইহুনা ফম্বাল্লাংবা মতমদদি ইপাগী ইরুম লাংদা ফমহুনা লৈঙম্মি, ইপানা নকাশংবা পাওদম পাওতাক্বা ওইহুনা , ইচাগী নোংদম নিংথিবা তাকওমহুনা ইচাগী নাক্তা লৈরগে । ঐখোয় অহুম্মক্‌। মফম অসিদা তিল্লক ফাবু ওাংনবসি খংনবা ওলা পাম্মেন হৈবোং অসিনা অরেপ্পা খংনবা ওইনা হৌরসন্‌ । পারি নংবু ইপানা কৌথো-কপা মতমদা নোংথৌথক্তগী লাওথোংনা চোংথরক্লুনা তা-ওমথিবা মফম অসিদা ইচাগী "কংলৈপুঙ মাইয়োন লাইকোম্‌ং "মিংথোন্দুনা শেম্মসি ।"

হু অতিওঙা য়াইবীলেন সিদবাগী ময়াথংবু মকোক লুরেন থক্তা হাপ্পুনা অসিবানা , য়াইবীলেন সিদবাগী হকচাং কায়াং মাপল য়েংলগা , থম্মোই ককান্‌বু ত্তয়া "লাইথোং , মরোখোং , খাথোং" চুকশাহুনা খোং অহুম্ম পুথোকতুনা শেমলে । থৌরম পুগদবা লাইকম তরুক শেমহুনা , মউ তরা থাওম্মে ; মশা চামনিপাল লোং-হল্লে ; তুরম খোংলম , লাইরম - তীল্লম চাতরেং তরেং শেম্মে : চীংওম্‌ শাইওন ওইরকদবা মতুংগী লম্বী শেমহুনা মফম অহুদা খুওম থাবা মউ চারি লিংথংপা হৌওম্মে । শেম্বা পুম্বা লোয়হুনা অসিবা লাইনা হু অতিওঙা য়াইবীলেন সিদবাগী মফমদা শেম্বা লোয়রে পাওদমথি । য়াইবীলেন সিদাবনা কোয়না লেংহুনা মিংয়েং তাখি ; য়াইবীলেন সিদবাগী পুক্লিং পেল্লহুনা , হায় "পারি নংনা শেমশারিবসে য়াম্না নিংথিজরে ; চেকশিন্না শেমইদা , মফম পুম্বদা ইপাবু নহাক্না থা-ওম্বা শুক্লে লৈওমদে ; ইচানা থৌরাংবা লম্বী মতুংইন্না , নমা লৈসিরেন লৈপুনবীগা লোয়ননা মফম অসিদা লাক্কনা লৈওম্মগে থুপওম্মগে ।" "গুরুখোং" অসিনা লাইয়ামগী "থাবা খোং"

অসিনা থাম্বা চম্থু পোংলম পোংখাংনবীগী থুপ্পকম খুভম ওইওম্লসু । " পামেন মশা লিলাথোং " অসিনা ইচাগী লাংওন হৌনকম , থুপ্পকম ওইওম্লো । " পামেন তেরা তেনবংনবা " হৌভম্বা মকম অসিদা চীংগু লাইরামগী লাংওন হৌনকম , থুপ্পকম ওইওম্লো । থাবা থুবম , নোংচুপ অরাং হারম পাংবা ; পুক্লেম্লুংবকম ইচাগা তিনথুনা লাংওন ফালম বাতাম্লকম ওইওম্লো । থাবা থুবম , নোংচুপ অরাং হারম পাংবা ; পুক্লেম্লুংবকম সিদা ইচাগী সঙ্গাই শাওম্ম ; সঙ্গাইগী অরাংথংবা " পুওলেম্না " ইচাগী য়াথোক য়াকাফম ওইওম্রকৌ । কংলৈ অসিগী নিংথৌদি পারি নম্নরা ওইওম্রকৌ । চীংগু লাইয়াম পুম্বাগী রায়েন থৌদা নোংদমথুনা , চীংগু লাইরাম পুম্বানা ইচাগী লোইয়িন থৌগল লাম্লেই ওইরম্মু । কংলৈ অসিগী মিংথুনা ইচানা কোরৌ অরাংবগী পাইবা নবিম খুনা চোংথুরকপগী শেমথিবা কংলৈনি খংনবা " বাংবন লাইনিংথৌ কোনুং " হায়রমসি । মথম অসিনা লৈবাক অসিগী য়াইফনবা লম্নীদা , অরাবা থৌরম লাকদবা , মতম চাংদম য়েংবকম ওইথোরসনু । শিক্রবা য়াবথৈ , ইচা অহন পারি অসিবা য়ামহিন্না শিন্নরে । ( বাংবন লাইকোম্বুং য়ানহিকী য়া কোম্বুং —অহানবা মেশতা য়োংবীয়ু )

ছু অতিওঙা য়াইবীলেন সিদবানা মচা অহন অসিবাদ হায় , " পারি য়াইনল অসিবা নহাকপু ননাওনা পুক্লম লৈপাইজনি হায়থুনা ইপাগী হৈনা তুং - ইঙ্গরবই ; নহাক শাওমনথিবা অত্থুদা নমাওবু লম্বকঁদা লৈহনহৌরে । ননাওসিবু ইপানা কংলৈ - নিংথৌ হাপ্পুরে । ইচানা লৌথংপ জবদা ননাওনা পানবা ওম্বদি মতিক মওম ওই-ওমদে । ননাওনা হৈভম শিংওম্বা করি কমদৌনা করম্বা নোংদম তম্বীগদৌরি ইচানা ।" অতিওঙা সিদবাগী পুক্লিং উরথুনা অসিবানা হায়রকই , " ইনাওগী য়াইফ ফুঙ্গাইনবা নচানা মরম পুম্বা শোয়দনা তৌজগনি ।" শামুরৌদা লৈওং

মহৌবা , মশানৌ , কোন্দে তনৌবা চিরোং চিংাইবা পাখংবাবু কৌজুনা ব্রাংবন স্না কোম্লংদা , ফজ্রেন তম্না , মশানৌবু কৌশিল্লগা , তিল্লক রাবু তাকওয়রমই । " ইশানৌ ইবুঙেম্বা ! নিংথৌ ওইবা নহাক্তি কোইনা চংশা হৌনদে ; ইনাওনা তৌওমগদবা থৌরম অরুবা লৈরবস্থু নচা - ননাই ওইবনা নহুং মরোং শিন্দুনা নিংথৌ নংগী থৌরম্ম মখোইনা তৌগদবনি ; নয়াম্বা ঐগী হৈনা খোংগুন লিওম্বদ , অম্রাপোপ্পা হুনওম্নরিনি ; নশাইকোন্দা হুজিল্লো । ইনাওনা নিংবা মরম পুম্বা থুংনবা , ওম্বা মথৈ হোংনগনি । " ময়াম্বংনা তাকশিংবা , তাজরবদা , মশাগী লৌখিবদা হৈনজরবা পাখংবানা ময়াম্সংদা হঙ্গচরকই , " য়াম্বংনা নকালাংদা পুশিনবতুনা ননাওগী অম্রাবা মথৈ কোকহনবীরে ; ননাওগী মুংঙাই য়াইফনবা , শেম্বী শাবগনি নোংদম তাকপীওম্বসদা নুংঙাইজবা পনথৈ হৌওয়ে ; অদুমদি ওইরবদা , রাখল থেনবা ননাওনা , য়াম্বংগী থম্বাল লৈকানা মাইথীনিংঙাই ওইরবা নখোং খুমাখাদা হঙ্গচনিংবদি — শেম্বীবগী শেম্বীবা , ননাওগী কংলৈদা স্ন খোংদাবীতুনা , স্ন ফম্বাল্লিংবতুনা লৈওম্বীয়ু ; রাখল থেনবা ননাওন নখোং সেবা তৌজবা ফংহনবীনবা নিজরি । শেম্বীবগী শেম্বীবা কংলৈপুও মায়োন - কোনংদা ননাওনা পানজবা ওম্না কোইনা মিংয়েং তাবিতুনা অম্রাং-অপা চিংথ-নাম্বা খিবিকপু য়েংশিন-শেমজিন তৌওবীনবা হঙ্গচরি । " তলা পামেন অমগী মখোংদা মচিন মনাও তিল্লক মাইয়োক্লনা , লেংশিন্দুনা , ফয়েল্লচিং তা-ন-ফংনবা মরম্ম ময়াম্বাগী মকমদা মনাওনা হম্না নিজখি । ময়াম্বংনা মনাওবু পুসিন্দুনা ফম্মিনখিব , পুকমেন পাওমেল্লংবা মকমদা হৌবা তলা পামেন উ অদু " পুংহৈতোন ( পুংওতোন ) " মিংল্লুল্লে । মকম অদুবু " স্না কোম্বন খাবা ফম্বাল তিল্লক গুরুং " " তানফংনফম পুঙলেন , পুংতোন মখোং " ফম্বাল তিল্লক ওইনখি ।

মচিন মনাও অনিনা তিল্লাং খোইজং খোইদানা ঙাংনবা হাবু তাবদা অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবানা স্না-পুক্লিং মুংঙাইরতুনা হায়রকই , " পারি অনিমক ! ইপাগী নাক্তা চংলকউ লাও , ইপানা ঙসি তাকঙম্বা লম্বী অসি নচিন্ননাও কাওনম্ব চক মরিমক চুপ্পা পারি কোন্দে তনৌবা , তাইবং নিংথৌ নহাক্না ফুংজা থাংজ খুদিং নয়াম্বাগী থৌগন কায়ফদে ; নয়াম্বগী নোংদম থৌদা লৌতুনা তাইবং নিংথৌ নহাক্না রায়েন নোংদম্ব তৌগনি ; অতু নস্তুতুনা ননিং নধা তম্না নয়াম্বা ' য়াথং নমজা নমংেক্লতুনা রায়েল নোংদম্বদি , পুন্সি মুংশাংনা পানঙম্বদবা , খাং-উথক্কা কেম্বা , লৈবাক মরা তপ্তবা , খুভম পন্দোল্লোম্বদবা ওইঙমসম্ব । অতুগা পারি চরৈহন ! লাইগী নিংথৌ ওইবা নহাক্না লাইগী রায়েল কায়দনা পানঙমউ ; তাইবং নিংথৌ ওইবনা নক্য - নফম্লাংদা চংজবক্কলা , নকানুংদা পুক্কম ইরাং থৌনিজুর্মা পুকহং - পাঙহংজরবদি , নুঙঙাই য়াইফনা পানঙমজনবা চৌংঙু নংবা নোংদম্বীয়ু । কুমগী লাকয়েন থৌরম থৌদোক পুম্বস্থু তাকঙম্বরম্মু । পামজবা হায়জরবদি লাইকোক তিনকোক মরমবু চৌংঙু নংবা ওমদাইবীবা ওইঙমউ । নচিন ননাও অনিনা কংলৈ অসি ফ-নবা চাওখৎনবা মরম খিবিক তাম্নতুনা শিনঙম্মু ; য়াইক নুংঙাইনবা তৌঙম্মু । " মরম পুম্বা তাক্লবা তুংদা , পোংলম পোংথাংমবী থেম্বা চনু লৈসিরেম্বী অমদি মচা অনি পুতুনা হু অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবানা রাংবন লাইকোনুংদগী কংলৈপুঙ য়াইযোন কোন্নং তান্না লাক্লমই । মচা পাথংবা নিংথৌবা পানঙম্নবা ফালম লম্বী পৌরাংলকই । ময়াম্বা অসিবাগী মশক খংঙমদবা , মুন্না খাংহনগে , তাইবং নিংথৌ মহাক্কী তাইবং শল্লাই থম্বগে , পুক্লিং রাথল তৌনা হু অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবানা , মচা পাথংবা য়েংনা হায়রকই , " পারি কোন্দে তনৌবা ! মাংলেম লৈমাইথক্তা তাতুনা লৈরিবা , নয়াম্বাগী মতিক

ময়াই লৈবা শক্তম তরেং অসি ইপানা য়েংবদা য়েঙগদ্রে : তাইবং হায়বা মশক অচু শাতুনা ইপাদা অমুক্তা উহন খংহল্লকউ।" অতিঙঙা যাইবীলেন সিদবাসী কোল্লোই ময়াথং লরাই - কোক্রেনথক্তা হাপ্পা পাখংবানা শক্তম তরেং শাতুনা পুশিল্লকই। অতিঙঙা সিদবানা হায়, "শক্তম অসিনা তাইবং মশক লেপ্তুন পানহৌবা য়াঙমলোই; অতুবু ইচানা শেম্লবা মশক্কিনা হয়াচক্তা তাইবং মশক্কা তিন্নতুনা তাইবং মতেং পাংঙম্নবা, মশক ওইঙম্নবা, উরক-ব্রক্তা থাদোক্তুনা থম্মরো; মশক অসি য়োংগুম্বা মশক্কি হায়তুনা মশক তরেং অচু "য়োং" জাৎ তরেং মিং-লুল্লে। অমুক মশক শক্তম তরেং শেমতুনা পুরকই; মাতু উবদা অতিঙঙা সিদবানা হায়, "তাইবং শেম্মি হায়-রগা হঙোইগুম্বা ঙাক শেম্নকপশিবু করিনো; মসিনা তাইবং মী ওইবা য়রোই; তু-খোংদা থাদোকখো; মখোয়-সিনা মরোন-মরি থোকপা মতমদা, কুম-থা অতুগী কুমদম-নোংদমগা লোয়ননা নোং তাবা হৌরনি খংনবা খুদম ওইনহৌরসনু; মমিং 'হঙোই' মিংথুল্লে। তু-খোংদা হঙোই মরম তরেং থাদোকখ্রে। মতুংদা মথং মথং ওইনা সা, উচেক, শামু, নোংশা, কৈ, ইরোই, যন, শগোল, সন্দং, ওক, হুই, হামেং, খুমু, ঙামু, য়েন, হৌদোং উচিনচিংবা লৈকংদা লৈঙম্বা মশক কয়া শেমখ্রে। মতুংদা ঙানচিংবা, লাইজ ঈশিংদা লৈবা মশক শক্তম কয়ামা শাতুনা অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবা স্না মাংদা পুশিল্লকুনা স্না মিংয়েং তাহনবদা অতিঙঙা সিদবানা হায়রকই, "পারি অতোপ্পা নংনা শাবা শক্তমশিং অসিনা তাইবং, মশক লেপ্পা য়ারোই মাগী মাগী মতিক মঙন লৈফম থোকপা ঙম্নমক ঐহাক্তা তম্বীরবনি; মা-মাগী লৈফমদা লৈহনখ্রো — লৈকংদা, ঈশিংদা, নাবক - উরক চীংমান্দা ঙম্না থাদোকখ্রো। পারি নহাক অসি নতিক-নঙমদি শাম্বা, মুংঙাইবদি পাম্বা, অতোংবদা ওইজনিংবা

ইচানি ; নংগী নশিন - মঙম নত্তবদা , ইপানা থোদা নোংদম্বু তম্মুরমাল্লে ; নতিক-নঙম নত্তরে লাকও ।” শাওং বাবু কৌশিন্দুনা কংলৈপুওদা লৈহনলে ।

হু অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবানা , অসিবা য়েংনা হায়রকই , “ পাপ্রি চরৈহন অসিবা ! ইপানা য়াথল থেনবদগী থোকওমগ্রবা , মালেম থক্তা তারিবা অসি , ইপাবা করম্না য়েংহুনা লৈওমসিবা । মসিনা তাইবং মশক তরেংতং শেমহুমা ইপাদা উহন - খংহল্লু ।” মতুপ তরেং তাহুনা লৈবা অদু অতিঙঙা সিদবানা উই-হায়হুনা তাতুনা লৈবা মকমবু “ উত্রা ” হায়না মিংথোনখি । অসিবা লাইগী লাংওন মতুপ তরেং অদু , তাইবং মশক শাখি হায়হুনা শাখিকম মকম্বু “ উত্রা শামাং ” মিংথোনখি । অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবানা মচা লাই আংগা তিল্লুকমিন্নথিবনা মকম অদুবু “ হী রী সী ” মেরুবা কোল্লোয় , তাইবংনা মিংহুন তমখি ।

অসিবা লাই থাবনা অতিঙঙা য়াইবীলেম সিদবাগী য়াথং ফংলবদা , তাহুনা লৈরিবা , মতুপ শক্কম তরেং অতুনা তাইবং মশক পুথোক্তুনা শাগদবগী বাংল তৌরকই ; “ কনা-কয়িবু মিতয়া , তাইবং শক্কম শেমসিবা , রাখল তৌনা , থন - থম্বুনা কোয়না য়োবদা , হু অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবাগী মাহকচাং ‘ ঐহাক ’ হায়বা অতুগী মশক ওইবা ‘ মাহাক ’ হায়বা মশক্কা মালেমথক্তা লৈরম্ববু উবক্রে ; মশক অদু উবদা “ উম , নোংদম তম্বরে , মালেম থক্তা উরিবা শক্কম অসি মিতয়া শাবা তারে ; ” অরেপ্পা ওইনা মপুক্তা লেপ্লে । অতিঙঙা য়াইবীলেন

সিদবাপী স্না হকচাং মত্তান্না তাবা শক্তম্না মিতমচুনা শাগে হায়না মপুক্তা লেপখিবা মফম অদুবু "মিতমপুণ্ড" কলাই তরেংকী মিরেম্পুণ্ড কৌনা থোনগ্রে । মতুপ তরেং অদুবু পুশিনগ্রে, তাইবং মশক শেম্লে: মতুপ তরেং অদুনা তাইবং মশক শেম - শাখিবা মফম্নি খংহৌনবা মফমদুবু "শেম্নপুণ্ড — মসেমপুণ্ড" মিংথোনগ্রে । অসিবা লাইনা তাইবং মীশক শাবা লোয়রদুনা মশক শক্রম তরেং অদু পুরক্লুনা অতিগুণ্ডা য়াইবীলেন সিদবাপী স্নামাংদা থমদুবা "স্না মিংয়েং তাবিয়ু ; নয়াথং ইন্না তাইবং শাবা লোয়গুংজরে" পাওদমজখি । মশক তরেংপু উবদা য়াই-বীলেন সিদবানা হায়, "পারি স্নাইল অসিবা ! ইচানা শাগুমকইবা মশক অসি, তাইবং মশক লেপ্পা য়াগুমগনি ; মশক তরেং অসি মথং লেংনা শমথনা পানগুংজবা গুম্মগনি ; অজো - অঙ্গা পাম্নবা তৌগুম্ম ।" তাইবং মশক শাবা লোয়রদুনা কংলৈপুণ্ডদা পুশিন্দুনা অতিগুণ্ডা য়াইবীলেন সিদবানা স্না মিংয়েং তাখিবা, তাইবং মশক লেপ্পা য়ারনি লেপখিবা মফম অদু "মীরেপপুণ্ড" থোন্নে ।

অতিগুণ্ডা য়াইবীলেন সিদবাপী নোংদম ময়াথং তারবদা অসিবা লাইনা "অজো - অঙ্গা পামবদি য়াইবীলেন সিদবানা নোংদম্বীয়ু" হঞ্জচখি । মচাপী ব্রা তাবদা হু অতিগুণ্ডা য়াইবীলেন সিদবানা হায়, "পারি ইবুঙ্গো, মুংগাইদা ! নংতনসু গুম্বা নথৌ নগুম পাথোকন্দা, ঐহাকপু ইচানা থা - গুমলোইদবপী ইপাকীসু ইথৌ ইগুম ইচানা তাকগুম্বা অসি, ইচাপী ননিংথুংনবা ইপানা 'মতোং পাংলগে ; মশক তরেং অসি 'সম্থোং সুরুং' মুশিংলমদা থমগুম্ম ।" তাকগুম্বা ময়াথং মতুংইন্না মুংশিং পুবা গুরুং-বনাক্তা মশক তরেংপু থমলে । হু অতিগুণ্ডা য়াই-

বীলেন সিদবানা তাকপী, "পারি স্নাহল ঈশিং পুবা শুরুং ঈরমদগী লৌতুনা ঈরম খোংলম শেমহুনা হাপওন্ম্ ।" মাহু তৌরবা মতু'দা অতিওঙা সিদবানা হায়, "পারি থৌরম থৌরাংবা! মৈপুবা শুরুং মৈরমদগী মৈগী মশক ওইবা মাওোন্দগী হেন্না শাবা মশকপু লৌতুনা হাপওন্দ্ ।" হু অতিওঙা য়াইবীরেন সিদবাগী ময়াথং মতুংইন্না অসিবানা মৈগী মশক ওইবা মাহাক্তগী হেন্না শাবা মশকপু লৌতুনা তাইবং মশকী খোইথা থানা থমগে । হু অতিওঙা য়াইবীলেন সিদবানা মচাগী তৌওমত্রবা থৌরম থৌরাংবা উবদা শেন্নহুনা মাহাকী মশকগী মশক মঙা পুথোক্লগা হায়রকই, "পারি স্নাহল অসিবা, য়াংওগ্রিবা মশক অতুমদি নথৌদাং নওয়োং নহাকম্ভু লাকও চংওমকও ।" অমুম্না নোংদগ্নমগা তাইবং মশক তরেং অতুগী লুবাই কোক্লেন্দা হু অতিওঙা য়াইবীলেন সিদবানা খুদোম্বীনা নমহুনা, খুংনাওবীগী খুজিন্না থায়হুনা মশক মঙা মঙা পুথোক্লা চংশিনগে । 'ক্লী' মশক্লা খোইদৌ মথাদা, থজিন লাইপক, মফম অনি শিনবা থুংনা লৈগে । 'অনঙ্গ তনঙ্গ' অনিগী মশক্লা মিং অনি শিনবা থুংনা লৈরে । "অঙ্গ হৃক' মশক্লা নাখোং, নাতোন, চিনবান, লৈয়েং, থৌনাও মফম মঙা তুনা লৈরে । 'স্ত্রী' মশক্লা সদোন অনি খোমজাবী অনি তুনা থবাক্তা লৈওয়ে । 'হ্রী স্ত্রী হু ঐ' মশক মরিনা সদোন থম্মোইদা 'থাখোং, লাইখোং, মরৌখোং, (ঈঙ্গনা, হুস্তুম্না পিঙ্গনা) শিংলি অহুম শোক্লঃ পুহুনা লৈরে । 'হ্র থী হী' মশক্লা লাইখোং (সুহুম্না) শোক্লা কুণ্ডলিনিদা লৈখ্রে । অমুম্না মফম পুম্বা শিনবা থুংনা লৈরবামক্তুদা অঙ্গা অঙ্গা পানবা য়াওংর্গে । অসিবা লাইনা মাহাক্তগী মশক অহুম 'মঙাং লুরাং থুমন' (হিং রিং সীং) পুথোক্লে । মশক অহুম্, পুরুমজরি; স্নায়েল সিদবা তারেংবা 'মো বাচিগী হৈবোং মথাদ' মরম পুম্বা

ফংলৈ কংলা খুম্বোক খুনশেম পুয়া ।



ভাংনসি 'হ র স' অহুম লৈফদে; 'ঐ চংঙমজরক্রে' হায়তুনা অসিবা লাইনা খুজিনখাদগী 'তরৈ হং সং লৈপুনবা ন ँ স ँ' হায়না খোইদৌ মখাদা লৈতুনা সৌজ থোংদগী সাজুম্বগী ময়াইদা 'হ র স' অহুমকী মরক থায়না থুপ্তুনা লৈজুন্না মতমদা মশক তরেং অহু অঙ্গো অঙ্গা পান্দুনা তিংলি য়ংলিরে; হকাম চল্লে; হাকথি খল্লে । তাইবং মশক তরেং অসিবু অসিবা লাইনা শেম-শাগদবগী ৱাখল তৌরকপদা, মালেম থক্কা তাতুনা লৈবা হঁ অতিগুপ্তা য়াইবীলেন সিদবগী 'শেনবা মতাও' মিবু তম্না তাইবং পোংখাংনববু খেম্বদগী 'মী' কৌরে: 'শেনবা মতাও' কৌবা 'মি' অসিগী মরু ওইবা মতিক মঙল থজিন্দ্র থম্ম । মউ লেনফু তরুক লৈকঞ্চ তরা-মাথোই শেমতুনা, থোংলোন মাপল কাকুনা, শিংলিনা সো-য়াইধুগী মশক ওইনা, মশক পুম্বা অসি থোক-ভমখিদনবা, চংভমখিদনবা, কন্না সো লোন্দুনা থমগ্রে । খোইথক খুদোন মঙা কানা অতিগুপ্তা য়াইবীলেন সিদ-বানা ম্না ফম্বালদা চেংশিনখ্রে; মহাক্রি 'বুদ্ধি' কৌবা মশক্নে । খোইথা খুদোন মখাইগী মখাদা 'লৈশিরেন লৈপুনবীবা' ম্না ফম্বাল ওই; য়াইবীলেন মেরুবানা "হঁ য়াইবি সিদবা তিল্লুকনবী হুঁ" ঈরৈমাগী মশক্নে । পাখংবানা ওইগী খুমিং মখাদগী চংলক্কুনা খোই মথক্তা খুদোন অনি কানা শাহফম ওইতুনা লৈ; মেরুবানা 'ক্লী' কৌবা মশক্নে 'মী হিং তরৈবা' কৌয়ে । ম্না থোংনাং লৈম্মাবা খুংকী খুজেং খুবি মরু তম্না চংলক্কুনা খোইবি নাওদিংয়েং ওইনা শাহফম ওইতুনা খোই মখা য়েংলোম পাংম্মা লাক্কুনা কমখোং তম্না থুংতুনা 'লাংবুং' কৌবা মফমদা ম্না ফম্বাল ওই; মিংথৈ মেরুবাদি 'ওঁ দ্রুঁ রোং হেং' ঈরৈমাগী মশক্নি । হঁ অসিবা লাই, তাই়ি মী শেম্বনা, খুজিনখাদগী তৌনা চংলক্কুনা খোইখা খুদোন অহুম কুম্না ম্নং ফম্বাল্লাংলগা হকচাং মফম

খুদিংমক্তা শাম্নখম ওইহুনা পুম্নমক্কী মশক ওইনা লৈএ। খোইদগী খুদোন মঙা কানা লৈরিবা হুঁ অতিওঙা মাইবীলেন সিদবাগী মশক্না ওইবা 'বুদ্ধি' কৌবা মশক্কী স্নাফম্বাল ফানখোং কোয়বা ওইহুনা মফম খুদিংমক্তা লোক্না লৈএ; 'মৈ, ঈশিং, মুশিং' অহুম্নক্কী মশক মাহাক্না ওইয়ে। মিং, নাকোং, লাইপক, খুজেং, খুজিন খোমথা, য়েংকী খুজিনথা অসিনচিংবদা শিনবা থংনা লৈএ। হুঁ অতিওঙা মাইবীলেন সিদবাগী ময়াথং পুহুনা লাই মখোয় খিবিক্না মপাগী শিম্বা পুহুনা লৈবগী মিংলেন মেরুবানা 'তরৈ হং সং' কৌএ। হুঁ অতিওঙা মাইবীলেন সিদবা, লৈসিরেন লৈপুনবী, হুঁ অসিবা অহুম্না তিন্না-লৈবা মেরুবদি "সনা লহিং সং সং লৈপুনবী" কৌএ। তাইবং মশক তরেংনা মালেমথক্তা স্নাগী থরো-থম্বাল শাংপণ্ডম লৈবত্ত লাইয়াম্না কোয়শিন্দুনা ফমহুনা য়েংলগা মানা মানা, পাম্বা, নিংবা বাহৈনা মশক তরেংকী মতিক মঙান হায়নরমই। লাইয়ামগী মরক্তা তাইবং নিংথৌ ওইবা পাখংবানা চংখিহুনা মশক তরেংকী মকোকথংবা অঙাং নাবা অহুবু মালেমথক্তগী লৌখংলগা ফৈবম্না পমহুনা, কংলৈপুঙ মাইয়োল্লগী মপাম্নাংদা খোক্কুনা মালেম থক্ত ফম্নগা তিম্নুক মাইয়োক্নুনা কংলৈগী লাংওন জেংবাংনবা সিম্বা লাংওন বারীবু নাম্বা অহুগা শামহুনা মুংঙাইমিন্ননা লৈরে। মফম অহু "লাংওন তাইবং অহাঙবা তিম্নুক ঙক্লাপুঙ" কৌরে। মফমহুদা মুম অমা শাহুনা থমই; মমি- "ঙক্লুপং" মেরুবানা "সঁং" কৌয়ে। মনাওনা খোরাংপাখংবা, তাইবং নিংথৌগী মতৌ উবদা, লাইয়াম পুম্নমক ঙক্লহুনা কোয়না য়েংনহুনা লৈঙমখি। মনাওনা খোরাংকী ইবত্ত অশিবা লাইনা উরহুনা, মনাওগী মনাক তান্না থোরকই; ময়াম্বংনা খোংলেংখোরকপা উবদা তাইবং নিংথৌ পাখংবানা শৈদম শৈরেম্রিবা নাবা অহু পুরহুনা, মাইকৈ লাকপা ঙমদনা, কোয়না চেনশ্রে। "হিং করিনো!

পাখংবা ইনাওনা লৈবা উখিবা, মকম অদু অস্বাইদনি; অদুবু করিনো যাদি লৈতেমা। ঐনা নিংবা লম্বী খোরাং অয়েস্বা ভারে কায়রেদনা; অত্তাং মায়া অসিগা ত্তিন্নক ওইগে ন্নিংলিবোইয়ে" অসি হায়না ওঅক বাখল তৌরগা অসিবা লাইনিংথৌনা হায়, "মকম অসিনা ইনাওগা উয়ত্তুনা, ভাইবং নাবাগী মাইক হুংতাই নোংদম ওইনবা বা থরা ভাংনগে হায়না খোকওস্বা অসিদি থুংওস্বা ওইরেদনা, মকম অসিদি নিংবা থুংহনবা ওস্বা মকম ওইরে; মকম অসি শোকপা চংবা য়াদেমনা, মরম অসি থংহৌত্তবা লম্বী থনমজবদি ভাইবং পানত্তমকপা মত্তমদা চংত্তু পায়রত্তুনা, মা-মাগী মতিক ময়াই মত্তান পুম্বা মাংনত্তগনি; মকম অসিদি 'ওইদবা চৈথেং পুত্ত' হায়রত্তু ওইরে।" মকম অসিদা অশিবা লাইনিংথৌনা হুত্তাই মাইকনবা খোরাংবীগে নোংদম্বীরমগে লাকপবু অদো পানবদা ওইরিবা নায়ানা লৈরমত্তুনা নিংলকপা খোরাং অদু থুংদনা কায়ত্তুনা তোকখি হায়ত্তুনা মকম অদু "নিংবা থুংদপুত্ত" "নিংথৌ ওইদ পুত্ত" হায়না মিংত্তুন তমখি।

পাখংবাবু লাইয়াম্মা কোয়না খিনরক্লে। নায়া অত্তবু লাইয়াম্মা নোংদম শিন্নাক হানত্তগনি খন্দুনা, কৌত্রু চীংদা অত্তানবাগী খুত্তম থম্বা হুমিং হুম্নি চনবদা, নাবাবু পুত্তুনা মাইকৈ সন্নাই থংদনা মাংখিবা পাখংববু খিবা, পাখংবাগী হৈনা খোংগুল লিবা হৌত্তুনা, কংলৈপুত্ত মাইয়োন লৈবাক্নী চিরা-চিথেক মরি শিনবা থুংনা চংত্তুনা কোয়না খিরক্লে। লাইয়াম্মা কোয়না খিয়কপশি, পাখংবানা থং-উয়ত্তুনা লৈবাক্নী চিরা মরিদ কোয়না শায়রম্বদগী, অত্তাং নবাগী নোংদম্বু লাইয়াম্মা হানত্তগনি খন্দুনা অয়াং কৌক্রু চংথক্কা কাত্তুনা অত্তাংবু খৌত্তু থক্কা

লোংনা হিপহন্দুনা লৈখ্রে ।

লাইয়াম্মা কোয়না খিরকপা মুমিং হুমনি গুরকপদা থেঙ্গুম চীংদোন্দা, পাখংবা নিংথৌগা তিন্নক কম্বাম্নাংডুনা লৈওয়মু উবদা, পাখংবা নিংথৌগী মপুক্লিংনা নিংইবত্থু লাইয়াম্মা উরবুনা খন্নখি, " নিংথৌ ওইবগা অঙাঙ্‌ নাবা অসিগা মশক অমত্তা ওইনা লেপ্পসি, নাবা হুম্নিদা ভাইরিব অসিগীদমক য়ুম অমা অমুক তোপ্পা লিংঙম্মুসি, মকম অসিদা নাবা অসি লৈওমজবা ভমজনবা, ঐথোয় পুম্বনা নাবা কোল্লোয় লিরোন তৎবুনা পানঙ্মবা থৌরাংসি ।" অমুম্না ভাংনবুনা চীংগী চীংদোন্দা ( থেঙ্গুমচীংগী চীং মতোন্দা ) অঙাংগী শান্নকম লেৎগংলক্লে । লোম্মী থেঙ্গুম চীংদোন্দা, থাকন মথোন তরেৎ খন্দুনা, অকোয়বা মাইকৈ মরিদা, অঙাংবা কীয়ান মরি মুথুনা, নাম্না হুম্নি গুববু, অতোবা থাকন মখাদা, অঙাংবা ফীরান মরক্তা অঙাংবু লোংনা হিপহন্দুনা নাবা কোল্লোয় মিংহুন তাক্লে :- " অবাং কৌক্রু থেঙ্গুম অসুপ্পা, লৈফুরেন খুম্বা অহানবা, চারি মশান থাখিবা, নোংদম মউ লিংঘৌবা, নাবা কোরৌ মুমিং হুম্নিদা ভাইরিবনা, বায়েন নোংদম্ম পাম্লিবা, মপা কনাগী মচানো, মমা কনানা লোকপরো, ( হরি হে রাহা ), লাইনা থাবা চারিনি, নোংদম ' মউ লিংবনি, তাইবং লাংওন শেম্বনি, লৈতে খুম্বা হানবনি ( হরি হে রাহা ), নাবা হুম্নিদা ভাইবনা পাপ্পহৌই খংনবা অঙাংগী কোল্লোয় মমিংনা ' ও ক্লিং রিং ' মিংগুম্লে ( হরি হে রাহা ) । " ' সেম্বা মত্তাও ' অসিবানা লাংওন তাইবং শেমজবা নাবা অজো অঙ্গা পানবদ ভাইরিবনু লাই নিপা নিপী পুম্বনা খুজেং পালোইননা কোয়শিন্দুনা, কোলোয় মিংহুন থোন্দুনা লিরোন ঈশৈ শক্লে । লাইখাম্মা লিরোন ঈশৈ শক্তুনা অঙাংবু লাংনবুনা কোল্লোয় মিংহুন তমলিন্ডৈদা অসিবা লাইনা নরা অশিশক অতুগী

শাগ্নকম ওইজনব হায়রতুনা, খুদক অদুদা পুথি অমা তৌদুনা থম্মে; মাতু উবদা লৈসিরেন লৈপুনবী খেম্বা চম্বুনা মাহাক্তশী লাইজ ঈশিং পুথোক্লুনা পুথি মমাই চোল্লা তনিক তনিক লৈংনলে । লাইজ ঈশিং ইমাই চোল্লা নিক নিক লাওনা তুংবা উবদা স্নাখোংনাং লৈম্বনা লাইজ ঈশিং ইরোম্লুংদা চোংখিতুনা, স্নাপী খম্বাল ওইনা শাংহনখি । লৈকা ফন্তক শাংতুনা নাবা হুম্মি শুববু, চিনা চিংনা য়েংতুনা, নাবা নাওকোঞ্জগে মতাশুম লৈরাং খম্বাল হাইনা হুয়া পুম্বুম শাংলক্লে । হুম্মিদা ভাইরিবা নাবানা মিং খক্কম ওইতুনা পলেমগী কৈরাথক্কা কম্বাল্লাংলগা নংথরকপা খোমলাং য়াতুনা খেক্কা খেক্কা নোক্তুনা পলেমগী থবাক্তা মখুংনা য়ৈতুনা খৌবুম থম্বা খোমলাং থকখি । অভাং অতুগী মতৌ উবদা লাইয়াম খিবিক্লা পেল্লতুনা মা মানা তৌবা ভম্বা, পীভম্বা লাংওন পাজল মংথৌনা অয়াম্বা, অভাংগী মফমদা পীভমতুনা 'অবাং থেক্লুং অতুম্প লৈফুরেন খুম্বা অহানবা, লাংওম লৈরংরোন খুনথোকপা' হায়না মফম অতুদা থনমতুনা লাইয়াম পুম্বা কংলৈপুও মাইয়োম্বা হল্লক্লে ।

হু অতিওম্বা য়াইস্বলেন সিদবানা মপারি অসিবা য়েংনা হায়রকই, "পাম্নি স্নাহন অসিবা! লাংওন অরাদিনবাও পাখংবাগী ওইগ্রে । লৈহৌরিবা মশক তরুক অতু কৌশিল্লু । মশক মমিং নাইনা মিংতম্দুনা মা মাগী মথৌ মশুম পীভমগে ।" অতিওম্বা সিদবাগী ময়াখং মতুং ইন্না মুংশিংলম শুরুং ( অঙ্গো অল্লা ) মপাম্দগী লাংওন মশক তরুকপু সৌরুতুনা "মীরেপপুওদা" পুরক্লুনা থম্লগা অতিওম্বা সিদবাগী স্না মিংয়েং তাহনখি । হু অতিওম্বা য়াইবীলেন সিদবনা লাংওন মশক তরুক অতুবু য়েংনা হায়রকই, "লাংওন মশক ওইবা নখোয় তরুকমম্বা পাখংবা

নিংথৌগী প্রজা ওইহুনা, নিংথৌগীদমক কেপ্পুনা লৈঙম্মু। নিংথৌ ওইবা পাখংবা নহাক্না মখোয় খিবিক্নী খুংঙাই য়াইফ নোংদম পীগুমহুনা নখোয় মশক হবেংনা কংলৈবাক অসিদা লৈঙমগদবনি। মথং লাংওন মথঙ্গু অনিগুবা মীতম্বা নংদি নমিং "ইঙোরাবা" মেরুবা মিংলেম্না 'কুপকোপো' কৌনা তাইবং শমথগদবা মশকপু ওইহুনা নোংপোক লৈচৌচিংদা পানঙম্মু। মাইকৈ অতুগী মথৌ মগুম নংনা থৌদা নোংদম্বা ওইহুক্না পানুঙম্মো। অহুম শুবা লাংওন মশক্না, নোংদম্বা নংনা নমিং "আসনবা" মেরুবা মিংলেম্না "তেদে" হায়না মথারমদা লৈঙম্মুই শুবা লাংওন মশক্না, নোংদম্বা নংনা নমিং "আসনবা" মেরুবা মিংলেম্না "তেদে" হায়না মথারমদা লৈঙম্মুরি
মাইকৈ অতুগী থৌদা নোংদম্বা ওইনা লৈঙম্মু। মরি শুবা লাংওন মীতম্বা নংনা "ইমুরাবা" মিংহুন্দুনা মেরুবা মিংলেম্না "অং" কৌবা মশক ওইহুনা থেংগ্রুম চৌংদোন পাংবা মাইকৈগী থৌদা নোংদম্বা ওইনা লৈরুরো। মঙা-শুবা মীতম্বা নহাক্না "খে-মানবা" মিংলেন কৌনা মেরুবা মিংহুম্না "খেদিরোং" কৌনা নোংপোক থা-মৈরম শুপ্না বায়েন থৌদা নোংদমহুনা লৈঙম্মুরো। মথং তরুকশুবা লাংওন মীরেন নহাক্না "মুবাং" মিংলেন কৌনা মেরুবা মিংহুম্না "রোং" কৌবা মশক ওইহুনা থাংহি ভাংভোই চীংলম পাংবা মায়কৈদা বায়েন থৌদা নোংদম থৌপুনা পানঙম্মুরো। তরেৎ শুবা মথং অরোম্বা লাংওন মশক্না কেপখিবা নংদি কোলোয় মিংহুম্না "চেংলৈ ঙৌবা" য়াইবীলেন মিংহুম্না "হোঁ" মশকপু নহাক্না ওইহুনা চীংয়া তময়া অকোয়বা অসিগী নোংদম থৌদাবা ওইহুনা লৈরুরো।

পাখংবা লাইনিংথৌগী অঙম্বা, বায়েল থৌদা নোংদম থৌপুনা, মিংলেন মিংহুন তম্লিবা অসিনা লাংওন মশক তরুক নখোয়বু থংনহুনা লৈবাক অসিদা মশক তরেৎ অসিনা কেপ্পুনা পানবা ওইঙম্মো; নখোয় তরুকী

কংলৈ কংলা খুম্বোক খুনশেম পুয়া ।



মথক্তা পাথংবা নিংথৌনা রায়েন থৌদাবা ওইদুনা লৈত্তম্লো । মখোয় তরুক্তা পাথংবা লাইনিংথৌগী অত্তম্বা ওইদুনা, অসাই অসম্না চোং সেকপিনু থাদ্দুনা কংলৈপুত্ত ময়োন লৈবাক্তা পাথংবা নিংথৌনা তংত্তম্বা ( নিংথৌলেন ) ওইনা কেপ্তুনা ফম্বাল তোংলে ; ইবেম্মা স্না খোংনাং লৈমনা নিংথৌগী ওইদা ফম্বাল লাংতুনা লৈব্রৌ লৈমালেম হাপ্লে । নিংথৌগী ফম্বাল মিংতুনা "দিত্তরং" ; লৈমালেনগী ফম্বাল মিংলেন্না "তরৈ হং সং দিত্তরং তরৈ সংরা" মিংতুন তম্মা নাওত্তম্নতুনা ফম্বাল তোংলে । মালেম থক্তা কোংয়াং চৈ তাবত্তম পোক্লকপা মশক থাজবা "মৈতিংত্তু" মিংথোন পাথংবা নিংথৌদা মথংলেনশিংনা পীত্তমখি : য়াইবী লেন যেরবাদা "দিত্তরং" খোনত্তমখি । অস্তুম্না কংলৈ মাইয়োন লৈবাক্তা সলাই তরেংকী নিংথৌ পানবা হৌত্তম্লে ।

লাংত্তম মশক তরেংনা লৈবাক নিংথৌপান্নবা কেপ্লবা মতুংদা, হুঁ অতিত্তত্তা মংইনীলেন শিক্ষানা অশিন্না মচাশি মকমদা হায়মকই, "পারি চরৈ অহনবা, ননাও তাইবং নিংথৌ পাথংবা অসিবু কাংলৈপুত্ত মাইয়োন অসিদা, ইচানা শেমত্তম থমত্তম্লিবা খুভম মশক মমিং থংনবা ইচানা মনাওদা তাকত্তম্লীয় ; ইচানা খুভম শেম্লবা, তুরম লাইরম, তীরম - থোংলম তাইত্তম্লখিবা লৈরবম্লু তুথৈ তুমেম্বীতুনা শেম্লবা তৌত্তম্লীরম্ম । লৈবাক অসিদা পানবা নিংথৌদি, ইচানা ( হুঁ অসিবা লাইনা ) ননাও পাথংবা নিংথৌদা তাকপা কংলৈ পুত্তমাইয়োন মশকদা লৈবা থম্বা, খুভম মশক থংনবা থৌরাংবদা ইচানা ( অসিবা লাইনা ) কম্লেন মিংতুন তম্বা, শেম শাথিবা কংলৈ খুভং নত্তবা মকমদা নিংথৌ কোনুং শেমকরোই । নিংথৌ ওইবা মাহাক্না, মকম অতুদা লৈবা খুভম্ম, মশক

খংনা চেকশিন্না খমজগদবনে । লৈবাক্কী থৌদোক - লাম্হোক, অৱা - অনা লাক্লবদা খুত্তম মশক খংনা, অমাইবা অয়াইবীনা থৌরম মওং চুম্না, লৈতাই - ওমদাই লাংদাইনবা, পুক্লম ইরাং থৌনিজবগী অৱা অনা ক্লোকপা, অহা লৈথম্ লাইকোক্লনা, নংঙাই য়াইবী মরা তপ্পা পাঙবা ওমগদবা মওম মশিন তম্না ইচানা নৱাক্কী লৌথোক্কনা, শেম - শাত্নুনা কংলৈপুন্ত মাইয়োম্দা মত্তি উরাং থম্বা খুত্তমশিং অসিবু খংদমা মনাওনা করম তৌনা পাবা ওমগ-দৌবিবা, মরম পুম্বা খংদবা য়াদবা ওাক্তনি ।

হু অতিওঙা য়াইবীলেন সিদবাগী ময়াথংবু তাবদা, হু অসিবা লাইনা হঙ্চরকই, “তাকপীবা নয়াথং অচুম্বা ওাক্নি; খুত্তম অসিবু নচানা লৈশেম্বদা হয়িচক্কী ওাক হইনা মিংহন্দুনা শেম্বা ওইগমখিৱে। মতম মতমগী থৌরম থৌদোক মতুংইন্না মিংহন্দুনা লৈতাই ওমদাইফম্, লৈবাক্কী অমাইবা অমাইবী অহৈ - অশিং অহন মৱা তাবনা থিওমজত্নুনা খুত্তম মিংহুন তৱবু, য়াইফ নংঙাই পানওমবা, ওমদাই লৈতাইনবা মশক ওইনা, শেমওমগে । চক অসিগীদি হু অতিওঙা সিদবা লৈবি খঞ্জবদগী, মসিবু, মতম অসিদা, করম্না হায়ওম তাকওমজো হায়বনো, মরম পুম্বা কাইদনবা, নয়াথং অমুক্ত তাকওম্বীনি ।” মচাগী বা তাবদা ও অতিওঙা য়াইবীলেন সিদবানা তাংজলুক্লা ৱাংলেন মিকুপ মওারোমদং খম্ভরুরবা তুংদা মচা য়েংনা তাকপীরকই, “পারি চারৈ অহনবা! মরম পুম্বা খংলে; অচুবু লম্বী পুম্বা অসি, লৈবাকসিদা পানবা নিংথৌনা খনবা, থিজনবা য়াবা মরমশু নত্তে; লৈবাক নিংথৌগী য়াইফ মুংঙাইনবা, মরা তপ্পা পানওমজনবা, ওমদাই লৈতাই, থৌনি, ইরাং, পুক্লম লৈপাই লম্বী

কংলৈ কংলা খ্ঙোক খুনশেম পুয়া ।



পুস্বা খংঙস্বা মশক "সংলেন ফম্বাল ব্রায়েন থোঁদা নোংদম্বা, মাইপুরেল্ল চিংবা" হায়বা মশক অদু, ঙসিদগী ইচানা ওইহুনা, হয়িচক, হয়াচাক, খুনচক, লাংবাচাক চক মরিসিদা নংনা থোকওমহুনা, লৈবাক নিংথৌগী য়াইফনবা শেমঙম্বীবা মশক অদু, পারি নংনা মনাওগীদমক ওইবীরো; পারি নংনা ব্রায়েন শঙদা ফম্বাল্লাংহুনা মিংলেম্মা 'খাংজেং নহা' য়াইবীলেন মিংছন্না 'ওঁ ওঁ হ্রীঁ ক্লীঁ স্লীঁ........' হায়না লৈঙমউ। কংলৈ মেপ্পা লৈঙম্বীয়ু, মিংলেন কংলা ফম্বালমেন সংলেন পুবা হায়না লৈঙম্মু। নহাক্কা লৈবা য়াইবীলেন মিংছন্না 'ওঁ হ্রিং স্লা থাং মনিক অঁ ও র র" মফম মওং য়েংহুনা মেন ফম্বাল সংলেন শাঙমসন্নু; লৈবাক অসিগী নিংথৌনা লৈনবা মকমদা, পারি নংনা লৈণীয়ু, নংগী, ফীহুপ ফীওং থীহুনা মশাইকোন ময়ুম লাংবু শেমজশন্নু। মুংকে অনিগী মরক্কা লৈহুনা লৈবাকী থোওং য়েংহুনা লৈঙম্বীয়ু; "মুংকে হনবা" মিংলেন কৌরসন্নু। পারি অসিব লাইনা পাখংবা নিংথৌগী মকমদা, কংলৈপুঙ ময়োন, পাফল লোলজন অরিবা, তুবিলৈরোং সানা পম ঙাকপা, ব্রায়েল হায়হৈদবু ময়াথংদগী তাকওম্বা, মেরুবা য়াইবিরেম্মা "স্লীঁ স্লীঁ স্লীঁ ক্রীঁ ক্রীঁ" হাম্মা সঙ্গাই সম্বোং ম্যাংসোক পাংবদা হায়জ নিজ চংজনকম ওইবীহুনা মিংলেম্মা "নহাক মাহাক মহিরেনবা" য়াইবীরেম্মা "ওঁ ক্রীঁ ওঁ গ্রীঁ হক্রঁ গ্রীঁ গ্রীঁ স্লীঁ স্লঁ গ্রীঁ" হায়হুনা চক মরিমক্কা শিন্দুনা সংলেন হমবা (অমাইবা পুরেন) ওইহুনা মরম পুস্বা তাকওম্বীহুনা কাইবি ঙমদাইবীহুনা লৈঙম্বীরো। "বা অসি তাবদা অসিবা লাইনা থঙ্গি (মতোমদা হায়জৈ) উম্! তাকওম্বা ময়াথং ইন্না তৌওমদবা য়াত্রেদনা, অতিওঙা য়াইবীলেন সিদবানা ইসম্নৌ তাইবং নিংথৌ ওইগদবা অসিগীদমক উনবী স্না পুরিংদা ব্রাগ্রবোইরে। ময়াথং ইন্দুনা তাকওম্বা তারে হায়না থন্দুনা মরম

পুম্বা তাকওল্লবা মনাওবু কৌথোক্লে ।

"ইসানৌ ! তাইবং নিংথৌ ওইওল্লবা পাখংবা, লৈমুং লোঞ্জা অরিবা ! লৈবাক অসিদা লৈবা খুবম মশক-মখিং শীজিল্লগদবা থৌরম অদু হু" অতিওঙা য়াইবীরেন সিদবাগী ময়াথং মতুংইন্না ইনাওশী মফমদা য়াম্বনা অদুক কোয়না চত্তুনা খংওম্বা শাদুনা তাকওমগে; মফম খুদিং ইচিন ইনাও অদুক কোয়না চত্তুনা য়েংওমলুসি ।" পাখংবা নিংথৌশী খুৎজেং পালোইননা কোয়না পুদুনা খুভম মশক, থৌরম তাকপা হৌখি । মচিন মনাও খুৎজেং পাল্লোয়ননা লাকমিল্লবনা পামেন উ অমশী মখোং য়ৌরক্লে; অসিবানা হায়রকই, "উম ! ইশানৌ ইবুঙো তাইবং নিংথৌ শমথনা পানওমগদবা, অতিওঙা য়াইবীরেন সিদবাগা ইমা লৈপুনবীগা অনিমক, লাংওন খরা শাম্নকরগা ইমা লৈসিরেল্লা নিংশিংলত্তুনা কংলৈপুঙ মাইয়োন হায়বা লৈবাক অসিবু শেমগত্তুনা চীঙুলাইগী খুতম থমদুনা তাইবং শমথনা পাম্নবা মরমবু শেমলম্বা য়াগজ্রা হায়না মফম অসিদা লেপ্তুনা লম, মাইকৈ মরি শুংদাই মরি-শিনবা থুংনা কোয়না য়েংঙি হায়দুনা মফম অসিবু 'অকোয়পুঙ' মিংহুনখি । মফম অসিদা হু" অতিওঙা য়াইবীলেন সিদবা লৈবনি; নহাক্না হংজনিংবা হংজো "নহাক মাহাক য়াহাক মাহাকী লৈফম্নি ।"

"অকোইপুঙদগী থোরকতুনা হু" অতিওঙা সিদবাগা ইমা লৈপুনবীগা অনিমক্না ফমদুনা লৈবাক অসিদা লৈবা তারে হায়না লেপ্পদুনা লেংলিপাম্লিবা অচৎ - চত্তা পুম্বনা থংহৌনবা হায়দুনা থোক্তুনা মাইকৈ ওাকপা লাই-পাখং নিপানগা উমদুনা খুম্মোকপা হৌই হায়দুনা মফম অসিবু 'খুম্মোকথাইপুঙ' মিংহুনখি । মফম অসিদা নিংথৌ নংবা

তৌগদবা থবক পুম্বা লেপ্পগনি, থৌরম পুম্বা শিনগনি । ”

“ লাই মুপা মুপী পুয়ম্‌ক্লা তাপ্পত্থনা হু অতিওঙা য়াইবীরেন সিদবা অমদি লৈসিরেন লৈপুনবী অনিগী লৈনবা হায়ত্থনা ‘ সঙ্গাই য়ুম্ফম ” শেমখিয়ে । মফম অসিদা নিংথৌ ওইবা নংনা লৈনবা লৈফম শেম – শাগদবনি । ( কংলা শেম্বা লাইগী হকচাংনি । ) ”

“ লাই মুপা মুপী তিয়ত্থনা নিংথৌ লৈমরেন হাপ্পবা কোইরৌ নোংমা চুপ্পা বা তাম্নত্থনা থম্লে ; নোংমা চুপ্পা থম্ম-নৈনরবা তুংদা হু অতিওঙা য়াইবীরেন সিদবাগা লৈসিরেন লৈপুনবীগা অনিবু নিংথৌ - লৈমরেন হাপখিবা মফম্মি হায়ত্থনা মফমসি ‘ নোংলেনপুঙ —— মুংশিংপুঙ ’ হায়না খংনখি । নিংথৌ ওইবা নংনা করিগুম্বদা থৌরম অকনবা অমা তৌবা তায়রবদি, মফম অসিদা অহৈ অশিংগা লোয়ম্না থম্মত্থনা থৌরম অতু লেপ্পজৌ নপুক নপুক খোংবা হৌররোই ; লৈবাক মরা তপ্পা পানঙমজনিংলবদি পুক্ম চকখা লৈফাজৌ ; মফমসিদা লৈবা ‘ নোংলেন চীংমু মাহাক্নি । ”

“ মফম অসিনা ‘ ঈশিংপুঙ — — মৈ ঈশিং শুরুং ’ কৌই । কংলা শেম্বা লাইগী মমাতোম্নি ; মফম অসিদা মৈ ঈশিং পুবা মুমিং থোকই ; থোরকইবা মুংশিং অতু মতম খায়না অচিকপা, অইংবা অশাবা শ্বরগী মতৌঙম্না হোন্দোক হোঙ্গিন শাম্নত্থনা লৈ । নিংথৌ লৈমরেন অনিগী ফম্বাল তোংফম্মি । মফম অসিদা ফমজিবা, ফম্বাল তোংজিবা নিংথৌদি নিংথৌ কৌদে । লৈবাক ঙাকপা কৌদে পুম্নি নোংদম চাং তম্নকপ ওইবনা ‘ মেন শ্বর য়াংবী” হায়নম্ম কৌই । নিংথৌ লৈমরেন অনিগী ফম্বাল মিংত্থন মফম অসিদা থোনগনি । মফমসি ‘খোংসং শুরুং’ হায়নমু কৌই

"সিদবা উপাল—মিতমপুঙ" মকম অসিদা হু অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবনা লেপ্তুনা লৈবাক অসিগী লাইঙিংগী খুবম শেম্বা লাংওন, মতিক মঙম কয়া পুথোক্লবগী পুক্লিং ফানা রাখল তৌতুনা লৈবা মফম্নি। ইচিন-ইনাও ঐথোয় অনীবু পুথোকখিবা মফম্নি।

" 'থাপুঙ' অতিঙঙা য়াইবীরেন সিমবানা নয়াম্বা ঐহাকপু পুথোকখিবা মফম্নি।"

'হুম্নিংপুঙ' অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবনা মখোয়খোদা য়েংথবদা ইশানৌ নংনা কোয়াং চৈঙ তাবগুম মালেমথক্তা তাক্লনা অতিঙঙা সিদবগী মখোং থম্বাল পায়না লৈখিবা মফম্নি।

'কোকপুঙ' কুক্রমচীংগী উরাংনি; মেরুবদি 'উং চিং রিং' থেংগ্রুম উরাং কৌবনি। (লাংবাচক্তা ভাক্রমভিনা নোংলুম কোনবদা কোকত্রে (তাইবং মশক ওইবা গুমখিত্রবদা) লৈকক লৈয়ারেম্বীনা অমুক কোন্দুনা চাংদম য়েংতি হাযবা মকমছুনি।)

'লাংপুঙ' ইশানৌ নহাক্লা লাংওন ফয়েন লুচিং তান্নবা, পান্নবা মফম্নি। কুক্রমচীং খুবমগী মউ উরাং হৌরক্নি, মেরুবানা 'উং রিং' কৌবনি; (লাংবাচক্তা লাঙ্গোলচীং হায়না কুক্রমচীংবু কৌনরগনি।)

'হুংশিংপুঙ' থাংহিং ভাংতোই চীংগী মউ উরাংনি; মেরুবানা 'ওঁ হিং স সং হিং' হায়না নাওথেম নাওশুম্বনি।

'ঈশিংপুঙ' তুরেন তোরৈ খোংলম পুহুগী মরুনি; ভাপ্রুম চীংজেগী মউ লেনফু উরাংনি; মেরুবানা 'ওঁ নোং হোং' কৌবনি।

'ফমতোংফম' কৌবদি 'কুচু' বুনে থংও । কংলৈপুণ্ড মাইয়েন শেম্বা লাইগী মচী চীরক্লী। মফম্ অসিদা ব্রায়েনশং শাগনি । লৈবাক্কী অসাই - অসম্না ব্রায়েন থৌণ্ডকত্রবা মতমদা, নিথৌ ন'না শংলেন-ময়াইদা ফম্বাল লাংয়ে হায়রগা অসাই অসম্না থৌগল ফম্বাল্লাংনা নিংথৌ নংগী য়েং ওইদা থৌগল্লগা নিথৌ নংনা ব্রায়েন নোংদমগনি ।

'ইপুণ্ড' ইরম থোংলম পুম্বগী মউ উরাংনি । লংবাচক্কী চৈকোক, হরিচক্কী পন্দোমদা মিংচুনবা 'হিয়াং থাং' চীংগী মউ লেনফুনি ; মেরুবনা 'ওঁ হুঁং য়োং রাং' – 'ওঁ দ্রীং য়োং হৌং হায়না নাওশম নাওথেমগনি ।

'খাবাপুণ্ড' লাইকোক্লুং ( খাকপা ) খুভমগা মউ উরাং অমতানি । ( লাংবা চক্কা মিংচুনবা 'কারোক ফম্বা খোং' গম্নু মউ উরাং অমতা ওইবনি । )

'হৈয়েংপুণ্ড' – মতিক মণ্ডম হৈওম শিংওমবা লৈপাক চাং য়েংকন্নি । ( লাংবাচক্কা মিংচুমবা "হৈপোকচীং লাথবাল ফয়েন" গা অমতনি । )

'চাংয়েংপুণ্ড' – লাইগী নোংদম চাংয়েংফন্নি । মফম অসিদা ইশানৌ মংনা চাক ওয়নচুম্বা লৈবদা, মংবা হায়বা অমত খুম্বা তৌদনা ওম-থোইনা লৈচুনা ফমলেল্লচিং তানকংনবা লম্বীবু তাকওম্বীনবা লৈখিবা মফম অমুদি ইমানা নংগী বাখলবু খংচুনা নিংজবা থুংনবা পাওতাকখিবা মফন্নি । মফম অসিগা 'তাংপাৎ – লাই অচুম তিচুক পুণ্ড' গা অমতা ওইওমগ্রবনি। স্না তাঙ্গা লুপা তাঙ্গা থাচুনা মোনখাংচেংনা মু কৌচুনা পুরুম থৌনিফন্নি।

'ক্রী' গ্রো' ' না গুংদাই মেরুবনি ।

'সিদবা পুণ্ড' — ইশানৌ নংজোন্দা পাথংবা মিংহন্দুনা নিংথৌ খুভম শিংরয়গা হু অতিগুণ্ডা য়াইবীলেন সিদবানা খুপথিবা মফম্নি ।

'লাংলেন লাংগুন তরেংকী সিন্না পুণ্ড' — মফম অসিদা ইমা লৈমরেম্বীনা মাহাক্কুগী থৌভম থৌয়াংবী, মপোক তরেংলক পোক্কুনা, ময়ুম খুম্লিংগদবা অমা পুথোক্কনা নোংপোক অণ্ডাইবদা থনম্নগা ইমানা, অতিগুণ্ডা য়াইবীলেন সিদবা' তুং-ইন্না খুপথিবা মফম্নি ।

'গুমদাই পুণ্ড'—মফম অসিদগী ঐহাক্না তাইবংপান পুম্বা তরেংলক কোয়বা থৌবা — লোইশিনবা অরোইবা মফম্নি। মফম অসিদা কুমগী লাকয়েন গুমদাই লাংদাই থৌনিফম ওইনৌও। ( লাংবা চক্তা মফমসে "লমদাই পুণ্ড' কৌবগনিয়ে ।)

'গুসিপুণ্ড" —মফম অসিদা নম্বাম্বা ঐহাক্না লেপ্পুনা স্না ফম্বাল তাংবন তম্না য়েংবদা, ইশানৌ নহাক্না তাংবন থক্তা ফম্বা অচু উবা, হু অতিগুণ্ডা সিদবানা পোংলোই সম্পংকা লোয়ননা ইশানৌ ইনাওদা নিংথৌ খুভম শিংরয়ই হায়বদি খংদবনা, নম্বাম্বা ঐম্না ইনাওবু তাথিবা ওইগুমথি । অগাং মতিক মপা চাদনা অতিগুণ্ডা য়াইবীলেন সিদবাগী তাংবন থক্তা ফম্বাদ, মচোংপাক নাইদবা লমচংপু হৌগুয়ে; কোরৌ অতুদা স্না কেংশ্রন্ত থোকপা মাংহনখ্রগে হায়না নম্বাম্বা ঐহাক্না পুক্তা খন্দুনা, ঐহাক্না অশাওবা মিংয়েং উবদা নানা তাংবন থক্তগী কুমথন্নুনা চেনগে থৌরাংবদা লাইয়েম্মা নিপাজনা খুংশন্নুনা নংবু কোইশিন্দুনা মথোয় নিপালনা নংবু কনগনি হায়রুনা লিরোন

কংলৈ কংলা খুম্বোক খুনশেম পুয়া ।

( ৬২ )

ঈশৈ — 'কে কে কে্ক কে্ক ......' না শৈহৌত্নবা শকপা তাবদা মফমত্তুদা লৈরমদনা, থাংহিংচীং পাংনা চোংখিবা মকম্লি । লাংঙন শক্তি পুথোক্তনা তাইবংপান অসি মথক মথা ওন্দুনা মাংহন্নবা থোরাং তৌঙমখিবত্তু মফম অসিদগী হৌখি । মফম অসিগী মউ উন্নাংনা 'ঙমদাইপুঙ' দা লৈবনি; মেক্লবা ঙমদাইবদি 'পপ্ পপ্ হু হুপ্' হায়না হৌদোক্তনা 'ম্রে ম্রে' হায়না তাইঙমজৌ ।

'কোম্ল য়াইম্বুঙ' — ঐহাক্না শাওবা ষনবনি হায়ত্নুনা ইশানৌনা খোং মামা থাংগৎনা মিং পাংমা ( মামা) উইশন্না ঐবু নংনা নাংথেম্বা মকম্লি। ঐহাক্না মম্নাক্রবদা ইশানৌ নহাক্না হু অতিওঙা য়াইবীলেন শিদবাবু কৌবত্নু মফম অসিদা কৌখিবনি । মফম অসি 'খুড়াই কাংবা সোংবু চিন্নাই তাংবা' হায়না মিংছল্লি ।

'খোকনা পুঙ' — হু অতিওঙা য়াইবীরেন শিদবানা চোংথোক্লক্তনা লৈবাক নিংথৌবু করবা তৌঙমখিবা মকম্লি; অনিমক্না মেরু ঙঃদাইনা 'সং শ্রী হী তোং লৈপা, মী হী তেংনা নিক্ তে তে' হায়না ঙমদাইম্ন ।

'উত্র শামাং' — তাহনা লৈষা মতুপ হুরেং অহু উষদা হু অতিওঙা য়াইবীরেন শিদবানা হুংঙাইত্রহুনা তাইবং মশক পুথোক্লবা তাকঙমখিবা মফম্লি ।

'মিতমপুঙ' — হু অতিঙঙা য়াইবীরেন সিদবাঙ্গী স্না হকচাং মঙাল্লা মালেম থক্তা ভাবা মশক তম্না তাইবং মশক শাগে হায়না ইপুক্তা লেপখিবা মকম অহল্লি ।

'মসেমপুঙ' — মিতমপুঙদা লেপখিবা মিতম - শক্তম মতুংইন্না তাইবং মশক শানবা মতুগ তরেং পুশিন্দুনা তাইবং মশক তরেং শাখিবা মফম্নি ।

'মীরেপপুঙ' — তাইবং মশক্কি হায়না শেম শাবা লোয়ন্দুনা অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবাগী স্না মাংদা পুশিন্দুনা তাইবং মশক হায়বদু মশক অদুনা ওইবা য়ারগর্দা হায়না নম্নাম্বা ঐহাক্না অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবাবু স্না মিংয়েং তাহন্দুনা হংজবদা হু অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবানা মশক অদুমক্কি হায়না লেপখিবা মফম্নি ।

'অঙো অঙা শুরুং সুংশিং পোকফম' — মকক মতুপ তরেংনা শাবা তাইবং মশক ওয়েংনা, তিংলি য়াংলিঙ্গ, হাকম চঙ্গে, হাকথি থন্দে অঙো অঙা পান্দে হায়দুনা, মফম অসিদা পুশিন্দুনা, অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবানা মথৌ মঙম মঙা পুথোক্লুনা তাইবং মশক পুম্বগী লৌরাই লেম্ফুদা খুদোম্বীগী খুজিন্না য়াংলগা খুংনিংথোগী খুংতোন্না নমন্দুনা তাইবং মশক পুম্বাগী মফম খুদিং শিনবা থুংনবা স্না ফম্বাল্লাংদুনা তাইবং অঙো অঙা পানখিবা মফম্নি । মেরু তাইনবনা 'পংবা সেনবা মতাও ভৌবরেন স্না হিংবা' কৌরন্নি; 'ক্লী স্না হুয়ে' না পুক্কম লৈতাইনগনি । মফম অসি সুংশিং পোকফম হৌফম হায়বা, লৈবাক অসিগী মেরু চুকলেন অহুমগী মফম্নি ।

'মুংশিং পুবা শুরুংখোং — ইঙনাগী মরি' মফম অসিদগী থোরকপা মৈরীনা 'মুংশিংলমদগী' থোরকপা মুংশিংকা পুম্না থোকওয়ুরুবদি নিংথৌ প্রজা, অসাই অসম পুম্বা মৈশা লাওনিয়ে; মতুবু কংলৈ মৈরী পাইবা হায়না খংনরনি ।

'অম্মিংবা ঈশিং পুবা শর লম শুরুং' — শিঙলাগী মশক্তি । মফম অসিদা মৈগুম্বা অশাবা মুংশিং শিংলবদি অসি - অনা নংই । ইরম থোংলম মথুম মরাং হৌবনি । নিংথৌ মবুক শাওই; লৈবাক লাংই । অওম্বা প্রজা রায়েন চুম্নরোই । মাইকৈ মরি শুংদাই মরি তুনা মশা মরেং তাগনি কত্তে ।

'মহাদেবপুঙ' — কংলা মমুং চংলমগী মৈরম পাংনা লৈওমই; হয়াচক্তা লাংওন তৌবা নিংথৌ মবুক্তিবগী মচানিপা অহন সৌবোন লাইরেম্বীগী মফমদা চীংঙু ইঙৌবা নোংপোক নিংথৌনা লাইথুং থুংবা অনাবা শাহুনা সৌবোন লাইরেম্বীবু চাং য়েংবা লাকই । ইবেম্মা অনিগী মীয়োক মীচান কবা, অখোনু- অনাগী মফমদা থৌজান হৈবা, লৈত - লাইর মশক খংনা লুনা তৌবা, হৈশিংবী, শেবা হৈওম্বী, থৌজান হৈবী ইবেম্মা অনিগী লমচৎ শাজৎ রাওাং - শাওাং চাং য়েংখি । লাইথুং থুংবা, অনাবা শাহুনা লাকপা চীংঙু ইঙৌবা নোংপোক নিংথৌবু হুজোইব তুকচবা লৈতনা ইবেম্মা সৌবোন লাইরেম্বীনা থমতুনা সেবা তৌখিবা মফম্নি ।

'খুপপুঙ শরুং' সুযুমনাগী মশক্তি; লাইফম পুম্বগী তুংনকম্নি । মফম অসিদা নোংথৌ তুবি ম্যাথোক্লবা

কংলৈ কংলা খুম্হোক খুনশেম পুম্বা ।



মপাসিদা লৈচিঙ্গা শাংথ লেমথ থারব', মশক মঙান শাম্বা লোমপ্লবা, মফম অসিবু তিঙ্গূক ওইনা মোংখৌ-পাংবদা লৈচিন লৈরবদি ( লাংওন লৈচিন লৈঙম্লবদি ) লৈরাক কায়ঙরগনি। মতিক মঙান নায়বা অমং থরৈ কুমগনি। লৈবাক ফাবা বারনি। লৈবাকী থৌখোক অবনবা, মফম অসিদা তাইঙমগনি। মফম অসি অচিক অশা "খোংসঃ শুরুংগী" মরু উরাং লেনফুনি। ঙসদাই মেরুবা কুমজা থাজা কাংফদবনি।

'পামেন গুলামজাং মখোং' — মঙাং পুঙনি।

'পামেন থমং মখোং' — লুবাং পুঙনি।

'লৈরাং পামেন শংগুরৈ ( সংত্রৈ ) মখোং' — খুমন পুঙনি "

"ছ" অতিঙঙা য়াইখীরেন সিদরানা তাকওন্মী 'পারি অসিবা নংদি মঙাং, লুবাং খুমন মশক অহুম্মক্কা তিন্দুনা, ইপানা থোকঙমহনপ্রবনি; ইপানা তোংবা খাবা অসি ওসিদগী নহাক তোংজগ্রো।' মঙাং, লুবাং, খুমন অহুমগী মশক অহু পুখোক্কনা, ইপানা মফম নাইনা তাক্কনা থম্বা, মোংবাচীংগী পামেন হৈহোং মখাদা, ইপানা চিক্লা তাকপীরম্বা মশক অহুমগী খুপখিবা মফম অহু অসিনি "

'ওকনাপুঙ' — ইশানৌ নংনা, তাইবং লৈশেম খুন্দা অহানবু পমজুনা পুখ্রগা তিলুক ওইনা থমখিবা মফম্নি।

'ওইদবাপুঙ' — ইশানৌ নহাকনা, তিঙ্গূক ওইনা ফম্বাল্লাংজুনা লৈবা অহুবু কৌশিনগে হায়না ঐবা

লাকপদা , ইশানৌনা চংঙমপ্রে ( চেম্লনখে ) ইচিন ইনাও উন্নবা ফংদ্রে । মফম অসিদা লেপ্তুনা ঐহক্রা য়েংবদা ইশানৌনা থৌরম অমা শিন্দুনা কোয়ন পুবা অদু ইয়াম্মামা উংদ্রে ; মতুদ ইনাওনা নিংইবা থৌরম অদু থংপ্রসন্থ ; ঐনা নিংঙম্বা থৌরম্বা পুংবা ভগদবা ওইরসন্থ ; ওইদবা , ওইরোইদবা থবক্কী মরমদা পুক্নিং খাখল চংউবকী কারনে ; ঐনা নিংঙম্বা থবক খাখল অদু মফম অসি য়ৌবদা ওইদবা অকাইবা ওইখি থংনবা মফমসি ' ওইদবা পুঙ ' হায়রনা থংনহৌরসন্থ । মফম অসিদা চংউবা , ফম্বা , শোকউবা , মশক ( মী মাহাক ) অদুখি মা-মানা নিংইবা অদু থংলবা ওইয়ু , চক মরিমক্তা , হায়ম্রবনি ঐহাক্না — থংজিল্লু ।

ꕥ ' ফালখোং মরি ' — ( ' মংক্লেন ' — ' তোনাম্বা চুক সাম্বৈথাং ' ) চিরা অমদা কোংচিলেম্লা , লৈকিং-লাই বৌনা ফমই । চিরা অমদা লাইনিংথৌ কোনসেংল্লেম্লা , লাইনিং নাইবা কৌনা ফমই ; ভাকপদি কোংটিল্লেম্রে । চিরা অমদা লাইনিংথৌ অপুম্বা বায়েন হায়যদবনা পোকপী সানোই সিংখাতং কৌন ফম্মী ; য়োইভাইবনা ভাকয়ে । চিরা অমদা লাইনিংথৌ সোরালেম্লা , স্নাগী থম্বাকদা ফম্বা ভসিবানা , নোংফুরেন কিং নাইবা কৌনা ফমরে ; অতিওঙা সিদবাগা অপানবগা অনিনা কৌনবা , উম্মং ময়াই , লৈবাক নিংথৌ ভুবাগী মতোন্দা হায়বদি হু অতিওঙা য়াইবীলেন সিদবাগা অসিবাগা অনিনা ফম্বাল লাংবা ময়াং থানা ( লৈবাক নিংথৌ ভুবাগী মতোন্দা ) লৈবাক প্রজা অঙম্বা পুম্বগী মকোক থোংনা নোংলাংলেন অপোকপা কৌনা ফম্মে । মরম অসি মশক মমিং থংবা নিংথৌ ওইবা নংনা স্না ফম্বাল লাংবা মতমদা ফানখোং অসি শেমজুনা কাংখোংবু মশক থংনা ফম্বাল্লাংগনি ফম্বাল মফম খুদিংদা

কংলৈ কংলা খুম্বোক খুনশেম পুয়া ।

( ৬৭ )

ফানখোং পুবা মশক পুম্বনা হৈনা থৌগল ওইনা লৈতেমগ্রবনি খংলবদি নিংথৌ মুংশাংনা পানঊমজবা ওইগনি ।

( লাংবা চক্রা খুয়োইতোম্বা নিংথৌনা অহানবা পোকপা মচানিশীনা চহি অমা শুরকপা মতমদা শিখিবনা মরম ওইদুনা চুকসা মৈ থাবা য়াদদুনা মফম অসিদা, খংদদুনা ফুম্মী । মচাবু মুংশিবদগী থাপ্পা ফুম্মিংদবনা মফমসিদা ফুমখিবনি । মতম খরা লৈরগা মফম অসিদগী তীল মচা য়াম্না থোরকই; থোরকইবা তীল অহু, মচা মুংশিবদগী মচাগী বাখল তৌনা চেকশিন্না হিংনবা য়োকই । তীল অহুনা কাক্রং লং হাইহুনা কাক্রং থোকই । তীল মচুমদগী কুরাক ওইনা থোকখি । মফম অসিদা তোনাম্বা নিংথৌনা শিবদা চুকসা মৈ-থাফম ওই । মাহুদগী 'মংলেন' হায়না খংনবগা লোয়ননা 'তোনাম্বা চকসা মৈথাফম' হায়নসু কায়নখংদা খংনখি । )

'নোংসাবা পুঙ' — মফম অসিদা লাই নো সাবাগী শংলেন শাগনি ।

'লৈসিরেন য়ুমজাও পুঙ' — মফম অসিদা ইমা লৈসিরেন লৈপুনবাগী খুভম শংলেন শাগনি ।

'নোংদোন লাই পাখংবা পুঙ' — মফম অসিদা নিংথৌ ওইবা নহাক্রী শংলেন ফম্বাল শাগনি ।

'লিলাখোং' — খোংলম অসিগী মতুংইন্না নয়াম্বানা নোঙ্গা চংলম লম্বী ওইগদবনি ।

'পুরুমখোং' — পাখংবা নহাক্রা আঙগুবা য়াইবীরেন সিদবাবু খুরুম লৈপাইদুনা নংগী চংলম লম্বী ওইগদবনি ।

'কুরু খোংলম' — হু অতিঙঙ য়াইবীরেন সিদবাগী নোংগা খোংলম্নি । ইঙ্গনা ( ইরা ), শিঙ্গনা, সুম্বুম্নাগী মশাক্তি অহুম্মকসে খংউ ।

'শামুথোক পুঙ' — করি করিগুম্বদা মফম অসিদা শামু অঙৌবগী মশক ওইনা থোকঊমদুনা, কংলৈ শেম্বা

কংলৈ কংলা খুম্হোক খুনশেম পুয়া ।



লাইগী কংলৈ মিংয়েঃ তাঙ্খ্রনি ; মাহু তৌরবদি নিংথৌ , অঙম্বা , ফম্বাল শিল্লরনি । মতমস্থ ঙমদাই লৈতাই ৈহগনি ; ফানখেং মরিবু পুক্রমত্থুনা , তাওরোইনাইপুঙবু ইরাংত্তনা , শক্তিক পুঙদা মাইয়োক য়াত্থুনা চম্বাই-পুঙদা কোম্ভন্দুনা থুমিংপুঙদা য়ুমকোইত্থুনা ঙমদাইজহৌও ।

'রাঙ্গোল পুখ্রি' — মফম অসি রাঙ্গোল পুখ্রি তৌফম্লি ; মফম অসিদা কংলা সেম্বা লাইগী মচি চিরোং অমা থম্বনি ।

'স্না হিথা পুঙ' — মফম অসিদা স্না মচু মান্না হিগী মওং মতৌগুম্না চুমথাং মৈনা কারকপগুম্না চুমথাং খল্লবদি লাংদাই লাকগুম্লে ; অত্থুম্নদি ওইরগা থৌরম থৌওংদি অসিনি হায়বা তাক্লনি ।

'মুংগোইবী পুঙ' — মফম অসিদা কংলা শেম্বা লাইনিংথৌগী মখিং ওইনা লৈবনে ; মফম অসি লৈথাক্কী অরা অনা থৈন - তাইনফম্লি ।

'লুচামপাং - চৌংখৈ পুখ্রী' — মফম অসিদা কংলা শেম্বা লাইনিংথৌগী খায়াং তাফম্লে । ( লাংবাচক্কা অতিঙঙা সিদবনা যন য়োংমাম্বী ওইনা তাওথরকপদা তাওথিংমাং নিংথৌনা লোক্লগা শরু শয়াং পুম্বা মফম অসিদা থম্মী ।)

'মোংবাচীংগী হৈবোং মখা' — মঙাং , লুরাং , খুমন অহুমগী পুঙনে , চুক্রে ; কংলা শেম্বা লাইনিংথৌগী মচি নামা চুকখোং ওইনা লৈ । মঙাং, লুরাং খুমন অহুম্না ফমত্থুনা বা তান্নকয়ে মফমসি মোংবাচিং হৈবোং মখা কৌএ ।

'থুপ্পপুণ্ড' — কৌবা, তরেংবা, সমারেন সিদবা অচুমগী থুপ্প পুণ্ডনে: মেরুবদি হিং রীং সাং নে; পুক্ষ লৈগাইজোও ।

'লাংলোম পাং' — হু অহিঙঙ্গা যাইবীলেন সিদবাগা ইমা লৈসিরেন লৈপুনবীগা অনিনা লৈবাক অসিদা থোংগ্লায়কপা মতমদা, লাংলোন যুমশ্যল শাগ্লচুনা অহানবদা লৈবা উকোন লমলেম্মী । নিংথৌ নিংথৌমা হয়াও কুমৈ লমথোক লময়েংবদি মকম ওসিদা য়েংগনি ॥

'চাক্কা যুকৌ পুণ্ড' — 'চাকসৌ ওাসৌ পুণ্ডসু কৌএ; মকম অসিদা হু অহিঙঙ্গা যাইবীরেম সিদবাগা ইমা লৈমালেন সিদবী অহোং অচাউবীগা লাই মুরা নিপাল লাই পাখং নিপামগা তরানিপামা লৈসিরবা মতমদা, ইমা সিদবীনা লাই পুম্বদা, যাবা থান পাম্বা, চানিং চানিংবা পুম্বা অয়াংপা লৈজনা পুখোক্তনা পীরবা, পীজ পীথরুবা থৌরাংবা মকম্নি । লৈবাক তাংওমবা য়াবক্রুবা মতমদা নিংথৌ নিংথৌ ওইবনা চাক্সি ফীনিরুম্নি । ইমা লৈপুনবী চাকসৌ ওাসৌবীগী মিংচুন মিংথৈনা পুনেমজোও । (লাংবা চক্তা লাইমানা উমং লাইশিং কাংজৈ শায়বা লোইবা হুমিত্তা যুথক খুনবা মতমদা (যুথক অমা তাবা মতমদা।) অমৈ চাক্স যুয়কৌর মরম্নি ।)

'লাংলোন' — নিংথৌ-সা কৈথেন ফম-ফম্মি; মকম অসিবু সা কৈথেন 'রাইথু-সো-পৌরোন পুণ্ড' কৌই । কৈথেন মবুক ইরাং ত্তৌরক্রুবদি মথুম মরাং হৌরক্রুবদি কৈথেন পৌরোনপুণ্ডদা পুক্ষ লৈগাইচুনা

কংলৈ কংলা খুঙ্গোক খুনশেম পুয়া ।

( ৭০ )

তাইওম্নগা লাংলোন তরেৎকী হায়বদি কৈথেন লুকমাই তরেৎকি কবোক, অথুম অহাও, স্না, লুপা, কোরি, পিথ্রাই, সেন, য়োং, কোংঙৌ মশক তরেৎনা চকফা নাওশুমগনি । স্না কৈথেল্না ইন্নাং ইপোম্না তৌইরগা লৈবাক ইন্নাং হেৈয়ে, লৈবাকন্নু কাইগল্লি ।

‘স্না কৈথেল্লম্পাল্বা পুঙ’ — ‘খাবা পুঙ’ হায়নসু কৌই। মফম অসিদগী লৌবা লৈপাক্কা, কৈথেন নৌনা শেমগদবা মাইকৈ লমপুবা মফমগী লৈমায়োনগী লৈপাক্কা লৈপাক অনি তিঙ্খ্নুনা, পোৎকম অঙকপা খরা খরা হাপ্তুনা লুকমাই পোৎকম শেমগনি । স্না কৈথেন লুচিংবদি কৈথেন তরাগী মঙ লেমফুনি, মিংলেদি ‘খ্বাং’ কৌই । স্না কৈথেন অসিদি লাংলেন তরেৎকী হায়বদি পোৎকম তরেৎকী লুচিংবী, ইমোইমু অহোং অচাউবী চাকশোৌবী ঙাসৌবী অকোংতংতা অরাই কংদবী স্না খোংনেৎনবী লুপা খোংন্নেৎনবী ইমা লৈপুনবীনা স্না কৈথেল্না ফমজ্নুনা লুকমাই তরেৎ লুচিংজ্নুনা লুকমাই লিশিং লখানা থৌগন ওই; ইমানা কৈথেন কাববু ছু অতিওঙা মাইবীলৈন সিদবানা ‘খাবা’ শাদোং ওইজ্নুনা হৈনা তুং ইন্না ইমাগী নাক্তা স্না কম্বাল্লাংজ্নুনা তিম্মু লাইমু কৎতবা খোংদাবা ঙমদনবা ঙাকশেন্দুনা স্না কৈথেনবু মিৎয়েং তাঙমজ্নুনা লৈঙমগনি । লৈবাক নিংথৌ পানবদি, কৈথেন তরা থমগনি । মাইকৈ পুবা মাপলনি মাইকৈ মরি স্মুংদাই মরি পুখনা অয়নি । মরম অসি য়েংনা নিংথৌ নংনা লৈবাক শংদাই পুম্ব, অথং অহৈ মশক থংনা শংলেন চাংদম মঙাবু শিন্নজ্নুনা থমগনি ।

কংলৈ কংলা খুম্হোক খুনশেম পুন্না ।



'লুৱাং নোংফম শং' — মফম অসিদা কংলা শেম্বা লাইয়িংথৌগী ময়া য়ারেন ১০৮ থমই । মফম অসিদা নিংথৌ নংগী খুৎশু খুৎলাই থম্নফম শেমউ ।

'নোংখাকপাপুঙ' — কংলা শেম্বা লাইগী মচি অমা থমই । ( লাংবাচক্তা মফম অসিদা য়ুম অমা শাত্লুনা নিংথৌ খাগেম্বানা মবুদ্ধো পাখংবদা কৎনবা থৌরাংবদা য়ুমগী য়াং লৈবদা য়ুমশাবা অতু ওম্বনা শিখি; মাত্তুনা মরম ওইদুনা য়ুম অতু লাইদা কৎপা য়াক্রে হায়দুনা বেহুন খোংহুনা মী-কৌ-শং ওইনা থমই । মফম অতু নিংথৌ খাগেম্বানা মমৈথংদা থৈহুনা 'তোপ গারোং' হায়না শংলেন অমা শাত্তুনা হোংগুমখি । )

'শোরোক থোং' — মফম অশিদা কংলা শেম্বা লাইয়িংথৌগী নাকোং ওইথংবা তাকম্মি । ( লাংবা-চক্তা চয়াই রোংবা নিংথৌগী পোকফম 'ফুজ্জু' শংগী মরাদা লৈবা থোংনি হায়দুনা 'চিরাই থোং' কৌই । )

'নুপী নোংফম' — কংলা শেম্বা লাইয়িংথৌগী য়েং থংবা নাকোং তাকম্মি ।

'লানশং' — শংলেন মফম্মি । মফম অসিদা কংলা শেম্বা লাইয়িংথৌগী মচি অমা থমই ।

'কাংপোকপী থোং' — মফম অসিদা কংলা শেম্বা লাইয়িংথৌ মরৈ লৈতোন থমই ।

( লাংবা চক্তা চীংথংখোম্বা নিংথৌগী হাকথক্রা লটকুতি মনাদা স্নামহিগী মহিরেন কোক্তোন ফংই । )

'লাই শিংজং লৌনপুঙ' — মফম অসিদা কংলা শেম্বা লাইয়িংথৌগী মচি অমবু ( চিরোংলেন ঙাং ঙাং ) হুঁ

কংলৈ কংলা খুম্হোক খুনশেম পুয়া ।



অতিগুগ্তা য়াইবীলেন সিদবানা খুংগু খুংলাই ওইনহুনা লোক্নুনা থমই ।

চিংখৈরোন পুও ' — মফম অসিদা ইমা লৈসিরেন লৈপুনবীনা খোমলাং শুমথহুনা থমখি । মফম অসিদা পুথ্রি অমা তৌহুনা থমজৌ। পুখ্রি অহুদা খোকপা লাইজ ঈশিংদি শঙ্গোম অনৌবা মানবনি। করি করিগুম্বা মতমদা ইমানা খোমলাং পীনরগনি ।"

লাইয়িংথৌ অশিবানা পাখংবা নিংথৌগী মফমদা সংদামিংহল্লবা চীংগু, খুবম অপুম্বগা লোয়ননা, হুংদা মিংহুন তম্নগদবা মউলিংহুনা থমখিবা লাই খুবম পুম্বা মনাওগী মফমদা লোয়না তাকপীবা লোয়রবদা পাখংবা নিংথৌনা কংলৈপুগু মাইয়োন স্না সঙ্গাইদা হল্লক্নুনা ময়াম্বাগী ময়াথং ইন্না শেমহুনা য়াইবী ম্মাওম্মা হুংওাইনা পাল্লে। ইবেম্মা স্নাখোংনাং লৈমানা লাই অহুম্মা থ্পকদবগী বা তাননবা মরমবু উরহুনা তাজ লুম্না স্বাথল তৌহুনা লৈগুম্নরগা মাহাক্তগী মশক ওইরিবী হৈশিংবী থৌন্নাংহৈবী বায়েন কান্না বা কাওবী হুয়েন লাংজেং কবী লাই-রেম্বী অমা পুথোক্নুনা কোল্লোয় মিংহুন "লৈফুরেন চম্ম লাইরেম্মা থিংবাওম্বী" তমহুনা অন্নাং খেংগ্রুং পানক-বগী মফমদা পুরক্নুনা কংলৈপুগু মাইয়োম্দা পানকরবা নিংথৌগী মফমদা পীমু হায়না তাকগুমহুনা খুংশিন্নিনা শিন্ন-হুনা থনম্নগা কংলৈদা হল্লক্নুনা লাই অহুমগা বা তান্নবা য়াউরৈ ।

ময়াম্বনা তাকপিবা মতুংইন্না পাখংবা নিংথৌনা 'চীংখৈ খোমইন পুখ্রি' তৌই । মনাও ইবেম্মা স্না খোংন লৈমানা কুম ০ ০ রকবা মতমদা অওাং উননবা য়ম অমা শাহুনা থয়ে । অঙ্গো অঙ্গা পান্দ্রিবা, বা

ঙাংঙ্গিবা অঙাংনা মমাগী সিয়োম মম্মুংদা লৈরিঙৈদা, অঙাংনা তাইবংলেন্দা থোকঙম্বা হায়বগীদমক শাবা য়ুম্বি হায়দুনা য়া ঙাংবা থোকত্রিবা অঙাংগী 'পোক্নশং' 'চাবোকশং' 'য়াঙ্গোনশং' কৌরে । লৈমারেন য়াখোংনাং লৈমানা য়াঙ্গোনশংলেন্দা শংগুমলে । পাখংবাগী নোংদমদগী লৈমরেন স্না খোংনাং লৈমা মমিং মমাই পাংলে, অঙাং উন্নরে, নিপা অমা পোক্লে ।

অঙাংগী মতৌ উবদা চৌঙ্লাইয়াম্না ঙক্নরে, হরাওরে; নোংমা নোংমগী চাওখংলকপনা মশক লাকঙমলক্লে । চহি মঙা শুরকপা মতমদা, অঙাংগী মতৌ মওং উবদা হু অতিঙঙা য়াইবীরেন সিদবানা হায়, 'পারি নচিন ননাও অনিমক, নহুং নরেং শিন্দীনবা লাকঙম্নবনিনা, লৈবাক ফংনবা থৌরাং অহু তোকঙয়ো, নহুং নরেং শিন্নবা লাকইবা নরাগী য়াইফনবা অমুক তাকঙম্নবা তৌঙম্বীয়ো ।'

হু য়াইবীরেন সিদবানা তাকঙম্বীবা ময়াথং ইন্না অঙাং নরাগী মফমদা কংলৈপুঙ ময়োক্না তৌগদবা লম্বী পুম্বা তাকঙম্নগা লাই অহুম্না অঙাংগী মমিং 'পাধ্রংবা' 'লুমচি উমহুক' মিংহুন্দুনা, মতিক মঙম মথৌনা, তৌবা ঙমদবা তৈতবা, পীনদুনা য়াইবীলেন সিদবাগী স্না খুৎশু থাং 'পিংত-থাং-কুপফেং সেং মীয়াং থাং' কৌবা থাংলেন অমা নিংথৌগী পোংলোয় শম্পদনচিংবগা লোয়ননা কংলৈপুঙ ময়োন লৈবাক শিন্নরে । অঙাং অহুনা লৈবাক য়ায়েন থৌদা ঙমজরক্নবা মতমদা, পোংখুন্তি তাইবংপান্দগী নোংথৌ পাংবদা খোংগাখিদুনা য়োই মায়াই

কংলৈ কংলা খুম্মোক খুনশেম পুয়া ।

( ৭৪ )

মালেম অঙানবগী মরানয়াইদা চংহুনা ছুঁ অতিওঙা য়াইবীলেন সিদবা, ছুঁ নিংথৌ লাইপাংবা পাখংবা অনিমক থপ্রুক্কম লৌখ্রে । ছুঁ লাইয়িংথৌ অসিবানা মথংলেংদা খংহল্লগা লোইতাম থাজ তাওরোইনাইগী মরানয়াইতারা লাক্কুনা থপ্রুক্কম ওইখ্রে ।

পাপ্পুংবা নিংথৌনা পাপ্পকলবদা তাইবং খুন্দা অহানবা ঔবাং হুপ্পা লাইনা, লাইরেম্মা থিংবা ওথাবু কংলহুনা লৈবাক্কী লৈমরেন হাপ্পুনা মুংঙাই য়াইফনা পাল্লে । পাপ্পুংবা নিংথৌগী নোংদমদগী লৈমরেন থিংবা ওথী রাজো-নখং ( থানকম ) কুমহুনা মচা ইবুঙেঙা অমা উমথি । মচা ইবুঙেঙা অহু মিংহুন 'স্ন। কংলৈখোম মুহি পাখংবা" কোল্লোয় তমথি । স্ন। কংলৈখোম মুহি পাখংবানা চাওরক্লবা মতমদা মপা ইবুঙেঙা পাপ্পুংবানা মচাদা কংলৈ লৈবাক শিন্নরমই ।

---

কংলা পাফল অরিবা ॥

( মকম তাকপা সুপচিনবা )

ছুঁ কংলা পাফল অরিবা, তুবি মথেক্লা লৈরোংশানা লৈবাক ভাক্কুমা চাঁংওবা খুডম থমলিবা রায়েন হাল্লৈ তাকহৈদবা রাবু ইজগে, নখোং থম্বাল লৈঙাং লৈকান তমজবদা পুক্কম লৈপাইনজবা । ছুঁলৌ য়াইবীলেন সিদবা, তোংবানবা মপু কংলা চংলমদি, কংলা শেম্বা লাইগী থবক্কি ; খোং থাকম্মা থবাকী লু হুমদাং য়ানকম য়াংলি ; য়াহিপুরবনা নোংচুপ নোংপাক্কি : খোংথাকম্মা কংলৈ ময়াইনি ।

কংলৈ কংলা খুম্বোক খুম্নশেম পুম্বা ।



অহাং পাংবদা :- ১। অকোইপুণ্ড ২। নোংলেনপুণ্ড (লাংবা চক্তা নোংলেন শংখাফম) ৩। ঈপুণ্ড ৪। নোংশিংপুণ্ড ৫। ঈশিংপুণ্ড ৬। মিতমপুণ্ড ।

মথা পাংবদা :- ৭। সিদবাপুণ্ড ৮। শক্তিকপুণ্ড ( লাংবাচক্তা মবুদ্ধো পাখংবানা ম্মাগী শক্তি ওইনা হাখোক্লুনা কংলৈপুণ্ড মাইয়োনগী খুত্তম য়েংলবদা নিংথৌ চরাইরোংবনা চৈবিতেমথোংখিবা মফম্নি ।)

৯। খাবপুণ্ড :- ( লাইয়িংথৌনা অমুক হন্না নোংথোদগী থোকঙম্নবদা মালেমদা খোংদাবা মফম্নি ।)

১০। তাণ্ডরে ইনাইপুণ্ড :- ( হয়াচক খুন চক চক অমিগী লাকএন্দা মোইরাং লাইহাংঙম্বনা লাইনিংবা থুগাইবদা মেন্দেচাংদা থারকপা তাণ্ডরোইনাই তরেং, হু অসিবা লাইনিংথৌগী শাদোং খাবা তাণ্ডরে ইনাইগী লৈনফম পুখোকখিবা মফম্নি ।)

১১। স্নাপুণ্ড :- ( পাখংবা নিংথৌবু শেম্বীগে হায়না লাইশিদবানা থোক্লক্তুনা লাকপদা লাই সিদবাবু 'স্না মহিরেন' মিংচুন তমহনা লেংদবা মশক অম্না ওইনা লৈবীনবা হায়জহুনা থেম - নৌনা পুক্লম্না হায়জখিবা মফম্নি ।)

১২। মিরেপপুণ্ড ১৩। লুপুণ্ড:- ( মখাথংবা গুরুপুণ্ডগী মথা থংবা — লৈমা নিংথৌনা লুহোংবা মতমদা মফমসিদা চংহুনা ফমগনি । কংলা শেম্বা লাইগী সেলনি ।)

১৪। লাংপুণ্ড ১৫। কোকপুণ্ড :- ( লাংবাচক্তা ইবেম্মা ভানুমতিনা নোংসুম পুরকতনা লৈসিরেন লৈপুবীদা মতম খরা কোনবীয়ু হায়না শিন্নখিবা মফম্নি ।)

কংলৈ কংলা খুম্হোক খুনশেম পুয়া ।



১৬। সৌপুণ্ড :- ( হয়াচক্তা লাংওন তেংবানবা মবুদ্ধিবা নিংথৌগী মচা মুপী সৌবোন লাইরেম্বীনা হন্নবা লাইথংগী থংবা শান্নুনা সৌবোন লাইবেম্বীবু চাং য়েংবা লাকপা ইঙৌবা নোংপোক নিংথৌগী মরসা থাও মচাদা চাক থন্না হানবদা থনবা লৈখিত্রবা কোরেক তুম্বা খূবীমুক চাওবা থন্নবা ঈশিং হৈৎদা থলহনবা ওমত্রবদা সৌ-বোন লাইরেম্বীনা মথন্নাই রাখিবা মফম্নি । )

১৭। মসেমপুণ্ড :- মিতম পুণ্ডা নেপথিবা মিতম - শক্তম মতুংইন্না শানবা মতুপ তরেং পুশিনখিবা মফমনি )

১৮। হয়েংপুণ্ড :- ( চীংগু অপানবা নোংপোক নিংথৌবু সৌবোন লাইরেম্বীনা চাং য়েংখিবা মফম্নি । থাই মুংজেং পিবানা মাগী মথুংনা শাবা লিরুং তেন শুবা অহু মখুং কয়ামুক চুম্মি চুমদে চাং য়েংখিবা মফম্নি । )

১৯। ওসিপুণ্ড :- লুপুণ্ডগী মথক ।

২০। মুশিংপুণ্ড :- ( হয়াচক্তা নিংথৌ মবুদ্ধিবাগী মচাইবেম্মা স্না থোংনাং লৈমানা মপাগী লোককোম্দা থাক্লে সৌ-য়ানবদা মুশিংনা মশক লাংওন তৌদুনা পাওরৌ তান্নবদগী শক্তি অহুবু মিংলেন তরেং মিংচুম্দুনা লৌন লৈনখি । )

২১। ইঙৌবাপুণ্ড ( মহাদেবপুণ্ড ) :- কংলা চৎলমগী মৈরম পাংবদনে। ( হয়াচক্তা মবুদ্ধিবা নিংথৌগী মচানুপী অহন সৌবোন লাইরেম্বীগী মফমদা চীংগু ইঙৌবানা লাইথংগী থংবা অনাবা শাত্নুনা লাকই । ইবেম্মাগী মীয়োক মীচান হৈবী, রাঙাং লমচৎ য়েংথি । মতম অহুদা সৌবোন লাইরেম্বীনা মফম অসিদা ইঙৌবা অপানবাবু

থমজুনা লাইথুং কোকনবা থৌরাং সেবা নিংথৌনা তৌতুনা লাইথুং কোকহনখি । চৈংঙু ইভৌবাগী মাগে হায়না নাশিন্নবা লাইনা অদু ফহন্দুনা নাবা ভমহিদবা, তিনকোক লাইকোকহনখিবা মফম্নি ।)

২২। অঙ্গো - অঙ্গা শুরুং :- কংলা চংলমগী সঙ্গোংপাংনা লৈবনে । 'পোথম পোংলিকম' হুকৌয়ে । 'নোংশিং থোক্ল লম'সু কৌয়ে । তাইরং মমক তেরংকী তিংলিয়াংলি, হাকামপুঙ থরাই হাংফম পুঙনি ।

২৩। খোংসংবা শুরুং :- কংলা চংলমগী নোংচুপ পাংনা লৈঙমই ।

২৪। তাংলোই শুরুং :- 'মেন ফম্বান থোঙ'সু কৌই । কংলা শেম্বা লাইগী মনাতোন তাকম্নি । মৈ, ঈশিং মুংশিংকী মরম অহুম পুন্না লৈহুনা অহুন্নক্না পুংলুপ নাইনা পুহুনা অচিক অশা খাইফয়ে ।

২৫। ঈশিং পুবা শ্বর শুরুং :- খোংসংগী অৱাংপাংনা লৈঙমই; পিঙ্গলা শিংলি অনিগী মরক্তা লৈবনি ।

২৬। খুপপুঙ শুরুং :- সুষুম্না শিংলিগী মথক্তি । কংলৈ লৈবাক্তা খুভম পুম্বগী হোকম তুংফম্নি । লাই সোরারেন অহুম্না পাখংবু পুরকতুনা ভানুমতিদা পীরবা মফম্নি । 'মৈপুবা শুরুং হায়নসু কৌই ।

২৭। মুংশিং পুবা শুরুং :- ঈঙ্গলা শিংলিগী মথক্তি । ঈরম পুবা শিংলি শুরুং হায়নসু কৌই । কংলা চংলমগী লাইজিং পাংনা লৈঙমই ।

২৮ ফানথোং চুক মরি :- উয়ুং ময়াই লৈবাক নোংথৌ পুবা কৌই । উসোই ইরাংফম চিরা মরি পুবা কৌই । (লাংবাচক্তা মংলেন) কৌই । মৈদিংঙু খোই তোম্পোক্তী স্না হাক থক্তা তোনাম্বা চেকসা মৈথা পুঙ কৌই । চকসা মৈ থাখিবা মফম্নি ।

২৯। নোদম চাংয়েং পুঙ :-

৩১। চরাই পুঙ ; চরাই মুংফ নমু কৌয়ে।

৩১। খুমন পুঙ :-

৩২। লুবাং পুঙ :-

৩৩। মঙাং পুঙ :- পুঙ অসিনা নোংপোক থংবনি ; চরাই মুংকমদগী অবাং পাংনা , চিং চেং নারন পা[illegible] খোংনেং মুংগী ময়াদা লৈবনি। নোংচুপ নোংপোক পয়েং কাইদনা লৈবনি ।

সঙ্গাইয়ুক্ষম অকোইবদা লৈবা হায়গে :-

---

৩৪। সিদবা উপান পুঙ :- কংলা চংলম খোঙদগী মৈরম পাংনা থরা থেক্লগা লৈবনে ; হু অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবানা লৈবাক অসিবু শেমতুনা নিথৌ পান্নবগী লাংওন মতিক ময়াই পুথোকখিবা মকয়ি । 'সিদবা উপানমু' কৌই । হু অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবানা কম্বাঙাংকয়ি ।

৩৫। থা পুঙ :- সিদবা উপানগী ওইথংবদা লৈবনে ।

৩৬। মুমিপুঙ :- সিদবা উপানগী মথাপাংনা লৈবনে ।

৩৭। য়াইপুঙ ( খুঙ্গোক য়াইপুঙ ) :- মুমিংপুঙগী নোংচুপ পাংনা লৈবনি। (লাংবা চক্লা মৈদিঙঙু যবিষ্ট পাবংবা হাকতঙ্গা অসিবা লাইয়িংথৌ স্না মখিয়েন্না শ্বরনা কান্দদা মকম অসিদগী হিঃ য়াইঃ অমা পোকথোক্লকই ; য়াই অসিগী মরমদগী পানা [illegible] ১) থাঙ ২) খংলাই ৩) বাংনাথৈ ৪) য়াইখুল্লি

হায়না মিংহুন তমখি ।)

৩৮। শোরোক থোঙ :- মফম অসিদা কংলা লাইনী ওইথংবা নাকোং লৈ ; মকুংদা 'চিয়াইথোঙ' হায়নসু কৌই ।

৩৯। ফুজ্ঞ সংলেন :- 'চরাই থানা' সু কৌই । সঙ্গাইগী মোইরাং সঞ্চোংপানো লৈঙমই । কংলা শেম্বা লাইংখিংথৌগী মচি অমবু 'চিরোংলেন ঙাং ঙাং অতিঙঙা সিদবানা' মথুৎ খুৎতা পুংলাই ওইনা লোজ্ঞবা থমই । খুলাই লোংযমসু কৌই । (লাংবা চক্তা ১.ফম অশিদগী সঞ্চোংপাহ্নবা মা লিফক (তৌকক) অমা থারগা পুক্রম ইরাং থৌনিবদা 'মৈতিঙঙু চরাইরোংবা' ফংঙমখি ।

৪০। লাংলেন লাংঙন তরেৎপুঙ :- কংলা চৎলমথোঙগী অরাং থংবা থোঙয়াদা লৈঙমই । লাইরেম্মা তরেৎকী শংলেন লৈবনে ।

৪১। কুক্র অহুম থুপ্পপুঙ ।

৪২। মুপী থোঙ :- মফম অসিদা কংলা শেম্বা লাইখিংথৌগী মনাকোং য়েৎ প্রংবা থমই ।

৪৩। য়ুরেনপুঙ :- সঙ্গাই য়ুম্ফমগী মৈরম পাংনা লৈবনে । (লাংবাচক্তা যবিষ্ঠ পাৎংবানা উমংলাইগা অহিং অনি খুহিয়খিবা মফম্নি । 'লাই খুন্দিন সংলেন য়ুরেন' হায়নসু কৌই ।

৪৪। লিলাথোঙ :- মফম অসিদা অসিবা লাইগী লাংওন লীলা থুপ্পকম ওইখি । 'হিক্রুস লেন' সু কৌয়ে । নিংথৌনা শিরবা মতমদা থাংলেনকম ওইঙম্বা মফম্নি ।

৪৫। পুক্রম থোং :- 'খুমন থোং' হায়নসু কৌই ।

কংলৈ কংলা খুম্বোক খুনশেম পুয়া ।



৪৬। লুরাং নোংফংশং :- 'লৌউশং' হায়নস্তু কৌই। মফম অসিদা কংলা শেম্বা লাইগী ময়া থমই। হু অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবানা লুরাং পুন্সিবা মশকপু অসিবা লাইগী মফমদা তাকখিবা শিন্নখিবা মফম্নি।

৪৭। শামু অঙৌবা পুং :- লুরাং নোংফংসংগী নোংচুপ পাংবদা লৈঙম্বনে।

৪৮। গুরুখোং :- চু অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবানা নোঙাবা মতমদা খোংদাকম ওইখিবা মফম্নি। নোংপোক খোঙগী মখাথংবদা লৈবা খুভম্নি।

৪৯। থাকী মিরেনপুঙ :- ( লংবাচক্কা মৈতিঙঙ, থাগেম্বাগা থাকী মংগোম্বাগা উমন্তুনা মাগী চানবা মী পীনি পীরোই হায়বগী মরম ঙাংনন্তুনা য়ানবা অমা পুরকখিবা মফম্নি। 'হিচম য়াইচম পুঙ' হায়নস্তু কৌই।)

৫০। কুয়াপুঙ :- 'পুলৈরোম্বা পুঙ' হায়নস্তু কৌই। ( লাংবা চক্কা ভানুমতি লৈমালেম্না নোংমদোন অপানবা নুমিৎপু পুক্রম থৌনিজবদা পেনবীন্তুনা তাইবংলেন শেম্বীনবা হায়দুনা মাহাকগী লাংওন মশক অমা নোংলুম ওইনা পুথোকতুনা ভানুমতি লৈমালেন্দা পীরু হায়না থাদা লৈবা তাওরোইনাই, অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবাগী সাদোং খাবা তাওরোইনাইবু কৌন্তুনা খুৎশিন্নুনা পীরকই। নোংলুম্বা উমন্তুনা পুরক্লগা কুম্নকপদা মফম অসিদা লৈতা - খোংদাকম ওইখি। বা ঙাংবদা মরোন শেংদে, লৈরোই লৈফাই ঙাংই হায়ন্তুনা খোংদা লৈতাকম অসিবু 'পুলৈরোম্বা পুঙ' হায়নস্তু কৌই।

৫১। রাঙ্গোন সংলেন।

৫২. চীংখৈ পুন্নি।

৫৩। মাদেক সংলেন :- চীংথৈ পুখ্রিগী নোংচুপ্পা লৈঙমই ; ‘মতেক সংলেন’ হায়নস্নু খংনৈ ।

৫৪। লানঙম পুঙ :- ‘দুর্গা সংলেন’ হায়নস্নু কৌই । ( হুয়াচক অমস্নুং খুনচক চক অনিগী লাকয়েন্দা চীংঙু ইঙৌবা অমস্নং নোংপোক লোইরাং পানফবী অনিনা হরাওবা ( লাংওন লাই নিপা নিপী পুংবা ওইনা শাম্নবা ) হৌখিবা মফম্নি । লাংবাচক্তা মৈদিঙঙু খুয়োই তোম্পোক্তা মফম অসিদা নোংপোক চীংঙু অপানবা অমদি অপানবী অনিগী খুভম শেমদুনা ইরাৎ থৌনিখি । হয়িচক্তা মঙান শাম্নক্রবা মঙমদা পোইরৈতোন তাংখোং অমস্নুং মচা নিপী লাইস্নানা অম্নাইবা অম্নাইবী ওইদুনা অনাবা লাইথুং ১০৮ য়েম্নবা নোংদমখি । চুকশা মৈথাবা , উকেত্রাং তোংবানচিংবা থৌরম ( লাম্নথৌরম ) কয়াবু তাইবং মীদা তাকঙম্নগা , তাইবং মীনা পাম্না তৌজবা অদুদা , মতুংফাওবা লৈঙমহৌনবা তুংলমচংকী লম্বেলবু অহানবা শেম্বীরম্বা মফম্নি ।

৫৫। খুমন , মঙাং , লুরাং অহুম্না রাতান্নফম খুন্দিন পুঙ :- মফম অসিদা কংলা শেম্বা লাইয়িংথৌগী মচি অমনা রাতান্নফম ফম্বান চুক মথোং অহুম ওইনা লৈঙমই । মীওং ফম্লেন ফমফম অহুমগী মওং শক্তম লৌদুনা ফুঙ্গা য়োংশুবী শাদুনা য়ুমথোং খুদিং খুভম থম্নখি , ইরাংনখি ।

৫৬। দুর্গা পুঙ :-

৫৭। রাঙ্গোল পুখ্রি:- দুর্গা পুঙগী মথাপাংনা লৈঙমই । মফমসিদা কংলা শেম্ব: লাইয়িংথৌগী মচি অমা থাদদুন থমই ।

৫৮। ম্না হিথোক পুঙ ।

৫৯। খুম্বোক য়াইপুঙ ।

৬০। কুক্ক নোংশাবাপুঙ :- হু অতিঙঙা য়াইবীলেন সিদবাগী সংলেন পুঙনি ।

৬১। কৈসিরেন পুঙ :- যু-জাও লাইরেম্বীশালেন পুঙসু কৌই ।

৬২। নোংদোল্লাইপুঙ ।

৬৩। সঙ্গাই য়ুমফম :- থা পুঙগী অরাং পাংনা লৈঙমই ।

৬৪। লাইরেম্বীগী কৈথেন লুকমাই তরেৎ থাকম :- শঙ্গাই য়ুমফমগী অরাং পাংলপা নোংপোক মোংচুপ পরেং নায়না লৈঙমই । মফম তরেৎ অসিগী লৈপাক্লা স্না কৈথেন পোংফম মফম তরেত্তা চককা নাওসুমগনি ।

কংলা পনবান অকোয়বা সোরোক থোঙ,
স্নাথোঙগী নোংচুপ মোইরাং হারম
পাংবদা লৈবা খুভম ॥

৬৫। কুচু শংলেন :- কংলা শেম্বা লাইগী চিরক্লিং ; সলেনসিগী ময়াইদা নিংথৌগী ফম্বান তাংবন থাগনি ।

৬৬। নোংথৌ কাপ্পা শং :- মফমসিদা কংলা শেম্বা লাইয়িংথৌগী মচি অমা থময় । চহি কুমজা খুদিং অথাক অরাও, নোংমৈশীংজং তাগদবা খুদম চাং য়েংফম্নি ; মশীং ( তাগদবা মশীং ) সু থংফম্নি । লাই কোম্নুংদা লৈবা "থাবা খুভম" হায়বা অচুগী মফমগা মফমসিগা মান্নবনে । ( লাংবাচক্কা মৈদিঙঙু খাগেম্বনা মরুদ্ধৌ থাবদা কংনবা সংলেন অমা শাহনবদা সংলেন অচুগী য়াং লয়বদা ('ই' না বাদা লম লয়থুনা য়েংপদ)

সংলেন কুপ্পা নিপা অদু ওম্থরকতুনা শিথি ; মাতুনা মরম ওইদুনা মবুম্ভৌদা কংপা য়াদদুনা লৈবনা কাইহংলা ববাই শং ওইগুমখি ।

৬৭। লুচাম পাং :- নোংথৌ কাপ্পা 'পুঙ' শংগী থাদা লৈগুমই । কংলা শেম্বা লাইগী মথয়াংনি (লাংবাচঙ্গা মৈদিঙগু খুয়োই তেম্পাংগী হাকথক্তা তাংজ থিহ্লা পাংখংবানা লিন ওইনা শাইওন্দুনা, থেলোংদা লৈবা লা - দা ফৌবা ফৌগী মথক্তা, য়াথোক্তুনা লৈবদা থিহ্লা অদু হাক্তুনা ফুমল্লে । থৌজান কুবীগে লাক-পদা হাংপদি চুমদে হায়দুনা কুরুম্বা অমাইখানা ফুম্ফমদগী লৌথোক্লগা মরু - ময়াংনচিংবা মকম অসিদা ইরু-চামথোক্তুনা, কংলা মমুংদা লাইফম তিনফম থিদুনা পুরুম ইরাং থৌগিদুনা নিংথৌ - ফীরোন, কংলা য়াংবীরেননচিংবা শেমখি )।

মৈদিঙগু তাওথিংমাংগী হাকথক্তা অতিগুম্বা য়াইবীরেন সিদবানা যন য়োংমানবী ওইনা ঈশিংদা তাও-থরকই । নিংথৌনা ঈশিংদগী লৌথক্তুনা যন অদু থমই । মংদা তাকপীবা মংতাক মতুংইন্না মুন সলাই ওরেঙ্গা য়েন্দুনা চুকসা মৈথাদুনা, উক্তোং হোংই । মরু - ময়াং কওহৌদি পুম্বা লুচাম পাম্ভা চামই ।

৬৮। কংলা রাকোপ পুঙ :- নোংথৌ কাপ্পা শং (পুঙ) গী নোংচুপ্পা লৈগুমই ।

৬৯। ইকোক মরু :- লুচামপাংকী মনিং থংবদ লৈগুমই ; ইরেন অপুম্বাগী পুরুম থৌনিফম্মি ।

৭০। লুথৌ মুঙ্গোইবী :- থাকী মঙ্গোম্দা হাংলগা মুঙ্গোইবী চনখিফম্মি ।

৭১। কম্বুবা কৈথেন ওরাগী মউ :- লুকৌ মুঙ্গোইবীগী অব্রা, কংলা মমুং-নোংচুপ্পা লৈগুমই । মিংলেন তরা লৈবনে

৭২। উত্রা - সামাং ।

৭৩। কোনয়াইপুঙ ।

৭৪। থোকপুঙ :-

৭৫। ওক্লা শং :-

৭৬। ওইদ - পুঙ :- নিংবা থংদ্রবা পুঙ হায়নস্থ কৌই ।

৭৭। উম্ন পুঙ :- উরৈরোম পাম্বী অমা মফমসিদা হোই। ( লাংবাচক্কা নোংলুমদগী তাইবং মীশক ওইনা থোরক্কনা নিংথৌ ওইখি ; যবিষ্ট পাখংবা শিংছুনখি । মাইকৈ ভাকপা লাইনা কোয়না থিরকপদা উরৈরোম পাম্বী অতুগী মখোংদা লৈবা উরহুনা লাইয়াম্না পুরকখি ।

৭৮। খুপপুঙ শৱ :- মরম পুম্নমক তাক্কনা নোংলুমদগী থোরকপা তাইবং মীশক অতু ভানুমতি লৈমারেন্দা লাইয়াম্না শিন্নখি। তাইবং মীশক অহুবু থেংনবা উখোং অতু উরৈরোম পাম্বী মখোংদনি ; মফম অতুবু মিংছন মিংলেন অহুম শুনা তৎগুমণ্ডি — ১) খুপপুঙ ; ২) উম্নপুঙ , থোক্লাপুঙ ।

৭৯। খোম - ইন - পুঙ — হয়াচক্কা ভাংজ কিহ্ল পাখংবানা লাইয়াম্ভ অনৈ চংজা য়ু কৌখি । পীজ-পীথকখি । মচা ইবুঙেঙা সেন্দ্রেং অপানবাদি ভুমহুনা লৈখিহনা চাবা য়াওহোৌদ্রে । ময়াম্না চানা - থক্সবা লোইয়বা মতুংদা হোৌদোক্কনা চাও থকউ হায়বদা য়াজ্রহুনা কপুনা লৈরে । মাতুদা মৈদিঙঙু ভাংজ কিহ্লা পাখংবানা মচা ইবুঙেঙা সেন্দ্রেং অপাম্বু পমহুনা কংলৈ কোজুং মঙ্গুংদা কোয়না চক্কনা থেম্বদা কপ্পা তোকত্রে ।

মাহুঁদা মচা পম্মা পম্মা কোয়চৎ চৎলনা, মচাগী মথুন্দা পোপ পোপ য়ৈহুনা হায়রকই, " ইপাগী চঁয়ৈ অতোম্বা বেন্দে নৌনা হেমহৌবা ঈপানা পীরম্বা লিরোন ঈশৈ তামবীগে :-

লোয়তাম থাজ পাথংবা,
নকামুংদা লৈঙম্বা,
মহৈনা অমৎত ওইরিবা,
পামেন সিদ-নাদবা,
পামেনগী উহৈ ' মতা,
পীঙম্বীয়ু ইচাদা,
হয়ি হে রহা ।।

থা থা থাবুংতোন,
নচা মোরাম্বী পোবীগে,
পোবী শনম নম্বীগে
হয়ি হে রহা,
তাওথবীও ।।

ফৌশু অনৈচাজ পীজগে,

কংলৈ কংলা খুন্থোক খুনশেম পুয়া

( ৮৬ )

চাজ অনৈ পীজগে

খোরাংগে ॥

থানা নিনজিঙৈ নিনহৌরো,

মুমিংনা কাৰিঙৈ কাহৌরো,

তিং তিং চাওরো

সে সে লৌজরো

খবুং থুন্না চাজরো ॥

অসুম্না লিরোন ঈশৈ শক্তুনা মচাবু লংন লংননা অনৈ চাজ ইন্দুনা পীজ পীথক্লমই ।

লাংবচক্তা, মৈদিঙঙু পাইখোম্বগী মনাও ইবেম্মা ওাংবম চনু ওাইখোং ওম্বীনা, মনাও ইবুঙঙো তেনসেন ওম্বাগী মুপীনা পোকপা মচা ইবুঙঙো চরাইরোংবু ইবেম্মা হাওবম চনু পোংলেনখোম্বী লৈমারেন্না লোম্না পুম্ভগা মফম অসিদা অঙাংগা লোয়নন্না যমদ্দুনা লোয়তাম থাজদা খোমলাং নিন্থুনা অঙাংগী খৌবুম থন্না পীথকখি ।

৮০। খাবিরেংক :- খোমইন পুন্তগী মৈরম পাংনা কংলাগী অবাং পাংনা লৈওমই । ( লাংবচক্তা নোংখৌলগী খোং-লুম পুন্থন, লাইয়িংথৌ অসিবগী শাদোং খাবা তাওয়োইনাইনা, পুরিংলেন হায়না শাথোন্দুনা ভানুমতিগী মফমদা নোংলমগী মরম পুম্বা তাক্লগা পীবদা ভানুমতিনা চৈৱ ফীগাও শাহুনা য়ারগা লৌথিবা, তাকপীবা

কংলৈ কংলা খুোক খুনশেম পুম্বা ।



মরম পুম্বা তৌজগনি হ য়না য়াখিবা মফম্নি ।

মতুংদা তাঞখি-মাং য়ে.ইমোংবা মচিন মমাওনা , শুরুনা তাকপা লাংওম মতুংইন্না মাপী খোইয়েন মফম অসিদা থমখি ।

৮১। মুঙোইবী পাং :- মফম অসি পাং ওইনা লৈরম্বই ; লৈবাক্কী অরুবা খেন য়েংফম্নি । কংলা শেম্বা লাইনী মিং থম্ফম্নি ।

৮২। মোংসোং সংলেন :- মুঙোইগী পাংকী চীংখৈ নোংপোক , খেংতিংলেনগী অমাং মুপীখোঙগী কৌব্রুলাইচি , উতো লৈ মখোং ওইনা লৈওম্বনি । লৈসিরেন লৈপুনবীনা চীংওু লাইয়াম পুম্বদা অচা - অথক , অথম - অহাও পুথোক্‌না পীজ - পীথকপদা হু অতিওঙা য়াইগীসেন সিদবানা লোম্না খুম্না য়েংখিবা মফম্নি ।

৮৩। য়ুমকৌপুঙ :- ইভৌবাপুঙগী অমাং মপান্দা লৈওমই । লৈসিরেন লৈপুনবী অহোং অচাওবীনা লাই নিপা নিপান লাইরেম্বী নিপান মুম্নিং খুদিংগী অবৈ - অচা পীজফম্নি । ( লাংকাচঙ্গা ইবেম্মা লৈমরেন লাইস্নানা চ হৌ পোইরৈতোনগী য়াম , কফোই ওম্পোং , শঙ্গম চুহি খিংতুন , নোংথৌ খানবা মতমদা কাংজেরোই উমংলাই পুম্বগা লাই - ভাবক , তাইবং ভাবক খিবিকপু কংজে কুম্মৈ য়েংবা লোয়রবা মতমদা পীজ পীথকখি । লাইনে তাইবংমীনে অনি তিম্নতুনা চামিন থকমিন্নখিবা মফম্নি । মতুংদা চহি খুদিং লমদা থাপী অহানবা অমম্বুং অরোয়বা থাংজ মুম্নিয়া উমংলাইশিং শগোল কাংজে শাম্নুম্নগা নোংথৌ খানবা মতমদা মফম অসিদা পীজ পীথরখি ।

৮৪। উমংলাই চাকত। পুত :- যুমকোপুতগী লোংচুপ কৌক্র পাংনা লৈতবই । মংলেমপুত, গুরু মখোং অহুম হায়নবু কৌই । ( অতিতত্তা য়াইবীরেন সিদবানা যন য়োংবামধী ওইনা তাওথয়কপদা থনগী অপা অহু মকম অসিদা চুকসা মৈথাহনা লোইশিনবি, সগাই ওরুরা সেবা তৌওমখি ।

৮৫। অতিতত্তা সিদবা পোথাপুত :- পাওত্তাক ইরেমগী মথা পাংনা লৈতবই । অতিতত্তা সিদবানা বনগী মমক ওইনা তাওথরকপা অহু চিংথংলগা অহৈ - অশিংনা য়েংনখিবা মথমি ।

৮৬ লৈমৈ থে রুপুত :- উয়াপুতগী নোংচুপ পাংনা লৈতবই । লাই - খোং , মরোংখোং অনি লোয়রা মরুক লৈথনে । খুজাও লাইরেম্বীগী নোংপোক চিংথৈপাংনা লৈ । ( মৈদিঙঙু কবোম্বা হাথক্তা লেৎলে কানবা লুপাহনা কৎলে ; কবোম্বা মৈদিঙঙুগী মমিং লৌহনা " কবোলু " মিংথোনখি । লু অহু মকম অসিদা অগা অওম অখৌ, লৈবাক প্রজা ময়ায়া য়েংনখি । লৈকংদা থনইবা লু অতুদা লেনলৈ ভায়াম , লু মবুক থরা চংখি ; ময়ায়া ওক্না য়েংনখি ।

৮৭। গুরু মখোং অহুম :— মরোংখোংগী অয়াংদা লৈগনি ।

৮৮। নোংমাই পুত :— মৈদিঙঙু নাওথিংখোংনা ইবেম্মা থমসুরোন চাংয়াইহুবু , লৈমাগেম ওইহন্দুনা কবাগ তোংহনা লমথোকখৈদা , নিংথৌগী থবাই কনখিবী নোংমাই পেতংভাবু লৈমাগেন হাপকনি হায়হনা নাওথিংখোংনা শরি য়াপকখিবনা , নোংমাই পেতংভানা কয়াগ লমথোকখমদা চংলক্ত্না লেপ্পগা নিংথৌদা য়েংহনা লৈখি । " নাওথিংখোন ঐহাকপু কনবীখিবা ইদাইরেন চংলকউ , নিংথৌ ঐগী য়েংথংবা খুউনাক্তা নহাকী

ফম্বাল ওইগনলো লাউ ।” হায়না মৈদিঙগু নাওথিংখোংনা নোংমাই পেতংঙাবু কৌশিল্লবদা, ইবেম্মা নোংমাই পেতংঙানা হঙ্গংখি, “করি বানো তাকপিরিবা য়াথং অদুবো, তাকপীখিবা নয়াথং অদুগী ওইবা ফমফম নত্তেনা মফমদুদি; তাকপীরিবা মফম অদুদি নিংথৌপোকপীতনা ফমগদবা মফম্নি; অদোবা বা অমতা থংজগে লাকচবনি ননাওদি ।” মৈদিঙগু নাওথিংখোংনা খুম্লই, “ইবেম্মা! নংনা ঐবু পোকপিরবনি নহাক্কি ইমাশকপী ইদাইরেম্নি ।” বা অদু তাবদা ইবেম্মা নোংমাই-পেতংঙা অদু মপুক্কিং খুংশিবা, অশাওবা, খুংঙাইতবনা লুতোন কাখিদুনা মফম অদুমক্তদা নোঙ্গাখি । মফম অদু খুংজাও লাইরেম্বীগী খুঙ্গুম ওইখি । মতমদুদা লৈমাজেন অহনবী ওইরীবী থমনুরোন চিংয়াইদুনা মথবাই খুংঙাইতবনা কপ কপদুনা নোংমাই-পেতংঙাগীদমক অবাপোপ্পা ওইখি, বপ্পা বপ্পা তেথা নাওইদুনা মখাঙ্গি তেংথা লিরোন ঈশৈ অসি শকখি:—

“চেক্লা পাইশ্রবদা, পোম্বী কোইজাইনরকপী, চেক্লাগী লৈফম থংজবদা, পোম্বী থবাই থাবিবী আঃ কল্লকই কল্লকই দেঃ ইঃ দেঃ ।”

---

মহাদেব পুত্ত, দুর্গা শংলেন, গুরু বাহৈশিং অসি কাহনথংদা নৌনা থোনবা হাপচিল্লকপা ওইগনি; লৈশেম্বা মতমদা অসিগুম্বা বাহৈ শিজিন্নরগনি থাজদে; লৈশেম্বাগা মরি লৈনবা লাইরিক কয়াদা য়াওবা থেংনদে । অদুমকপু, লাইরিক্তা ইরম্মবনিনা কায়দনা অদুম ইজরে ।

৮৯। ৱাকাই পুন্ত :- লাইগা মীগা তিন্নবা য়ারক্কবা , ৱায়েন বিচার তৌবা ভমলক্কবদা ষবিষ্ট পাখংবানা মপুক্কিং হুংঙাইতনা বানা কমক্তুনা লৈবা মকল্লি । মিংথৌগী অরাবা ৱাখল অতুগী মরম খ.লল্লুনা হু অসিবা লাইনা ( লাই সিদবা পোইনাওতানা ) অরাবা ৱাখল কোক্রবা লম্মী তাকপীখিবা মফল্লি । মকম অসিদা থৌনা পুক্রমজরবদি বা ভমই ; অতুগা ৱাকাইহনবগু ভমজেএ ।

৯০ ৱায়েন কাটি :- ৱাকাইপুন্তগী খা মৈরম পাংবদা শুক মথোং অহুম লৈ । ৱাকাইপুন্তগী নোংচুপ্তা ষবিষ্ট পাখংবা অমমুং লাই সিদবা পোইনাওতা অনিগী লাংওন শক্তম অমমম থৌক্ত-মুং ওইনা লৈ ; অচুম অরান ৱায়েন বিচার তৌবা মতমদা মী মী অতুগী বা অতু হায়হল্লগা নং অনি অতুগী মরক্তা চংহনবদা অরানবা মী অতু নং অনিতুনা চপ্তনা থমই ; চংহন্দে থোকহন্দে । ৱায়েন বিচার তৌভমদবা লাকপদা লাইগী সাক্ষি নোংদম য়েংকল্লি ।

মৈদিঙঙু লোয়াম্বাগী হাথক্তা লাইগা মীগা খংনবদা লাইগী সাক্ষি য়েংনখি ; “ঐগী স্না তাঙ্গ অসি তাইবং মীনা লৌখিবা ঙশেংবমক্রি ” হায়রগা ৱায়েন কাটি লাইকোন্দা চংতুনা লাংওন শকতম ওই-রিবা নং অনিগী মরক্তা চংবদা থোরক্লে । লাইনা থোরক্লবা মতুংদা তাইবং মীনা চংলমদাইদা , ৱাগী চৈত্ত অমগী মনিং – অহোবদা লাইদগী লৌক্রবা স্না তাঙ্গ অতু হাপচিল্লগা , “ঐগী চৈত্ত অসি ভাইথাক্তা পাইবিরম্মু ; হায়তুনা খংনরিবা লাই অতুগী মথুক্তা পীতুনা শিন্নরম্নগা লাইকোন মুংদা চংখিতুনা ৱায়েন কাটিদা হায়জরমই , “লাইগী নোংদম ওইরিবা হে ৱায়েন কাটি ! লাইগী স্না তাঙ্গ অতু মখুংমক্তদা পীতুনা

কংলৈ কংলা খুঙ্গোক খুনশেম পুয়া ।



শিংলয়বনি ; বায়েন নোংদম ওইরিবা নংনা উরি-খংলিবা অহুনি ; মসিদ ঐনা লৌখিবা অশেংবগি পীজি শিংগ্রি পংহায়দা হায়রিবা অসিবু বায়েন নোংদম্বা নংগী নোংদম তম্বীগ্রবা ;" হায়রয়ুগা লাংওন শকম ওই- রিবা মুং অনি অতুগী মরক্তা চংলমলগা তগ্না থোরকতুনা লাইদা পাইহল্লম্বা চৈশু অহু মানা পুতুনা মযুমদা চংগ্রে । বায়েন কাটিনা বিচার তৌবা ওমগ্রে ; মীনা লাইনা ওাংনরক্রে । মতম অতুদগী হৌরতুনা লাইগী নোংদম চৈরাক পীবা অচুম অরান নোংদম্বা তোকখ্রে । অঙম, অখৌ, নিংথৌনমু, মতম অতুদগী হৌতুনা লাইগী নোংদম য়েংবা তোকখ্রে । তাইবং মরৌ-লৌশিং চাওমন্নি হায়তুনা লাল্লপ কারম্বা লাইশিংসু তাইবং মীগা তোংন তিম্নতুনা উ-নবা মতম নত্রে হায়নতুনা নোংমা নোংমাগী অময়ম অনি অনি লোয়া লোন্নবা চংনখিতুনা লাল্লপ লোইশং কাবা তোক্লখ্রে । তাইবং মীনা লাইগী মহুং শিন্দুনা লাইরুম পানা হায়রা লাল্লপ কাবা হৌখি ।

৯১/ মুংগী সেক্লিং := লৈমুং লোঙ্গা অরিবা স্না কে শুনুথোকপগী য়াথোকফম্নি ।

৯২। মিংয়েং পুগ্রি :- মুংজেং পুগ্রিসু কৌই । মৈদিঙগু চরাইরোংবাগী মনাও ইবেম্মা অহন স্নাগম চম্ভ মুংখিন চাইবীনা পামহৈবাবু হেক পোকপগা ইপুম নাইপুম চামদনা থঙ্গাল থুলাকপীদা শিরতুনা পুহনগ্গা, অমাইবী অমাইবানা মুংগী অশাবা অঙাং অমা শাহুনা ই-নাই তৈশিন্দুন', ইবেম্মা মু'থিন চাইবী মমিং মমাই পাংলে; অতুয়দি ওইরগা মুংগী ওইবা অঙাং অমা পোক্লে হায়না নিথোদা হঙ্গংলে । মাতুদা নিংথৌ শাওতুনা নাবা মুংগী শকম অহু পুগ্রি অসিদা থাদহনখি ।

হয়াচক্লনু লা ওন তেংবানবা নিংথৌ খিংখোং ওাংবাগী মনাও ইবেম্মা লৈমংপুবী পেমু লৈমান। মচা নিপা অমা পোকই । হেক পোকপা মতমদা নিংথৌগা লৈমারেম্বী অহনগা মখোয় অ'নি খংহন্দনা তাহন্দনা মনাও ইবেম্মা মণ্ডানা অমাইবা অমাইবীগা বাতাননহুনা পোকপদা ওাইরিবা অঙাং অহু উমংদা হুম্মোকহনখি । অদুগা নং মতুম অমা ই-নাই তৈশিল্লগা নংগী নারা অমা ওইনা পোক্লে হায়না নিথৌ অমসুং লৈমারেম্বী অহনদা মনাও ইবেম্মা মণ্ডানা হক্লংহনখি । ইপুম - নাইপুম তৈরবা মুং অহু উবনা নিংথৌ খিংখোংওাংবা উনবী পুক্লিং ইকাই নংশি অবাপোপু হুনবগা লোয়ননা পুক্লি অসিগী মগ্নাদা লৈবা , মরোং খোংলেন খর পুবা শুরুং কোমনংদা থাদখি । উমংদা হাংনবা পুক্লিবা , মনাও ইবেম্মা মণ্ডানা খুজিন থৌরাং তৌহুনা পুহনখিবা অঙাং অদু ‘ স্মা মনিক ’ হায়না নিংহুন তমখি ।

৯৩। নংজেং কোম :- মরোংখোং খর পুবা কোম হায়নমু খংনৈ । নংজেং পুক্লি মশান মৈরব পাংনা লৈরম্মি । নংজেং পুক্লিগী অরাংদা , ওাসৌ ওাথোকপুওগী কৌব্র পাংবদা লৈওংএ ; মরোংখোং খর পুবা শুরুং হায়নমু কৌই ।

৯৪: লৌলা লাংওন হৌন পুও :- হু অতিওভা য়াইবীরেন সিদবানা লৈসিরেন লৈপুনবীগা লোয়ননা লৈবাক অলিবা খুনশেম লৈশেমঙৈদগী লাংওন য়ুম্পাল লোন শাহুনা অহানবদা লৈখিবা মফম্নি মফম অসি অকাও নিংসং পুও ’ হায়নমু কৌই ।

৯৫। লাই শংদাই পুও :- অবাং য়াংবী ওমথৈদা লৈওমই । মফম অসি মাইকৈ ওাকপা লাই অহুম্না লুচিংহুনা

মাইকৈ মরিগী শংদাই মরিগী লাই অপুম্বগী ব্রাতান্নকম খুন্দিন্নকম ওইনা লৈ । মফম অসি লাই - খুন্দিন পুণ্ড হায়নমু কৌই । ১। কৌক্রু ২। হাওগা সোরারেন ৩। থাংজিং অহুম্ম' লাইয়াম খুন্দিন্নবগী লুচিং পুরেন ওইখি ।

৯৬। লাইখোং মরু পুখ্রি :- লাই শংদাই পুণ্ড লাই - কোন অসিগী মোইরাং সম্বোং পাংবদা লৈগুমই ।

৯৭। লাইন শং :- লাইখোং মরু পুখ্রিগী ময়া, মরোংখোংগী মখা থাগী খোংগী মনাক্কা লৈগুমই । কংলা শেম্বা লাইগী মচি অমা থমই । মফম অসি গারোট হায়না কোন্না খংনখি ।

৯৮। নোংখৌ কাপ্পা শংলেন :- মরোং খোং অমদি থাগী খোংগী অরাং পাংবদা লৈগুমই । মৈদিংগু থাগেম্বা হাকতক্কা মফম অসিদা গারোট হোংলকখি অদুগা তোপ গারোট হায়না মিংথোনখি ।

৯৯। মুং য়ুংবী :- হোগাইবী থোংজাওগী বাংমা, থাঙ্গপাংকী নোংচুপ, কৈথেল অচৌবগী নোংপোক ওইনা লৈগুমই । মফম অসি লংদাই - খুদম য়েংকন্নি । অহিঙ্গা নুংনা য়ুংবগুম মফম অসিদ য়ুংছুনা লৈবনে । অরুম্বা মুং য়োংপু লাইজথক্কা তাওবগুম তাওরৈএ । মীরমলেম্মা মুং য়োংকুম লুপগুম্মা ত ওগুম্মা অহু ম্না য়োংপি মকুপ চকুপ মাম্বী কোএ । তাইগুম হৈগুম্নবদি ইরমলেম্ব তাওগুম হৈথৌইবনি; মীয়াম্ব ভমজেএ ।

১০০। থৌচিং পুণ্ড :- হোগাইবী থোংজাওগী মখা, নিত্যাইপাংকী নোংপোক অরাংদা লৈগুমই । ম্না চাংহৈচৌ পাখংবানা পুগুমই, খিগুম থোকগুমগদবমু মাহাক্নি ।

১০১। থারাং থাং পুণ্ড :- পাখংবা খেরাং থাং মনাচাং হৈচৌ নিংথৌদা খেবা উকোন হায়নমু কৌই । কোম্বৌ-

কংলৈ কংলা খুোক খুনশেম পুয়া ।



জমগী মনুং চন্না লৈঙমই ( কাইনথংদা হাপ্তা কৌনরকপা মফমগী মনুং চন্না লৈএ। ) মশাইকোন অসিদা চারাইনুংস্থ লৈবনে ; তাইনফম্নি ; পাখংবাগী মফম্নি ।

১০২ লৈথৌ লাংদাই পুঙ :- ঙমদাই পুঙস্থ কৌই । ফৈদা পুঙস্থ কৌনৈএ । হু লাই সিদবাগী মফম্নি ; মফম অসিদা তাইগনি কাইগনি । লৈবাকী থোং হাংফম, থোং থিংফম্নি ।

কে কেক্রু কে কেক্রু স্না য়োংগী চগুপ মানবী হোৌরনি । থোঙথিং ঙমদাই হৈত্রবদি, মতোন চুপ্পা থৌবু বাঙম্বা থোকলৈএ। চাগুপ মানবী চাগুপ চাগাই হায়বস্থ মানা ওই । লৈবাক অসিগী য়োংকী পোং—লোই লাইগী শমজেংস্থ ওইরিয়ে । মপুদি কংলা য়াইবী লৈনুং কোচিরেম্বা স্না লিক্লাই তাকুপ তারংবা পাখংবনে ।

১০৩। ঙমদাই স্বর ত্রুং, থোং :- মরোং থোং,ল স্বীগী অরাং, কাংপোকপীগী মোইরাং সম্বোং লাংদাই পুঙগী কৌক্রু হারম পাংবদা লৈঙমই ।

১০৪। কাংপোকপী :- মফম অসিদা কংলা শেম্বা লাইহিংথৌগী মরৈ মখোন লৈঙমই । মপান লাইখোং সোরোকী ময়া নোংচুপ পাংনা লৈবনি। ( লাংবা চক্কা পুথ্রি মপান্দা লৌটা কুটা পাম্বী হোৌরমই ; লোটা কুটি অত্তুগী মনাদা লাইহিংথৌ অসিবাগী মহীরেন পক্তুনা কোঙোন ওইনা লৈরমই; মৈদিঙগু চীংথংখোম্বানা কংঙমতুনা নিত্যাই নন্দদা চন্দুনা লাংখি ।

১০৫ হৈক্রু মখোং লাইনিং পুঙ :- নাগা তুরেনগী মথা পাংবা মপান্দা লৈঙমই । লাই সোরারেন অহুমগী

কংলৈ কংলা খুত্থোক খুনশেম পুন্না ।



থাঙ্গপাৎকী অবাংদা লৈঙমই । লৌরেন্বা খোংনাং থাবাগী লাইনিংকম ওইনৈএ ।

১০৬। তোক পুঙ :- হৈক্রুমখোংগী অবাংদা, নাগা তুরেনগী মখা থংবদা লৈবনি । গুরুগী মখোং অহুম, কাই-দোং গুরু অহুম কৌই ।

১০৭। চাখাবা য়াথোকপুঙ :- তোকপুঙগী নোংচুপ্তা লৈঙমই ।

১০৮। চৈখেং পুঙ :- চাখাবা য়াথোকপুঙগী কৌক্র হারমদা লৈঙমই । লাই চৈখেংপী স্না খোংনাং লৈম্না লৈরমই ।

১০৯। কাইবী খোঙ :- কেক্রুপাৎকী ওবাং, নাগা তুরেনগী মখা, লাইখোং লোরোকী নোংচুপ্তা লৈবনি । তাইনাং-থান-ফম অমনি ।

১১০। খুদোন পাৎ :- কাইবী খোঙগী চৌংখৈ পাংবা, মিহুখোংগী অবাং পাংবদা লৈঙমই ।

কংলৈপুঙ ময়োনগী লাইকম লোমলে ॥

---

মথক্তা পীরিবা লাই খুভম ১১০ অসি নত্তনা অতৈ কয়া অমম্ব লৈ; মাদুগী মনুংদা চুকশেন কৌবা খুভম (১০) তরা অসিনা অথোইবনি । (তুরেন অচৌবা বাংম মনুংগী বানে ।)

১১১। মিনু লৈম্না খোঙ ।

১১২। কাওরেন লাংওন ইরেন :- নোংচুপ পাংনা চেম্বা ঈহৌকম ইরেন্নি । মফম অসিদা উয়ুং পাম্বী অমা হৌ-বনি । মফম অসিদগী অতিওঙা য়াইবীরেন সিদবানা মন য়োংখানবী ওইনা তাওথরকখি ।

১১৩। য়োইমোম্বা সৈ ঃ- মকম অসি কেক্রুপাৎ হায়না কৌই । মফম অসিদা য়েইমোম্বানা সোয় নাপ্তনা ঙা ফাই । অতিওঙা মাইবীরেন সিদবানা তাওথরকপদা অশিবা যদি হায়রুনা পন ফাৎথদুনা তাওথহনখি । মরম অদুনা মফম অসিগী ইনিন্না স্বর ইফুই লৈওমখি । ইরেন্না শাংথ লেনথবা হায়নম্বু কৌই । মফম অসিদগী মিনৎ লৈমা ইরেন ফাওবা, খেরা থাং পাখংবা, স্না চিরেন নিংথৌদা খেরা পাখংবা চিংহৈ - চৌনা, ইরেন লাই পাখংবা ওইদুনা কোইনা চৎতনা লৈ ।

১১৪। তুবী য়াথোক ইরেন ঃ- নোংপোক পাংনা কোনবা ঈরেন্দি তুবী হিদেন তরেং য়াহিপা চাক্লাবগী য়াথোকফম্নি ।

১১৫। গুরু লোক্না পুঙ :- চীংখৈ পাংনা কোনবা তুথুপ ঈরেন্না নোংপোক থা মৈরম পাংনা চৎখিএ । মানা কোনবা মপুক ঈব্রাংমদা চিরোং মরি লোংবা অমুবা শগোইহিদাক পাম্বী অমা হৌওম্নি; মাচুদা ইমক্রে খংউম্মৎ । মফম অসি মৈদিঙঙৎ তাওথিংমাংগী সোয়নাপ্তনা ঙা ফাফম ওই । অতিওঙা সিদবানা যন অশিবা ওইনা তাওথরকপবু ইন চিংনবা পৌনা ( পৌরা - ম্রানা ) কোৎশিন্দুনা অতিওঙা সিদবাবু পৌনা নমদুনা লৌ-খৎল্লি হায়দুনা পৌ - নম - ঈরেন হায়নম্বু কৌই ।

১১৬। লাংলেন তরেংকী য়াথোকপুঙ ঃ- অব্রাং পাংনা কোনবা ঈরেন্দি লাংলেন তরেংকী ঈব্রাই ইফু শায়কম্নি; তুথুপ মথা ঈব্রাংমদা তেরা অঙৌবা হৌবনি ।

১১৭। খুনফংলেন পুঙ :- লাংলেন তরেংকী য়াথোকপুঙগী অব্রাং চিংখৈ পাংবদা লৈওমই মফম অদুদা উরৈরোম লাবা হৌওমগনি । চেংলৈ ইপান লাম্বব নিংথৌনা ফম্বান লমথোকপদা পুঙ অসিদা মনাও ইবেম্মা লৈমা-

কংলৈ কংলা খুম্বোক খুনশেম পুয়া ।

( ৯৭ )

রেন লাম্বাসগা রাইনা রাওমখি । মকন্না শেংলবদি থংনৈত্র ।

১১৮ খুংফংলেন খুংলাই পুও :- মকম অসিদা লেপ্পগা মাইকৈ মরিদা লৈবা চীং খিবিকপু য়েংবদা নশাগা রাংবা চাংদম মাম্নমা উগনি ; তাইওম্ফম অমনি ।

১১৯ রাংনা খৈনা পুও :- লম লৈকাই অমগী ( রাংখৈগী ) তাইনফম্নি ।

১২০ য়াই খৈনা পুচ :- লম লৈকাই অমগী ( য়াইস্কুলগী ) তাইন পুওনি ; খংদবা য়াদবনি খংউ ।

১২১। খাই পনসা পুও :- হু অতিওঙা য়াইবিরেন সিদবানা য়াইবিরেন সিদবাগী শদোং খাবা তাওরোইনাইবু তোংহুনা স্না ফম্বাল ওইখিবা মফমে । হু অতিওঙা য়াইবিরেন সিদবাগী মাংদা ইমোইম্বু অহোং অচাওবী আকোং তংতা অরাইকংদবী চাকশৌবী ভাশৌবী স্না খোংনেংনবী লুপা খোংনেংনবী লৈসিরেন লৈপুনবীনা ফম্বালহুনা তাইওম ফাওম্নাবগী কাওম্বী, লৈকাই শুংদাই নিপান ফাফম্নি ; মথুম মরাং হোৌকদে ; লৈবাক ইথক ইপোম চাওগল্লি ।

রায়েন হায়ফদবা, কংলৈপুও মাইয়োনগী মশক খুভম অরিবা, ওমদাই চুকফা রাপু হায়ওম্নোই ।

হু জৌ য়াইপীলেন অতিওঙা সিদপা নথোং থম্বাল অনিবু শোরা পুরুম লৈপাইনজরি, রাকমা শৈদম্পান পাইমা শিল্লে লোম্বনা ।

হরি হয়া হে ॥

কংলৈ কংলা মউ লাইফম

( ৩ সুবা মেপ )

১। অকোই পুঙ
২। নোংলেন পুঙ
৩। ঈ--পুঙ
৪। নোংশিং পুঙ
৫। ঈশিং পুঙ
৬। মিতম পুঙ
৭। শিরপা পুঙ
৮। শজিক পুঙ
৯। থাপা পুঙ
১০। তাওরোইনাই পুঙ
১১। স্না পুঙ
১২। মিরেপ পুঙ
১৩। সুপুঙ
১৪। লাং পুঙ ( লানতিন পুঙ )
১৫। কোকপুঙ
১৬। সৌপুঙ
১৭। মসেম পুঙ
১৮। হয়েং পুঙ
১৯। ভসি পুঙ
২০। ষুংশিং পুঙ
২১। ইভৌপা পুঙ ( মহাদেব পুঙ )
২২। অঙ্গো অঙ্গা ভুকং
২৩। খোংসং ভুকং
২৪। তালোই ভুকং (-মেন কাবগান খোং )
২৫। ঈশিং পুষা খর ভুকং
২৬। থুপথুং শুকং
২৭। ষুংশিং পুষা ভুকং
২৮। ফানখোং চুক মরি (মংলেন; তোনাম্বা চকপা)
(মৈথা পুঙ)

## কংলৈ কংলা ম্রউ লাইকম

২৯। নোংদম চাবেং পুঙ
৩০। চরাই পুঙ ( চরাই মুঙকান )
৩১। খুমন পুঙ
৩২। লুরাং পুঙ
৩৩। মঙাং পুঙ
৩৪। শিদবা উপাম পূঙ
৩৫। থা পূঙ
৩৬। মুম্রিং পূঙ
৩৭। য়াই পুঙ ( খুত্থোক য়াইপুঙ )
৩৮। চিরাই থোঙ ( সোরোক-থোঙ )
৩৯। কুজ্রু শংলেন
৪০। লাংলেন লাংওন তরেং পুঙ (লাইরেম্বী য়াথোকপুঙ)
৪১। কুরু অঙ্গম থূপ্পূঙ
৪২। লৈশেম্বা লাইগী থোঙ ( খুপী থোঙ )
৪৩। য়ুরেন পূঙ (লাই খুন্দিন হংলেন য়ুরেন)
৪৪। শিলা খোং
৪৫। পূরুম খোং

৪৬। লুরাং নোংকংশং
৪৭। শাম্মু অত্তৌবা পুঙ
৪৮। তকথোং
৪৯। থাকী মিরেন পুঙ (হিচম য়াইচম পুঙ)
৫০। কুমা পুঙ ( পুলৈরোম্বা পূঙ )
৫১। য়াকোন শংলেন
৫২। চৌংথৈ পূত্রি
৫৩। যাথেক শংলেন
৫৪ লানথম্ব পুঙ ( দুর্গা শংলেন )
৫৫। মঙাং লুরাং খুমন খুন্দিন পুঙ
৫৬। দুর্গা পুঙ
৫৭। য়াকোন পুঞ্চি
৫৮। স্না হিথোক পূঙ
৫৯। খুত্থোক য়াইপূঙ
৬০। কুরু নোংশাপা পূঙ (অতিঙঙা য়াই-
বীরেন শিদবগী শংলেন পূঙ)
৬১। টৈনসিলেন পূঙ (য়মজাও লাইরেম্বী শংলেন পূঙ)

কংলৈ কংলা মৰ্ড লাইফম

৯৬। লাইথোং মরু পুথ্রি
৯৭। লাইন শং (গারোট)
৯৮। নোংথৌ কাপ্পা শংলেন (তোপ গারোট)
৯৯। নুং মুংবী
১০০। থীচিং পুঙ
১০১। থারাং থাং পুঙ
১০২। লৈহো লাংদাই পুঙ (ওয়দাই পুঙ, খৈদা পুঙ)
১০৩। ওয়দাই থর শ্রুকংথোং
১০৪। কাংপোকপী
১০৫। হৈক্রুমথোং লাইনিংপুঙ
১০৬। তোকপুঙ
১০৭। চাথাবা ম্রাথোকপুঙ
১০৮। চৈথেং পুঙ
১০৯। কাইবী থোঙ
১১০। খুদোন পোং
১১১। মিনুলৈমা থোঙ
১১২। কাওরেন লাংওন ইরেন
১১৩। য়োইমোম্বা সৈ
১১৪। তুবী ম্রাথোক ইরেন
১১৫। কুরু লোরু পুঙ
১১৬। লাংলেন ৭ কী ম্রাথোক পুঙ
১১৭। খুনকংলেন পুঙ
১১৮। খুংকংলেন খুংলাইপুঙ
১১৯। বাংনা খৈনা পুঙ । মকম চানবনা
১২০। ম্রাই খৈনা পুঙ । থেপত্তা
১২১। খাই পনসা পুঙ । হাপত্রে

থংবদা কান্নবা মকম থরা :—
ক - লাইনিংথৌ চাথাবা শজাই
খ – চৈথেং পুঙ (2)
গ – তোকনা পুঙ
ঘ - মন্থেমথোং তোনাম্বা শৈ
ঙ - পাথংবা থেরাং, থাং,
চ - কৌক্র খুতম খুতম
ছ - থাংজিং খুতম খুতম

— :লোইরবা :—

কংলৈ কংলা মউ লাইফম

জ - লাই শোরারেন খুভম

ঝ - য়াওরেবীনা শাইওনকম

ঞ - কুরাউ অঙৌবা

ট - উরৈয়োম পাম্বী

ঠ - হৈনৌ পাম্বী

ড - কুরু অহুমগী শেক্লিং

ঢ - নোংলুম পুরকপা মফম

ণ - তাংপাং ( লাইনী নোংদম য়েংন পুক্ত )

ত - হাওমচা শং

থ - শঙ্গাই শংবা

দ - লৈমরেনগী শঙ্গাই

ধ - তেরা অঙৌবা

ন - চরাইরোংবা পোককম

প - উয়ুম পাম্বী

ফ - অশি হৈবোং

ব - অশি হৈবোং

ভ - খাকী লৈহাও পাম্বী

ম - হোগাইবী খোঙ

য় - ফৌকৈ

র - অনৈ চাজ য়ু-কো পুক্ত

ল - চেংগৈ

ব - হৈপী পাম্বী ( অতিয়া সিদবা পুক্ত )

শ - থংন য়োংমানবী মউন ফৌকম

ষ - শংকুপ লৈনা কুপ্পা মফম

